ফোংজবী :— **রাধাপ্যারী**

মথুম—লোকেন্দ্রা চোংথাম
শক্তম—সরোজ

প্রিন্টর—শ্রীগুনেশ্বর মৈতৈ

অহানবা ফোঙবা, জনুৱারী ১৯৭০
লাইরিক মশিং – ১১০০
মমল—২·৭৫
ফংফম থোকপা পূম্বা অইবগীনি।

**নম্ফম**—দি মণিপুর ষ্টেশনরী এণ্ড প্রিণ্টিং ইণ্ডষ্ট্রিজ, নাগ মপাল, ইম্ফাল

# রাহৈ থরদং

শ্রীরাজেন্দ্র শর্ম্মানা ইবা "অয়ুক্কী নোংহৌ" হায়বা লাইরিক মচা অসি পাজরে। সমাজগী তালিথক্তা লমথুংফম খঙদনা দগ দগ চেল্লিবা পুন্সিগী ট্রেন্দা তোংতুনা ইবা রারী মচা কয়াগী অপুনবনি। মীওইবনা মশাবু মীনি হেফ খঙবদগী ঙসি ফাওবদা থেংনরকলিবা অমসুং মীওইবনা মী ওইরিমথৈ নৈনদুনা লৈখিগদৌরিবা "পুন্সি" অসিবু মিৎ লাওনা পাঙথোক্তুনা নহা ওইরিবা অইবা অসিনা য়েংবা হৌরক্লি। নৌরিবা রাখলগী মঙাল অসি মুৎশি মুৎশিরবসু অমম্বদা চৎলকপদা মতেংদি ওইগনি নিংজৈ।

মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেবু পুন্নমক থলহন্দ্রবসু, থল্লক্কবগী হোৎনবদা শ্রীরাজেন্দ্র শর্ম্মাসু পুবচেল শেংনা থৌদাং য়ারি হায়না লৌজে। নৌনা শেম্নৎলক্লিবা হোৎনবগী পুন্নিং অমসুং থৌনা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী তুঙ্গী মশক শেম্বদা অচৌবা থৌদাং য়ারসন্নু।

দিজেন্দ্র য়াইথোম
খোয়াথোং
[এঃ ইঃ এমঃ]

ইম্ফাল,
১ জানুৱারী, ১৯৭০

# পাবিরিবা ইবুংঙো/ইবেম্মশিংগী মফমদা ঃ—

অত্থক হাক্না হৈশিংহনা তৌজরুবা নত্তে। খুদিংমক ময়ামগী মতেং নত্তনদি ওইথোক্লমলোইদবনি। রিভাইজ অমসুং ন্নারী ফম্ফমগী মতাংদদা নত্তনা অতৈ হিরম কয়াদা অকনবা শরুক য়াবিন্দ্র লাইরিক অসিগী মপুঙ-মরৈ ফানবা হোৎনবিখিবা ঐগী মরুপশিং শ্রীরাজেন্দ্রা, লোকেন্দ্র, সরোজ অমসুং রনজিৎ, ময়ামসিগী মফমা করম্না তৌবিমল মচেৎ অমত্তং উৎশিগে থনবত্তদা ন্নাফম অমা ওঙ্ম রবনি। ঈশ্বরনা মরুপশিং অসিগী পুন্সি ফুংশাংবা পীনবিসম্ম।

মথংদা অতৈ হিরম কয়ামরুমদা মতেং পাংবিরকপা মরুপশিং শ্রীলোকেন্দ্র পুরুস্ব, রসিদ খান অমসুং লাইরিক অসিগী মরমদ ন্নারোল মতেক অমত্তং ইবিরকপা ইয়াম্বা শরুবা শ্রীডিজেন্দ্র য়াইথোং নচিংবগী লুম্নবা লমন অমসু তোনশিনজরে।

তশেংনমক মপুং-মরৈ ফারে হায়বদা কনানসু য়ানিংলরোইদব লাইরিক অসিগী অশোইবদি কয়ানি। বনাণগী অরুম অয়াংগী মতাংদসু অরানবদি কয়ানি। খুদিংমক পাবিরিবশিংনা ঙাকপি মিৎয়েংনবা পঙলবা ঐনা ঙকনোঙ্গরি।

অরোইবদা এম, ষ্টে, এণ্ড, ইণ্ডষ্ট্রিজ গী ইচিল-ইনাওশিংগী মরুওইবা ইয়াম্বা শরুবা শ্রীঅঙোম্বাইমা সিংহনা লাইরিক অসিগী প্রুফকী মতাংদা অয়াম্বা মতম কাইথোকপিহনা অকনবা শরুক য়াবিবগীদমকসু পুন্সিগী ওইবা লমন তোনশিজরবনি।

ময়ামগী—
শ্রীরাজেন শর্মা

# ইরাইবক্কীনি

মতম অমদা মোমোন্তা নোক্কুনা লৈরম্লবস্থ ঙসিদি মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি অমা লেপ্লবগুম অৱা-পোৎলুম কোকথোঙ-নরেদো। চেম্থগ্রবা হরাও তয়াম্বগী থোদোক থিবিক্কুনা মিংকুপ অমত্তং ওইরবস্থ মাবু কপহনবা নত্রগা নোকহনবদি ঙমগনি অহুবু নিংবাকাইবগী কুপ্লাং-লাংলবা থম্মোইনা হোৎরবশিংহুবু থজিক্তুং ফাওবা নিংশিঙবা ঙমজদ্রে। হোৎনবদি লেপ্তে। কদোম্না অৱাবা— কদায়না হুংঙাইবা, মঙোন্দদি অৱা-হুংঙাই অনিমকপু চপ মাম্লনা কোংদোকপা ঙম্বগী পাঙ্গলস্থ লৈত্রে। অস্থুম্না মতোমতা চাঙ্গা লৈরক্লিবসি কুইরবনি। চয়েৎনরবা তাইবঙসিদদি মাগীদি মমিকাও তাথিদ্রে। কনাগী অৱাবদা শরুক য়ারুদে অহুগা কনাগী হুংঙাই-ঈপাক্তস্থ চোংথরুদ্রে। মাগীদি মতোমতা হৈনজরবা,

খুৎলোইরবা লম্কেলহুদা ঙসি কাওবদা চোকথবা লৈতনা চৎলিব-সিনি। মিথরেংদি মপাল নাইত্রবা অতিয়াদা ত্তিনগ্রবস্থু নিংশিঙ-লকই হৌজিক্তা নৌহৌননা অমুক—ব্লাকম থরা। মছু মঙোল্দদি ফোং-ফোং শারিবা ব্লাকমগুম থোকখ্রে। নিংঙমজহৌদবহুনা মাগীদি হুংঙাইজবনি। ব্লাকমশিংহুগী অয়াম্বদি তাউথরক্লিবা কাওর্শিং মরক্তা পনখ্রবসু ঙাইহাকফাও পল্লমদে। ইমুংহুদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কা মাবু শিঙনবগুম তৌরি। নোংজুগী থামম্বা অহিংগুম মাগী ব্লাখলস্থু পুম্মম মমখ্রে। তশেংবমক্তি খুদিংমকসে মঙোল্দদি অমম্বগী অমম্বা থুক্রি। ফুঙ্গাগী মৈরিহুফাও অমম্বনা লাকশিনখ্রদবোই নিহৈ। শিংজবা পুম্বদি শোল্লবা মশাহুনা পাং-থোকপা ঙমগদবা মরৈত্রে। তপ্না তপ্না অমুক হিপথথি ব্লাদ-ব্লারক্লবা মতমদা। ঈংবনস্থু মশা পুম্বা পুমনিক-নিক্লবনি। অহুবু মাগী মশাদা শুপ্পগী ফি-মচেৎ অমত্তং থোংবিরনবা কনাস্থু লৈতে। নিং-শিঙবতদা মপুন্সি অহু কেম্লকলবনি অহুবু ঙসিস্থু তোক্ত্রি নিংশিঙবদি।

চহি কুন্থ্রামুক্কী মমাংগী ব্লানি। ওল্লাংথাগী শারবা হুংশাগী মৈশাথাদা মালেমসে মৈরি থোক্লবগুম তৌরি। মী খুদিংমক শকফম কায়নরে। পৃথ্রিগী ঈশিং খ্রক্-খ্রক্ কংগ্রে! মালেমস্থু লৈক্রক চৎলে। অস্থুক তমথিরবা কিন্তম অসিদস্থু নত্তনা অকিকবী মশক কঙলবা লায়না অমগু শন্দোর ক্লে। চাক তাংবা—অঙম-অঙ্গা হাৎনা শুনবা, অকনবনা অশোনববু তুহৎপা। মকম মকম খুদিংমক্তা হুনান চিহিঙী পাওমক মতানগ্রে। অচুম্বা হায়বা অহুস্থু কিন্তম অসিয়া

খাংবা মাররক্তনা খাপ্পা চেন্নগ্রে। মী খুদিংমক মীহাৎপা, ডাকু ঙাক ওইনরক্রে। তুমশিন্নবা হায়নানি! লৈকাই অমদগী লৈকাই অমদা, খুল অমদগী খুল অমদা অসুম্না শন্দোকখিবনা লৈবাক শিনবা থুংখ্রে। মরম খুদিংমক চাবা ফংদবা অমসুং নুংবা কায়বগী খোঙ্গেলতমক তানখ্রে। প্রকৃতিগী নিংথিরবনা থল্লবা শেহরামপুর—ঙসিদি লৈকংলা ওইখ্রে, অকিবগী মশক্কি। অদুবু মর্কমসিনা ময়ামদগী খরদি শাকরি হিন্দু-মুসলমান নাকপাক নাকপাক তানখিবা মতমত্তুদনি। তম্মোক-পিরক্কবা বিরবল মাগী হুপীগা লোয়নননা শেহরামপুরদা চেন্নকখি। শাগে নাতে কনা লৈত্রে। মাগী মামা থোকপা অমথক্কা য়ুমগী অহল শাতুনা লৈরকপনি। মহাক্তু সু লৈখিদবা কুইরে। সংসারসিদা মাগীনি হায়বা কনা অমফাও লৈজদ্রবনি।

মপুন্সিগী হুংঙাইয়ু হায়না তমলকত্রবা মরাইবক থিরবা বিরবলনি। অতুক লাংসিঙৈগী চৈরক্তুদা ব্রানা হোৎনজতুনা ইখোল মচেৎ অমত্তংদি ফংজরে। ময়ুম মচা পিশক্তু মফাও মপুঙ-ফানা লোইশিনবা ঙমজদ্রে। মীনোগা ওইবনে; তোকম অমত্তা খঙদনা অসুম লেল্লি। নোংদ-নোংরিঙৈজমদি ময়ামগী হুংশি ব্রাহৈগা লোই-নবা থবকী মতেংসু ফংজরম্মী। অদুবু হোৎজিক্তি কদায়, চাক-তাং-ফগী চৈথেং ফংখিবনা মীপুম খুদিংমক অমনা অমবু হন্না য়েংবা ঙমদ্রে। তোকম খঙদ্রবা বিরবল তুম্মিন ফমলি। হৌজিক করিনো তোগদ্রবা? চেংফুদসু চেং মরু অমত্তাও তাদে, শেলসু পাই অমফাও লৈতে। নাহাওইরগী লৈহিনা থুম্মাংলবা মীকুপ কয়াদো মঙোন্দি হুকুম খানা প্লোক্রে। তোকম খঙলক্তবা মতমসিদা থবক অমতং

ফংননবা কোয়চেল-চেনবা হৌরক্লে। অসুম তৌরিঙৈদা মমিংতগী ওইবা অউনপোৎ খরছুসু তুমগ্রে। অছুবু হৌজিক কাওবদা করি-গুম্বা থবক অমর্ফাও ফংগ্রি। কায়নথংদা পাও অমা তাই—নৌনা শাগৎলক্লিবা শেহরামপুর থোংজাওগীদমক খুজু-খুৎলাই নিংথিনা শিজিন্নবা হৈবা মী খরা থিরি। অশিবদা শিদহিদাকুম শন্দোরক্লিবা পাওছুনা বিরবলগী আশা অমদি উৎলরে। ঙাইহাক্তুদা অরা অনা থিবিক ঙম্না কাউথোকখ্রে। বিরবল থীন্দনা থবক্তুগী মরী থিবা চৎখ্রে। মুমিৎ কয়ানিমরুমগী মতুংদদি থবক্তু মায় পাক্লে।

থবক শুবা হৌখ্রে। চাদবগী অরাম খোরাং মরক্তুদা মোমোন নোকপসু ফংজরে। লেপ্তুনা য়ৈরিবা মুংথঙগী মখোল, থবক শুরি-বশিংগী অমত্তা ওইবা খোঞ্জেল, নোং খোঙবগুম ঙংলিবা মেছিনশিংগী মখোল মরক্তুদা মতম্না কেকু লোংপী শান্নছুনা চৎখিবদি কনানসু খঙহৌদে। অসুম হৌখিবনা চাক তাংবগী খোল্লাওসু খরা খরা নেম-থরক্লে। মুংখিল চুপ্পা থবক রানা গুরুরগা হল্লকপদা, মোমোনতা নোকপী মাগী চান্নবীবু য়েংজরগা অরা খিবিক পোখাজে। তপ্না তপ্না অমুক শাগৎপা হৌরক্লে, মপুং ফাখিদ্রবা মুংশি ফুরা কয়া। হরাও তয়াম্না লেল্লকপনা হৌখিবা পুম্বা কাউশিল্লক্লে।

ঙসিদি শেল ফংগদবা মুমিৎনি। বিরবলনা খল্লকই—ফংলকপা পুম্বা মঙোন্দা শিন্ননি। মাগী শারি অমত্তং হোংবিদ্রবদি ঐবু ঙাওই হায়গ্রগনি। হোল্লিগী কুম্মৈ য়েংবা চৎকেসু হায়রক্কনি। হকচাং তপ-নপ্পা ফুরিৎ অমা লৈবিয়ুসু হায়রক্কনি। ইকায়ছুনা হায়জবা ঙম্লরোইদবা অমসু শোয়দনা লৈরমগনি, অছুবু লাইবক ফংরবদি

শোয়দনা লৈকাইশিংবনি হোরেল অহিংদি মহুগীদমক—অতুগা নম-ছুনা রাশক হনগনি ঐবু·········তমছুনা খোত্তুনা, শোয়দনবা মাগী ফুরিৎ-ফিখা অমগীদমক। অনৌ-অনৌবা ফিজোলশিংহু শেৎচারছুনা মানা ঐবু মিহৌহনগনি। অহানবদদি শাওশিন্নছুনা লাইবক্তা শিন্দুর ফাওবা নমদবমখৈ থোরক্কনি। ঐনা নমছুনা চিংশিনবদা মানা ইকায়না খাঙগনি। রাখল কয়া অসিদা তোংছুনা লাকপনা বিরবল থোঙ-শাফম অতুগী অফিস য়োরকপা খংহৌদে। থবক শুবা মীয়াম-শিংহু পরেং নায়না লেপ্লমলে। ঙম্মক হরাও তয়াম্না লৈনরম্মী, পৈশা ফংগনি হায়বগীরা? বিরবলসু চংশিনখিহনা পরেংহুদা লেপখ্রে। ফংগদবা লৈরবহুমক্তদা ওস্থোক্না ঙাইঙমদবা অমসু য়াওরে। মথং-মথং হৌখ্রে। অয়াম্বনা মাগী মাগী শরুক ফংনখ্রে। খরা-খরা চৎনখি-বনা মক্ম অহু ইতাক-তাকহৌরে। ঙাইহাক লৈরগদি ঙসিগীদি অম্বায়দা তোক্লনি হায়না মুপা অমনা লাউথোরক্লে। বিরবল হায়-নিংঙায় লৈতনা শাউখ্রে। নিংঙমদবনা মশা পুম্বা থুক্কৎখ্রে। মুং-ঙাইনা শাগৎচরকপা রাখল কয়াহু খুদক্তা তাকখ্রে।

কাইনথংদা উপায় অমা লাকই। মখোয় ফংহৌদবা কাংবু-মখৈ অমা পুনশিন্দুনা সাহেবতা চে থাখ্রে। য়ুমগী অনংবা অচিনবা কয়া মরুম পন্দুনা থাখীবনি। মতম অহু ফাওবদি তমথিরবা অংগ্রেজ-শিংগী মরায়-চায়থরকপগী মতম্নি। অতুম ওইনমক হৈনা শারাক তম্বিরম্ববশিংহুদি হৌজিক ফাওবদা মখোয়গী লমচৎশিংহু পুমথা-থা-দোকপা ঙমখ্রি। রাদি য়াম্না শাংথনরে। মমৈথংদদি থবকু শুবা কাঙবুম্না ঙমলে। থবক্কী মতম ওইখিরবনা মিছুৎ অমনা ময়ামগীদমক.

লৈহৌবা তাই। ময়ামগীদমক বিরবল হৌজিক লৈহৌবা তারি।

বিরবল ব্রানা ঙাইরি। শেলদি হৌজিক ফাওবা য়োরক্তি। মুংথিলগী পুং অমামাখায়রোম তারক্লে। ডটিন নাচিন্না শেলদি য়োরক্লে। অ২বু করিগুম্বা থুরা চাত্রবদি য়াম্না চোকথরে হায়রহনা অফিসারশিংতু ঙম্না চৎনত্রে। হৌজিক কাহুদা বিরবল মথন্তা ঙায়-হৌরে। মওল-মওল থল্লি। মকোক-মথক্তা উরু-উরু লৈরিবা মুংশিং মপীতুদসু মুন্না য়েংলি। মানা শাগৎচবা রাখল কয়া-তুসু মুংশিং মপীতুগা অমত্তা ওইনা উংমিন্নরি। মতুদগী থোরকপা পুক্কিং ইংথনিংঙাই ওইরবা ইংলবা মচাক কয়াদো মুংশিংকি ইপোমদা তাউথরকই। মথা ইথং-থংবা কাচিন অদোমদা মথোল অমা তাথি। বিরবল থোইনা থৌশারুদনা অতুম লৈথোকই। মা-তশেংনা চমন্নরে। মঙ-ওই-হা-ওই মীগুম্বা অমা উথি। বিরবল মতৌতুদা শ্বাই লাওই, ফুক হৌগৎতুনা য়েংই। মুশুক মুবা মুপা অমনা শেল ময়োমদো লোথোক্লগা থোঙনাউদা চোংথতুনা চেনত্রে। বিরবল মশা পুম্বা পাখৎপা অমসুং অঙকপনা থুম্ন্দ্ৎত্রে। ঙাইহাক-তুদদি মহাক তৌফম খঙদনা চপ-লেপ্তুনা লৈত্রে। মথোল থোকথি-ত্রে, কাতুগী অকোয়বদা কোয়রৈ লৈতুনা য়েংই। মতুদগী লাওরকই হুরানবা-হুরানবা— ! ঙায়হাক্তুংদা মফমদো মীনা পুময়োম য়োম-শিনত্রে। মথল কয়ামরুমগী রাহংনা বিরবলবু অমমমতা ওইনা পুনশিনবা হৌরক্লে। অতাবা থুদিংমক মাবু থাজবিবদি অমত্তসু রাকীত্রে। তশেংনমক মাবু হুরানবা সীরে। তৌফম খঙত্রবা বিরবল নোং খোংবগুম কপলক্লে। অতুবু কনা অমত্তনসু মাবু হন্না

য়েংবিদে। ঙকইদা লাইবক, নঙমুক ঙকপসিবু অতৈ লৈরমখিগন্রা ? ওঃ মীওইবা নংগী পুন্সিসে মফম, মতমগী মখা পোনবোয়রেকো। বিরবল মথুং তুংবুন্নহনা পুখ্রে। পুন্নমক্তো মঙগুম থোক্লবা বিরবল তুম্মিন মরু লুক্না চংলি। উচেক-ব্রায়া খিবিক তুম্মিন-তুম্মিন্ন লৈনৈ। বিরবলগী মমাংদা সংসারসি মৈরিগুম চাকখংলক্লে। খাঙফম খঙদ্রে ওমচাক্লরে। মতম চঙনা শাগংখিবা আশাগী ফুরা কয়াদো খুদক্তা কিম্বগ্রে।

লৈবাং কয়া কেনখ্রে, কয়া অমস্থ শাৎখ্রে। অদুবু হৌজিক ফাওবা শাৎপস্থ লেপত্রি, কেনবস্থ লেপত্রি। নোংজু-কালেন, নিংথম মথং মথং লেপ্পা লৈতনা চেম্বখি তুরেলগী ঈচেলগুম। উমং ব্রামংনা ইকোই কোইশিল্লম্বা শেহরামপুর ঙসিদি পুমলঙ লংখ্রে। ঐ মঙায়রে মতাগুম চেল্লিবা হেমাবতিগী ঈমায়দুদা চাউরবা শাং-লবা থোংদুনা চিং-লেম্না, মুপা থোক্লা লেপ্লি। থোংদুগী মতেংনা শেহরামপুরগা পৃথিবিগা অমত্তা ওইহনখ্রে। ঙসি ওক্টোবর তাং ২ নি। নাহারোল থৌদাং-চাউবশিংনা মফম মফম খুদিংমক তরু-তরু থমখ্রে। সমাজগী অমোং-অকায় তিংথং তুম্বৌ খিবিক ফুক্তোক শেংদোকপা হৌরক্লে। মকোয়-মরাং চোন্নবা মুপা অমা শেহরাম-পুরগী হোজঙ অদোমদা লাকই। লেপ্তুনা লাকপনা থোংজাওদু য়ৌরক্লে। মকোয় মরাং চোন্নবা মুপাদো মফমদুগী হোংলম্রিবা কীভম ময়ামদুবু ইঙক ঙক্না য়েংলি। চাওরবা থোংজাওদুগী কাচিন কোয়া পুম্ববু করিগুম্বা অমা খিবগুম য়াম্না চেকশিন্না য়েংলি। অদুগা শীম্বরক্লিবা মিংকি পিদুনা করিগীনো ? নত্তে, মহাক অঙাওবনি।

অরাং-পাংনা হায়গংখিত্নি চিংয়াগী লম্বেল খুত্তুং ইন্না অত্তুম চংগ্রে। অসুম অসুম লাপথোকখিবনা মিংয়েংদগী তামগ্রে। অশোঙবা লম্বেল কয়াহু ফাউ-ফাউত্নি চংখিবনা খরা কোকপা তোংতক তৌবা মর্কম অমা য়োরে। অঙাওবদো মফমত্তুদা লেপগ্রে। হোংলম্বা ফিভমত্তুবু অমুক্তং কোম্বরৈ লৈত্নি য়েংলম্লগা মখা পাংনা অমুক কুমথগ্রে। পিনা হারবা মমিত্তুনা অউবা খুদিংমকপু মশেল মরাংগুম উইল্লি।

খুঙ্গঙত্নু তন্না তপ্না-তপ্না কুমথগ্রে। মানা তেক-কায়রবা য়ুম অমদা চঙখিবত্তু কনাস্নু উহৌদে। ও ঃ অত্তুদগীদি অঙাওবদো অমুক উখিদ্রব্রা ?

নিংশিঙবগী শক্তিস্নু অসিমখৈতনি। অহিং লাইরেম্বীনা তাইবঙ অসি য়োংশিনবা লাক্লরম্লে। ইমু‌তুস্নু ইমম-মমলে। মৈরি থোকপা ঙমদ্রবা শিংতেক খরা নত্তুনা অতৈদি তুমগ্রে। অঙাওবসি, অসুন্না অচিকপদা কয়া কুইনা লৈনখিগবা। নিংথম্বনা শিদোরবা মতমসিদা মাদি ফি-মচেৎ অমফাও থোংদবমখৈ লৈরিনেসে। অত্তুবু মাস্নু হিংলিবনি।

শেহরামপুর
ওক্টোবর ৪, '৬৫ ইং

---

১

# কায়নবা তরিব্রা ?

মাবু ঐনা নিংজরক্লিবসি কুইরবনি। ঐখোয়না হোংলকপা কুমত্তদগীনা ঙসি ফাওবসি চহি মঙারোমদি শুরম্লগনি। অত্তবু ঐদি ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা অমত্তসু ফোংদোকলুবা ঙমদ্রি। ইশা ইতোমতবু পাংমন্দে হায়না চৈজবতনসু মশিং নাইত্রবনি। মাবু ঐনা করম্না নুংশিরুবা, কদায়দা, করিগীদমক নুংশিরুবা, ঐদি অমত্তসু নিংশিঙকম থোক্তে। অমরোমদনা মত্তবু নিংশিঙলুরগনসু করিবু কান্নবনো ? তানজা য়েংত্লনা করিগুম্বা থরা ফোংদোকলুনবা হোৎনবদনসু মশিং নাইত্রবনি, অত্তবু মায় পাকপদি অমত্তসু য়াও-খিদ্রি। নিংজরুবা খিবিক, হোৎনরুবা খিবিক অঙাওবা লৈচিলগী মতৌগুম মফাং-মফাং চৎমখিবনা মশক নাইবা অমত্তসু লৈহৌদে। মফম থঙত্রবা থম্মোইগী অথুপ্পা কাচিন্দগী হৌরকপা মচিল-চাম

লোঙবা মুংশি ঈফুৎ কায়াহ্নুনা থম্মোইসি থুম্মংলে। নিংজবতমক ওইহ্নুনা ঙসি ফাওবা লেল্লক্লিবসি ঙমদি ঙম্মবনি। মতম চুপ্পদা মাবু নিংশিঙবতনা ইথৌনি। মাবু "মুংশি-মুংশ্রি" নিংশিঙবহুতনা থম্মোইসি পেনগনি নিংলক্নে। মীহৌ-চাউবা থম্মোইদগী হৌরকপা নিংঙমদ খিবিক—মানস্থ ঐবু মুন্নদি য়েংখিকো—হায়বসিমতং হন্না হন্না নিংশিঙজহুনা, হৈনা ফাথজরিবনি। ঐনা অহানবগী ওইনা মণিপুরদা স্কুল কাবা হৌবহুদগী, য়ামদ্রবদা মহাক্না হাপ্তা অমগী মন্নুংদা অনিরক্লুম্বদি থেংনরবনি। নোংমস্থ মেলা য়েংফমদা অহুগা করিগুম্বদনা ঈশিং শোকফমদা। করিগুম্বা স্কুলগী লম্বেন্দা মথনতা চৎলম্বা থোক্লগনা মিৎয়েংগী লান্দা ঐনা ঙমলে। অহু নত্রহুনা করিগুম্বা মানা মীচং লিংখিবগা থোক্লবদি ঐহাক্তি লম্বেলদগী হেন্না অতৈ অমা উদবনা অয়াম্বনি। মায়থিবা অহুনা ঐবু থোইনা হেন্না ব্রাহনথিবদি নত্তে অহবু মিৎয়েংহুনা ঐবু তত্তনা পঙথহল্লি। হৌজিক ফাওবা ফল্লি। মথাথংবগী শান্তিনা নোংমা তম্নবা—তা-কুমার !! বীমোলা হায়বা ঐখোয়-ইমাম্নবী অমা লৈ হায়বা,………অদো মাননে নংসে কনানো হংই—। মত্ত তাবদা ঐঙোন্দা ফোংদোকফম খঙদবা মুংঙাইবা অমা ফাওখিবা, শান্তিদি খঙলমলোইদ্রা ? শান্তিদা ঐনা হায়খিবা—কিজব্রা হংউ—। ওঃ মা ঐবু ওম্মোক্লা কিরম্ন-নিদা। মুৎলি-মুৎলি তৌরম্নবা ঐগী আশাগী থাওমৈ মচাদো শান্তিগী পাউহুনা কনাগী মতেং য়াওদনা মথস্তা চুখৎচখি। ইভন-তম্বক্লবা থম্মোইসে খুদক্তা ফ্রঙ চোংথৎলকখি। তম্নরিবহুনা অরানবা ওই-রগদি—ঐবু লম-হেল্লবী মমিত্তুনা ঙংলবগী অর্থ থোইনা লৈতে।

আঃ রাখল অমদা ঐনা কয়াদা মুংঙাইরুরবা ! পরিক্ষাগা করিগা মফাং মফাং লৈখিবনা ফী ভম অহুদা মতম অয়াম্বদি হৌজিনখি। থোইনা শাংখিবা চহি নস্তে। রাখলগীদি মখা পোনখিবা জাৎনি। অহুম ওইনমক চিল্ল চিল্লবা মতমদ ফাও মাগী মরম থিজিনবদা মতমদ খরা হৌখিবদি থোইনা নাচুংখিদে।

ঐগী লাইবক লেপকদবা মতমহু য়ৌরকলে। মখোয় অহুরাইদা "থাবল চোংগনি" হায়বা পাউ অমা তারে। অয়ুক্তগী হৌনা পুক্লিং অসে ঙাইহাক্তফাও লৈতাফম খংখিদে। মখোঙ-য়াঙলবা, থুরবা ঐগী রাখল্দি খুদক্তা থাবল চোংফম য়ৌগ্রবনি। অহুবু অনাবা লায়চুরবা হকচাং অসিদি ফম্মুংদগী হেনখিদে। ইমিৎ অনিসি চেজেৎ উইশিল্লগা মুংশি-রাহৈ খরা খোমজিনবা লাক্লরে, মপুং কাবা ঙমখিদে। ইশোয় শোয়দনা য়ৌরকলগদবা মতমহুদা ঙাইবদা মপোক অমা ওনগ্রবগুম নিংলে। কাইনথংদা য়ৌরকলে ঙাইঙমদ্রবা মতমদো। ইমাম্নবা অমা অনিগা লোয়ননা থাবল চোংফমদা থুংলুরে। তান নাইনা য়ৈরকলিবা ধন, শাইদ্রমগী খোঞ্জেলক্তা ঐগী থম্মোইস্নু তান চানা চোংখি। পুক্লিংসি ইতাও তাওই, লৈতাফম খিত্তা হেক খঙদে। ইমিৎ অনিসি চংহুনা কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা য়েংই। তাক্লরুদবা মিৎয়েংনিনা চোকথবদি মরৈত্রে। থিরিবদি কাওখিদ্রবা শকফমহুতনি। মফম খুদিং শিনবা থুংনা অমুক্তদা য়েংবা য়াবা মিৎ মতমহুদা পামলকখি। থাপ্লা উরে, অনিগুবা পরেংদা য়াওরিবীদো কল্লাম চাউবা ঐনদি মতমহুদা কয়াদা রানা খাঙখিবা। অতোপ্পা মুপা অমনা পায়রগা চোংলম্বহু পৎ হেক থদৎনিংই। মুমদগীদি

শেম শাত্না ফনা খোনা ফনা লাকপনি। অত্থবু শকফমত্থ হেক উরুবদগীদি মীছনস্থ চৌখ্রংলক্লে, খোনস্থ নিক্লক্লে। মসিবু কন্নি লায়নানোনে ? ইমিং-ইনাসে তথক তথক্লে ! হকচাংস্থ জিং জিং লাওরকলে ! থুং-শাস্থ মরেং-মরেং চংলকলে। চংশিন্দুনা তাপ হেক পায়রুগদবস্থ ঐগী শক্তিসিনদি ওইথোক্লে। ফনা হৌজিনগ্রে, ঐদি মতমছু ফাও করিস্থ পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরে। কাইনথংদা ব্রা হৌদোকপীরিবা মরুপতগী ঈঙ্গিৎ অমা ফংলে। শিরকস্থ চংলবস্থ অত্থ মঙায়রে নিংলত্থনা চঙলে। থোংলবী, তনৌ-তনৌরবী মথুং মচাত্থ তাপ হেক পায়রুবদগীদি হকচাং পুম্বা নিকপা হৌরকলে। ফনা ঈংলবা মতম্নি অত্থবু মায়স্থ হুমাংনা পুমলুপ লুপগ্রে। হায়গে নিংলম্বা ব্রা পুম্বস্থ ইকাউ কাউগ্রে। ব্রা মচেং অমফাও হায়বা নঙ-হৌদ্রিঙৈদা হাপস্থ থাদোকগ্রে। নিংবা কায়না অমুক হন্দোরকলে। লাকমিন্নরিবা ইমান্নবশিংত্থনদি ঐবু পাংমন্দে হায়না শাওরি। ঐঙোন্দা ফাওররিবা অব্রাবছুদি মখোয় খঙদে। চোংবা হৌগ্রে, ইন্দক্তি শোয়বা য়াবা নত্তে নিংলত্থনা জ্ঞান খরা তানা চংলে। মহাকপু ইখুংমক্কা পায়ত্থনা চোংলেকো খনবদা হায়ফম খঙদবা লুংঙাইবা অমনা ইশা পুম্বা থুম্নাংখিবত্থ ঐহাক কয়া হৈনদে ! মথোঙ চাত্রবা থম্মোইসিনা তকশিল্লকখি নংহৌররোই মতাগুম। ঐহাক্কা খোল নিকলপ তৌনা হংখি—ব্রাব্রা ... ... ... ? থুদক্তা অত্থম ফংখি, মত্থগী পাওথুমস্থ। —ব্রাদে ... ... ...। পুন্সিদা ইহান হানবগী ওইনা মাগা ব্রারী শানবা ফংবছুদা ঐনা কয়াগী মতিক লুংঙাইজখিবা হায়বত্থমদি তমত্থনস্থ থোকলরোই। মথুম-মরাঙ হৌরবা ব্রাখল

কয়ানা লমজিংতুনা অমুক হংখি — হয়েং স্কুল কাগব্রা ? খরা ইকায়রপ তৌনা খুম্নকখি—হয়েংদি নোংমাইজিংনি। জ্ঞান তাদনা হংদোকখিবা ব্রাহংতুদা ঐস্যু খরা ইকায়খি। ইকায়বা ফাথবা ওইনা মখা তানা হংখি—ব্রা অমত্তা হায়গেনা ··· ··· ···য়াগব্রা ? ঙাইহাক খম্বরগা খুম্নকখি— য়ানি য়ারোই লেপ্পা ঙমজব্রিয়ে, হায়রকলগা খঙবা হায়তুনি। ঐহাক তুমিন্না তায়, মানা খুম্নকপা ব্রাহৈ খরতুবু হন্না হন্না খনবা লাক্করি। ঙাইহাক লৈরগা ঐহাক্না অমুক জ্ঞান তাবা শারতুনা মখা শমথখি— মীগী পুক্নিং খঙলুদনা হায়নিংবা পল্লুদবা ঐনা লাল্লবা হায়তুনি। হন্দক্তি নোকফেং তৌনা খুম্নকই— পুক্নিং খঙদবা মীবু মরাল শীবদি ইতিক নচ্ছদে।

থাবল লোইশিনগ্রে। অতুবু পুন্সিগী থাদোকনিংদ্রবা হকচাং অতুবু ঐনা অমুক থাদোকলুখিদ্রা ? ময়াম্না মচোয় মচোয় কায়নরবা মতমতু ফাওবা ঐদি মাবু চেজেং পায়তুনা থমখি। খুংপায় চেংনা পায়থ্রবতুদা খাঙবা ব্রারবী মানা শুগল্লপ তৌনা নোকখিবদো ঐহাকপু করম কাউথোকলসিগে। ঐবু হন্না হন্না মায়থিবা পীরিবসি ময়ায় কারবী মিংস্না অনিতুননিকো। হৌজিক্তি হকচাংসে তয়াং-তয়াংলে। তাম্না লৈহৌরবী মমিতুবু মশেল মরাং উরকপগুম তৌরকপসিদা মালেমসে ইথন থনথ্রবোয় নিংলে। ঐগী মথুম-মরাঙ হৌরবা থম্মোইনা কোংদোরকপা হকচাংগী শাথেক কয়াতুবু উরগা মরুপশিংনা ঐবু করেম্নখিব্রা ? ইনৌ নৌনা অমুক শাগংখি আশাগী ফিরেপ কয়ামুকসু মঙগী দলানগুম। কোয়মিন্নরুই ঐগী ব্রাথলনা শুতনা মঙলৈবাক কয়াদা। মকম খুদিংমক কোয়থুং-থুংলে, অমত্তা

চিথদ্রে। নিংবগা য়োবগা মান্নরবা ঐগী ব্লাখলনদি মাগী মনিং থুংহনবা ঙমখি। কয়াসি নিংছুনা লাকপনা ইমান্নবা অমনা— চংহৌরোনে, য়ুমদা মুংঙাইনা ঙাওরুরো—হায়রকপদুদা জ্ঞান খঙতা হেক তাই। মচোই মচোইরুরবা ব্রাখল কয়াদো তপ্পা অমুক শেমজিন শাজিন্দুনা য়ুমদা চংলক্লে।

শিনি খঙন-খঙনা পান্মুনা হিংলিবা মীওইবনি। চাবগা তুম্বগদনসু মথৌ ওইবা কয়া য়াওরিবনি। লমচৎ-শিনফমগী মতুং ইন্না সমাজসিদা মী খুদিংমক্কী তোঙাল-তোঙালবা মফম লৈনরিবনি। অদুবু শিনি হায়বসিমদি তাইবংগী লৌনম শাজং কয়াসিনা কুপ-শিনখিবনা মঙদা ফাওবা মঙহন্দবমখৈ কাউথোকহল্লি। নোংমদি শোয়দনা শিরগদবা ঐগী হকচাংনা মুংশিবগীদমক কয়াদা ব্রাজরবা মরম য়াম্বা তাইবং ফম্বাকসিদা মফাং-মফাং চৎনখিদুনসু পুন্নমক্কী ওইবা পম্বুংদি অমত্তনি। পুন্নমকসি খন্না-খন্না ফনা থেংজিল্লক্লে। ঙসিসু ঐহাক হৌজিক ফাওবা তুমথবা য়াদ্রি।

স্কুল অকা অকুম কয়াদা চিঠি কয়া পিথোক-পিশিন তৌনরে। অনিঙবা কয়াসু অমত্তা খাক্তনা ফোংদোক্লবা হৌরে। অহানবদদি থবক খুদিংমক মিৎ তাংবা অমগুম ত্তোরুরবসু ঙসিদি ব্লাই খরা শংনা চৎথবা ঙমজরে। ঐ হৌজিক্তি জ্ঞান তারক্লে। অথিংবা কয়াসি লৈরমত্রবদি থবক খুদিংমক অমত্তা ওইথোকলমলোইদবনি।

ইমুং অনি অসি ফনা থাপ্লে। মাগা ঐগদি মুংশিনরি। ইবা-নিগী মফমদদি লায়রবা-অনঙবা, অখিবা-ফজবা অসিনচিংবা কয়াসে অমত্তা ওইদে। মচু খন্না-খন্না হিংলক্লিবনি। লন-থুমগী থেন্নবনা

ঐখোয় অসিবু থিংবা হায়বদি ওইখোক্তবনি। শেঙ্গাও পায়বা মখোয়গী পাবুংনা ঐবু ওম্বোক্লা তাথী। তাথীরিবা অতুমক্লা ঐখোয় অনিগী মুংশিনবস্তু থোইনা হেন্না চেৎশিনহনবোই নিংই। পুন্নমক-সিগী মতুংদা তপ্লা অমুক নিংশিঙলকখি, হায়নখিবা ব্লা, নত্তে ঐবু হৌজিক চৎকত্রা চংলোয়ত্রা? পিক্লবা কোক অসিনদি লেপ্পা ঙমদ্রে, করি তৌসিগে, অতুবু ঐগী মুংশিবনা জয় ওইখ্রে। য়ুমলোন্ন-ব্লা ইমান্নবতু হৌদোকলুরে। ব্লারী শানা-শানা লাকপনা খোং-নাং মখোঙতু য়ৌরক্লে। হৌখিবা কয়াবু নৌহৌননা অমুক নিংশিঙ-লুরগা খ্বাই-খ্বাই লাওই। মফম-মরাঙ খংদবমখৈ ইচিং-চিংননা লেপ্পি। মাবু উননিংবনস্তু শিদৌই। ঘড়িদা হস্থনা য়েংলুবদা পুং ৯ চপ চানা তারমলে। শম্বল ফাওজিন্দুনা চঙলক্লে। থাপ্পা উই থোংনাউ হাংদোকপগী মৈঙাল। মথুম-মরাঙ হৌরবা থম্মোইসে ঙাইহাক্তা ফাওবা পোৎথাফম খঙলক্লে। মতমতুমক্তি সিনা অরেপ্পনি হায়বা ব্লাখল অমফাও খনবা ঙমখিদে। মহাক থোরক্লে, লৈহাও পাম্বীতুগী মরুমদা লৈশিল্লতুনা হায়রকই—

কয়াম কুইরে···? ফাগী ওইনা খুমখি— কুইরে ইবেম্মা ঐখোয়তনা নিংজবনি···। ঙাইহাক্তি করিস্তু খুমলক্তে।

—য়াম্না শাওইনা···ঙাইঙমদবা মানখ্রেদা?

—ঙাইঙমদ্রে খঙলবদি খরা ঙম্না থোরকপা য়াদ্রা?

মহাক তুম্মিম্না লৈখ্রে। ব্লা মচেৎ অমফাউ ঙাংলকখিদ্রে। শাউরিব্রা, ওইনরিব্রা? মতমসিদনি ঐনা ইনৌ- নৌবমক নম্রগস্তু অরুবা পান্না অমা হেক-হেক তম্বিনিংলকলিবসে। লম হেনগ্রবা

থম্মোই হায়হুনি। মিপাইববা মিং অসিনা অমম্বহুদা কোয়বৈ লৈ-হুনা অমুক য়েংই। অমম্বদগী হেন্না কবিসু উখিদে। কনা উদ্রব-হুদদি থোৌনা ফবা শাবহুনা ওইনা চাওবী মাবু চেজেং কোনশিল-লগা ফমথহল্লে। পুন্সিচুপ্পা য়েংহুনসু পেল্লরোইদবী মায়থোংহুতবু ঐনা কয়াদা মীতাজবা। অহুবু মাদি ইকায়ববগুম মরু লুক্রি। কযাদা ৱানা পুবা ঙমজদ্রবা মাযথোংদো শুক-শুরু নৈশিন্দুনা খাঙ-খিবা। মুংঙাইববা থম্মোইগী তিং-তিং লাওবা মখোলদো মাদি তাবমদবা য়াই। হৌজিক ফাওবা ৱা মচেং অমত্তা ঙাংলক্তি। ঐনা কোই— বীমোলা ......। অবোনবা শকফমহুদা কুইনা থাঙবা ৱাবহুনা তুম্মিন মরু লুকথবগা নোকখি। ইংবনা চিংশিল্লবা উচেক মচাশিংনা মনিঙ-থুংহনবা ঙমজদ্রবী মমাদা ৱাকংপগী চেক-চেক লাওবা মখোল, ঈংলবা মুংশিংকি ঈপোমদা তাওথবকই। মালংবগী শহুম ফংবদা থাঙবা ৱাববা উনা-ৱানাশিংহুনা চেকশিন-বিদ্রবা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিগুম ফ্রে-ফ্রে হায়বি। তমথোক্কদববু ইকায়জৈ—চেজেং-কোনশিনবিরে। মশা পুম্বা হুমাং কাংলবগুম তৌই। চাথোকতুনসু পেল্লবোইদবা শকফমহুবু চাথোক্কদবগুম য়েংলগা ঐনা শোম্থাংননা হায়খি—বীমোলা, ঐবু শাউত্রনে ?? মমায়দি হায়গংলক্তে অহুবু শ্রু-শ্রু নৈশিন্না থুমলকই— ইতিক নচ্চদে,......পুকফত্তবা। লৈচিনগী মরোল কয়াবু ফাওদোকপা ঙমজদ্রবী থাজগী মমি শামিবা মঙালসু শামথ্রে। থেঙলে। হো-গংলে। মাদি মচি ইবেঙ-লেঙদনা অহুম ফমলি। মতৌহুদা মুং ঙাইত্রহুনা অমুক চংশিল্লগা চিংখংপির্রে। অঙাওবা থম্মোইগী ইহৌ

অমনা লাকহৎখিহ্না থোৎলবা, মেঙলবা, ঐবু মোমোন মিনোক্তা ঙাওহনখিবদা মতেঙ পাংখিবা ভঙাংলবা চিৎবাল অনিহুদা ইরাল লঙশিল্লুরে। ঐদি থোরক্লে। মাদি পঙথহৌরি।

অহিং-মুংথিল কয়া কয়া ওনগ্রে। উনবু তাদ্রবস্থ নোংবু চুদ্রবস্থ নত্রগা মুংশাবু শাদ্রবস্থ ঋতুদি লেপ্পা লৈতনা হোংখি, অমগী মথংদা অমা অমগী মথংদা অমা। লোয়ননা ঐগী পুন্সিস্থ মথং মথং ওনখি। রাখল শাজৎস্থ অহু মঙাই, অহোংবগী অহোংবা ঙাক্নি। হৌজিক ফাওবা থনগল্লবা রাখলসিনদি ন্নিংলক নিংলকপহুতবু খল্লি। ঐখোয় অনিগী মরীস্থ হান্নগী ফিভমদগী ওনবা নত্রগা হোংবা লৈতনা অহুম্মক লৈনরি। নোংমা অয়ুক অমখক্তি পোষ্টমেন অমা লাক্তুনা চিঠি অমা পীরম্মী। এডড্রেসতু পাবমক্তদা খঙলে, মহু শিলচরদা লৈবা ঐখোয়গী ইপলনা থারকপনি। ঐখোয়গী শাগৈ-নাতৈ অয়াম্বদি শিলচরদা লৈবনি। তশেংবমক্তি ঐখোয়গী পাজিসিস্থ রাখল চেক্তবা মুপা হায়বহুনি। ঐখোয়না মণিপুরদা থোরকপদো মরম ইচা চাদবনি। চিঠিগী চাউরাকপা মরোলদি অসিনি:—

ইবুংঙো,

নখোয় হোংলক্লো। নাতৈ চাবা ইখোল অমথক নাংগীদমক লৈরবনি। শেল থুমগী রাহু কোমা খন্নসি। ইথন্তা মফমসিদা পাঙল ইথোক থোকত্রে। থবকস্থ মায় থরা পাক্লি। নঙগীস্থ রাভনা লৈগনি। অঙাংশিংগী মহৈ মশিং ভম্বদস্থ হৌজিক্তি

খুদোং য়াম্না চারে। চিঠিসি মুন্না থল্লগা ইথিবনি। পাওথুম থুনা পাম্মি। ইতি—

নহাক্কী—
নয়াম্বা, শ্রীমাইবম মনি সিংহ
শিলচর, কাছার।

চিঠিগী মরোল তাবদা পাজিদি হরাওবনা চোংপ্রে। ঐদি তৌফম খঙদ্রবনা ফম্মুংদা তুম্মিন হৌপ্লি। মিৎ পাঙনা পাঙনা মঙ থরম্ মঙখিমাপ্লে। মতম চঙনা য়ানা শাগৎচবা আশা থিবিক্তা পন্দোম লোমদনা মাঙপ্রগদ্রা থনবদা থম্মোইসে তনিক তনিক্লে। ফীভম অসিদা ঐনা করি তৌরুবদি য়ারি। হৌজিক কাওবা ঐহাক ফীভমগী মথা পোল্লি। পুন্সি চুপ্পম্ পোনথিগদ্রা ? থনবদা মমৃই। মখোয়না থাক্লি—মখোয়না য়োক্লি, মখোয়না হায়বা ইনবা তাই। য়াথলগী শক্তিদি অসি মথৈতনি। হৌজিক্তি ফুদোকফম খঙদ্রবা পাঙলসি কদায়দা শিজিন্নগনি। ঐগী হুংশিববু ফীভমনা ঙমথিবদা ... ... !!

পানখৎলকপা নিপান্নি পানবদা যাত্রা তৌরনি হায়না পাজিনা মরুপ মপাংশিংদা শন্দোকপা হোৎপ্লে। করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবা। অমরোমদনা মাগী ... ... ..., অমরোমদনা ইমা-ইপাগী মথা-পোনবা ঐগী ইথৌ। ওঃ ইশাসে তোথায় তোথায়বু তারগদ্রা, য়াথক্রা মাগী, হকচাংনা য়ুমগী। চয়েৎনরবা য়াকম কয়াসিনা ঐবু পোথাকম খঙহন্দ্রে। হকচাংসি তুকক তুকায় ইচন চল্লি। ফুদোকফম খঙদ্রবা পাঙলনি। ঐনা মাবু হুংশিদ্রব্রা ......!! কায়নবগীদমক

ফোংদোকলুগদবা ব্রাকমদো শুংশিবা মশক খঙবা শারবা থম্মোই-সিদগীদি থোরকউ য়াগদোরিব্রা ? ওম্মোকপা লাইবক হায়বত্নি। খনবগীদি লেপ্পা নত্তে অত্নবু লোইশিনকম খঙদবগী ব্রাদনি। মতাংসি য়ৌরক্লবদি ... ... ...।

স্কুল কারকপদা উন্নগদবসু টেস্ট পরীক্ষানি হায়ত্না ছুটি থা-দোকখ্রে। হুমিদাংব্রাইরম মাবু উন্নবা চৎলি। ফোংদোকলুরগে হায়ত্না থোনাগা লোয়ননা লোক্লবনি। কায়নগদবা ময়ামসি থল্লুবদা ঐহাকসি পাঙদবা মী অমা ওইরবনি। ব্রাখলশিংসিনা থম্মোইসে ইনৌ নৌথোকহল্লে, ঈশিং শোকফমত্ন য়ৌরক্লে। মহাক লৈরম্মী। লুরিবদি হৌজিক ব্রাকমসে মঙোল্দা করম ফোংদোকলুনি। অরেপ্পা লৈতবা ঐগী লৈফমনিনা অরেপ্পা ব্রাখলসু অমত্তা থনবা ঙমদে। তুম্মিন্না হনগ্রসিরা হায়না অমুকসু নিংই। ব্রাকোয় অমদা কন-কুইনা লৈরে। কায়নথংদা ঐনা—খুদিংমক ফোংদোকখ্রে। তুমিন্না লৈবত্ন হৈনব্রত্না ঐনা হংখি—করি থল্লি বীমোলা ? ভাইহাক লৈরগা—শুংথোক থোরক্লরোইদ্রা ? কায়রবা থম্মোয় অসি মহি চেনগদৌরে। মিৎ অনিসিসু পিনা থুঙ্কৎলক্লে। ইকায় ইকি ব্রাংমা লাল্লক্লে। হায়দোকে নিংলম্বা থুদিং থম্মোই তাম্বাদা ইপন পনখ্রে। লোশিং চাওরবা ঐনা ব্রাহংত্নগী পাওথুম পীবা ঙমখিদে। মিত্তগী তারক্লিবা পিবু ব্রানা থামবা লাক্লখি। ঐগী অরোইবা পাওথুম, মসিনা অরোয়বা মাগা ভাংনবা—তম্বা ঙমত্রে বীমোলা ... ...। পুন্সিসি অসুন্না অত্নম লোয়শিনখ্রো তন্নমাল্লে। থোঙথাং থরা তপথরগা হায়রকই — কায়নবা তারব্রা ? তঙাংলবী থজাই অনিত্নদগী

চেম্বরকপা পিগী ঈরিক খররুতনা ঐবু কয়াদা ৱাঙ্ললবা। থৌনাউসি কংলবগুম, কল্পিনো যোংদোক্লিংলিবসে। হেনগংগ্রবী মমায়বশিংত্নুমা কৌরকই—বীমোলা কৈদৌরে ... ... ? অরোইবা মিৎয়েংনা হেক ঙমজবমখৈ মাবু য়েংলে। 'সিমত্তদি হায়রমগে নিংই—বীমোলা কায়নরসিকো ... ... ...। অত্তবু ঙমখিদ্রে।

অসুম্না মফাং মফাং লোয়সিনখিগন্রা ঐগী পুন্সিসে পম্বুংকম খণ্ডদনা। ভুরেলগী ঈচেম্না ঙাইহাক্তা ফাওবা লেপ্পমদনা চেম্বন্দ্রি ; অত্তুগুম্না মীওইবগী পুন্সিস্সু, লেপ্পা লৈতনা অহোংবগী ঈচেলদা তাউথন্নি। অসিগুম্বা অৱা অনা কয়াগী চৈথেংনা নৈহৎপিরবস্সু অনিঙবা অমগী মথা পোম্না মীওইবনা হিংলি। অসুক কুইরবসি মঙোন্দগী পাও অমত্তা তাদ্রি। অত্তবু ঙসি ফাওবদা কাউবদি মঙমদ্রি মণিপুরগী কাচিন অমদা শাৎহৌবী নিংথিরবী লৈরাং অমখক্তংবুদি ঐগী থম্মোইনা।

শিলচর, কাছার,

জুলাইগী অহানবা—'৬৫ ইং।

# ৩

## রাধা প্যারি

নিংথমথাগা ওইশিল্লকপনে, রেটিং রুম খুদিংমক মীনা কৃক্ কৃক্ ইন্নখ্রে। থোইদোক্না তীর্থ যাত্রা তৌরুবনা অয়াম্বনি। কাংবু কাংবু তাশিন্নতুনা মচি মচিদা রারী শারি। মখল খুদিংগী মী শুরে। মীওইবা জাতিগী মশাগীতা য়েংবা হায়বসিমদি শিত্রিফাওবা মুত্রবনি। ফম্ফম খজিক্তুংগী ফাওবা ফুনরকই। পুম্নমকসি য়েংতুনা ঐসু মচি অমদা তুমিন লেপ্লি। স্বর ফাওবা কোমনা হোনবা ফংদ্রবা মফমনি।

ট্রেন লাক্লে খংনবা কাংসিসু থিঙখ্রে। মথুম-ম্নরাঙ হৌরবা যাত্রিক খুদিংমক মাগী মাগী কাংবুবু থিজিন খোমজিন্নবা হৌরক্লে। অমনা লাওবা, অমনা কৌবগী মখোল, অচোয়-অপা, অচা-অথক য়োনবশিংগী শৈহেক্না লোয়নবা খোম্বাং, অতুগা নাকল অমরোমদনা

পোৎ-চৈ থাংগৎ-থাংথা তৌরিবা মেছিনগী নোংখোংবগুম্লবা মখোল-নচিংবা কয়াসিনা মফমত্থ তশেংনমক অরাংবা সংসার অমা শেমগ্রে। ঐহাক খোঙবু কনাস্থু লোয়নরক্তে ইতোমতনি। থুৎ·য়েত্তনা বেডিং ওইদনা সুইতকেস—অত্থগা ঐনা প্লেটফোর্মদা লেপ্লরম্বনা অউবশিংদা ঙক্লা থোক্কনি। মখোয়না ঐবু খোঙবু য়াউদবা যাত্রিক অমনি নিংলমগনি। অত্থবু থুমিৎ ২৫নিদং পূজাগী ছুটি ফংবসিদা য়ুমদা লাকপনি। লংফৈদা লৈরিঙৈদা য়ুম চৎনিংবগী ময়াইসিদি থেংনরগা হেল্লা ময়েক শেংগনি। থরনা কুলিশিংদা শোয়বা য়াদে হায়রম্বনা তক্করি। ঐস্থু লম্বীসিদা অনি অত্থমলক্তি চৎলবনি অত্থবু হুন্দক্লী মী খুয়ামসিদি অমুক্তস্থু থেংনদ্রি। ইতোমতগা ওইবনে, মীনগা য়াম্লে, ঐস্থু তঙায় ফদনা কুলি অমা নেকলে। মাগী হৈ-শিংগ্রবা রাঙাং য়াম্না চমশিল্লকপগী মতৌ, ঐহাকসিবু লৈকাইগী মীগুম, অত্থগা মাগী থোইদোক হেন্দোকপা ব্যাবহারত্থদা ঐহাক ইতোমতা নোকচৈ। অত্থমলক শুবা কাংসি খিঙলকপদগীদি ট্রেন য়োরক্লে হায়বা খঙলে। মী খুদিংমক পরেং না নামরেঙ মরেঙ চৎপগুম তৌরক্লে। ঐগী থোনা ফরবা কুলিনা বেডিংত্থ মকোক্তা থোঙ্গৎগ্রে। সুইত কেষ্টমস্থ পীরক্লব। হায়রকই। ঐনা য়াখিদ্রে। ট্রেন থুংলরে, কুমথরকপা মীগী মায়থোংদনা থুংলরবগী হরাও-তয়াম্বা মীনোক, কায়নরগ্রে থম্বগী অরাবা শকফম। কাখৎলিবশিংগী মায়থোংদনা কায়নহৌবগী হুংঙাইতবা অত্থগা থুংলুগদবগী হরাওবা। মখোয় খুদিংগী হরাওবা, অরাবা, হুংঙাইবা খিবিক্লা মফমদো পুম্নাং লাংইবা মথরায় পান্দ্রবা বেড়িংত্থগীদমক থম্বদা রাই। মওং অমা ওইনা

মমুংদদি য়োঔগ্রে। কুলিহনদি ঐবু কাখৎলক্কবা হন্না-হন্না কৌরি অহুবু কাখৎকদবসি ফনা লুরি। শোয়হৌবদি য়াবা নত্তবনিনা নম হাহ্না কাখৎপা লাক্লরে। আরে আরে উধর-চলিয়ে, জরা দেখিয়েতো নিচে-ৱালে বচেকো···। থোরা হাথ নিকালো··· ময়ামসি অমগী মথংদা অমনা লাওরকপনি। খ্বাইদগী মুংশিবদি ইশাতনি তোয়না হায়নৈ। অচুম্বনি মখোয়না লাওরিবশিংহ্ খোইনা তারুদনা ঐতবু চল্লবদি হায়না কাখৎপা লাক্লরি। ৱানা হোৎনরবা মতুংদা মমুঙদি য়োরে। কুলিগী মমল লেপ্লদ্রি। ফনা কুইনা য়েৎনরবা মতুংদা সিকি অহুমদা সন্ধি তৌনরে। ঙহাক লৈরগদি লাঙলম্বা পুম্বা পুমচিক চিকগ্রে। মুপ্নগী হোকর খরা নত্তনা প্লেতফোর্মহদা কনা অমত্তা উদ্রে। তল য়োনফমদংদি খরা চিন্না উই।

গার্ডকী ফিরাল অশংবা অমা হাইখিবগা লোয়ননা শাংলবা কাংশি অমা খিঙখিবদগীদি ট্রেনসু চেনবা হোরক্লে। ওম্বোকপনি গাড়িদা তোংজবগী ৱাদনি, ইশাগী ফীভম ফাওবা শেমজিনবা ঙমদে। লেপ্পিবহ্ মওং অমনি। ঐনা নিংখিবনা ভোংবা ফংলে, শোয়দনা থুংলুরনি সিতনি। ডবাগী মপান্দা করি ওইরমগদগে হায়বহমদি কালেন্দা ক্লাসতা মঙবা মঙগুমই। মরক মরক্তা মশেল-মরাং ওইনা, লৈথহ্না লৈহোবা উ-ৱা লৌবুক, ভুম্বক-ভুম্বকপা য়ুম মচাম্নচিংবা কয়াদো থীরকিদগী উথি। ট্রেনগী খোংচৎ খরা হম্বরক-পাম তৌই। ও! লেপগ্রে। করি তৌরবা জাৎনো নিংই। ষ্টেসন মচা অমা য়োবগী ওইরম্রে।

লাইবকীদি লাইবক ওইরে। ময়াম্নবুদি ইশাগী লাইবক্তি

ইশানা শেমজবনি হায়বা। ইশেম-হেক শেমলুদনা ওইরকপা ঐগী লাইবকসিমদি ইতোমতা ঙকচৈ। ঐনা তোংলিবা ডবাহুগী মী অয়াম্বা তপ্পা তপ্পা কুমথনগ্রে। হৌজিক ফাওবদি ঐনা তোংলিবা ডবাহু কোম্বা হায়বা য়াদ্রি। অহুবু ঐসু ফমফম অমখক্তি ফংলে। ঐগী বেডিং-সুইতকেসকহু অমুক উবা ফংজরে। মথংগী মিংকুপতা করি থোক্লগবা, লাইবক্লা করি তম্লমগবা? মী অমা ওইনা মসিমদি মমলবা ৱাহংনি। অহুবু তুংদা ওইরক্কদবা মিংকুপ থুদিংগীসু লাইবক্লা তম্লম্বা খরদি শোয়দনা মরৈরম্লগনি।

মহাকসিবু কনানো? করিগীনো মানা ঐবু অসুক মুম্না য়েংলিবা? মতৌহ্র খোঙবু কনা লোয়নরকপসু মান্দে। মতোমতনি হায়হুনা কিথি-কিরুম্বগী শকফমসু নত্তে। হুপী ওইবীনি হায়হুনা মনাক্তা ফমলিবা হুপাশিংবু করিসু থওইদনা খন্দোকলি। অহুগা মায়থোংসিনা তাক্লিবনা মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি লেপ্লবী অমগী শকফম। শওং-শাদাসিদা মৈতৈ মানবগুমসু তৌই। অহুবু তিকেৎচ্যেক্কী মতাংদা চ্যেক্করদা পীথিবা পাওখুমহুগী হায়রুরগদি মহাকসি বেঙ্গলি নত্রগা অসামীনি। লম চৎপগীদি য়ারিবমখৈ খংনা চাম্নসিনবনা উপাইনি। ময়াম্নদি ঐবু লম চৎপদা হৈ-শিংই, মী খোনবা হৈ হায়হুনা থাগৎপিবসু ময়াওই। মাবু উরুরগা চিংনবসু অসুম অসুম হেনগৎলকই। মহাক্তি কক্লিসু থোক্লরুবা নত্তে, শক খঙ্গনখিবসু নত্তে। অহুবু চিংনবদি পোক্লে। মহাকসিবু মৈতৈ নত্রনে? ইতোমতা হংজবনি, কনাসু থুম্বিরক্তে। করিগীনো হুপীমচাসিদা ইচম-চম্না কক্লিগুম্বা অমত্তা কাঙথোকপা ঙমলুদ্রিবসে?

তোয়না-তোয়না য়েংলকপা মিৎয়েংদুগী হায়রুরবদি মাসু ঐবু চিংনবা কৈনো। হন্দক্তি মিৎ চানরুবা মতাং ওইনা তৌরদুনা মতোমতা হায়দোকচখি ঐগী ইচিনসিনা—মৈতৈ মানৱেদা……?? য়াহংসিদা ঙাইহনা লৈরম্বগুম, খোরাংনা পাওখুমলকখি—মাগি… ঐসু ঙসায়মথৈ চিংনজরম্মিবনি !! ৱারীদি ফনা য়াম্না চৎথনরে অদুবু মচং ওইবদি অমত্তসু য়াওদ্রি। অহানবমক্তদা মরু ওইবা ৱাকম অমনা—“ইপাং কনাসু য়াওদে হৈতোমতনি !!” অসিনি। মসিমক্তা মথৌ ইরৈ লৈতনা ঐবু করিগুম্বা খন্না খলহল্লবনি। ঐঙোন্দদি কুফেৎ-কাফেৎকুম তৌরবা মনিল ফংদ্রিবা মাগী পুন্সিবু য়েঙ্গনিঙথি। ঐনা হোজিক কয়া পাম্লিবদি পাওখুমসিগা চানবা পুন্সিবুনি। অদুবু মদুগীদমক ফোংদোক্লুনবা শক্তিদি ইকাইবোই-করিবোই মচেৎ অমফাও লৈত্রি। পুকচেল শেংবী ওইরমগদ্রা, মরী ইরৈ লৈনদ্রবসু ৱারীদি ফনা য়াম্না শানরবনি। অদুবু—“করম্না লৈরম্মি-বনো, করিগীনো’— হায়বসিমদি হেক্তা লোৎখি। মাগী লকক-লককপা মতৌদুদা ঐসু মথা থোইনা তারুদ্রে। উপায় অমা পুথোক্রে ! খঙহৌদবদি য়াদে মতাগুম। ৱারীদু মওং অমদা অমুক পুথোকখ্রে। মমৈদদি মতাংনা য়াত্রদুনা মাগীসু লীথরক্রে। ৱারী হৌরমদায় ঙাইহাক্তুদা মাগী মায়থোংদা তাখিবা নিংখা কায়রগী ওমচাক্লরবা মমি কয়াদুদি ঐহাক কাওবা মরৈগ্নরোই। য়াম্না ৱানা কনাদসু ফোংদোক্লিংত্রবা মশাগী ফীভমু শেমজিবা লাক্লরি। অরোইবা ওইনা তুকথবা মিনোক অমা……। পাকত্রবা ইপাক্তা লৈতুম অমত্তং থাদবগা ঈথক-ইপোম হৌরিবদুবুদি ময়ামসু ইউ-উবা

ঙস্লিবনি। অতুবু ঈরোলম্নুংগী লৈতুমচুগী ফিভমদি কনানস্থ লেপ্পা ঙমদে। মাগী ব্বারীচুগী মরীদা ঐঙোন্দস্থ মচু মঙায়। ব্বারী হৌরক্লিবনি—লীথরকই।

য়াইস্কুলদা পোকপনি, অঙাং ওইরিঙৈদনা চাওবী কৌই। হৌজিক্তি রাধা হায়না অচুম্বক খঙনরে। জগোয় য়াওরুবদগীনি। মিংসি হেক হোংখিবগা ঐগী পুন্সিস্থ অমা হোংখি হায়বচুমদি হৌজিক্তা খঙলক্লি। মতমচু ঐহাক ক্লাস ফোরদা তমলিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদদি খরা ঙাওনা হৌরকলমগদ্রা হায়না নিংঙ্গৈ। ইমাদি পাজি হেক লৈখিদবগা অবোক্কীদা অচুম লৈপ্রবনি হায়বচু ঐনা জ্ঞান তারকপা অচুব্বাইদা খঙখি। ঐহাক পাজি মশক খঙহৌদ্রে। ঐনা জ্ঞান তারকপা অচুব্বাইদদি খুরাগা লৈমিন্নরমই। খুৱানা ঐবু ইকায়খাংদগী থম্নম্বনি হায়বচস্থ হৌজিক্তা খঙলকই। কালেন ছুটি থানবগী অচুব্বায়দা নোংমা ইমাগা অবোকনা ঐবু লোবা লাকই। অবোকখোয়গী অচুব্বাইদা লিংখৎপা জগোয় অমদা ঐবু য়াওহনগদবগী তৌবা ওইরমলে। অঙাংগা ওইবনে, জগোয় য়াওহনগনি তাবদা ঐদি হরাওবনা মহা ওইরে। অঙাং ওইরিঙৈদগী জগোয়সি ওম্থোক্লা পামজরকই' ইমান্নবী ময়াম্না—চাকথোংবী শান্নবদা—ঐহাক থোইনা খোয়দারুদে। ঐদি—"জগোয়-রাস"—ওইনা শান্নসি হায়চুনা ইমান্নবী ময়ামদা তকই। মোৎ মান্নত্রবী ইমান্নবী ময়ামগী মরক্তা ইতোমতমক তোখায় তারে। ঙসি ফাওবদা ইতোমতনি, ঐগী অরা-হুংঙাই পুন্সিসিবু মহাও তঙহজ্জনিংং", লীথোকচবদস্থ কয়া হুংঙায়জ্জদে।

তপ্না-তপ্না জগোয়স্নু লোইব্রে। ঐস্নু ইমাগী মনাক্তা লৈবত্নদা মুংঙাইরত্ননা খুরাগীদা অমুক চৎলুব্রে। থা অনি অহৃমলোমগী মত্নংদনি। ঐখোয় ইমাহু কম্না নারে হায়ত্নুনা ইমুংহু পুম্নাং-লাংলি। অঙাং খরা ওইখিবনা করি তৌখিবনো হায়বা খঙলুদে। নোংমখক্তি খুরাখোই ইন্দোমচাখোয়স্নু লাক্লমই। শিবা-নাবা অততাইনি, কনাস্নু শরুক য়াবিরমদে। মখোয়দি হুমিদাংব্রাইরম অহুম হনখি। অঙাং ওইবনা ওইবতায়, মতমত্নদা ইমা লৈখিদবগী অব্রাবত্ন থোইনা খঙখিদে। জ্ঞান খরা-খরা তাত্নুনস্নু অঙাং ওইরিবনা ঐহাক মথোঙ মরম খঙখিদে। অবোক্কী কপ্পদদি মতেং পাংখি। নোংঙাম্বদা মিৎসি ইপোম-পোমলমই। অত্নবু তপ্না-তপ্না খঙলকখি ইমা লৈখি-দবগী অরাবা। হৌজিক্তি তাইবংসিদা ঐগী থুংফমদি শুপ্পগী কাপ অমগী লম ফাওবা লৈত্রবনি। অত্নুননি ঐনা চৎলিবা, চৎখিনি, লেপখিরোই!! রাখলনা পুবা মায়কৈদা খোংথাংনা হেক লেপত্রি-মখৈ। নোম্বা লীকপা করিস্নু ঙমশিল্লক্ত্রবা অবোক হম্নবীত্নুনা ঐবু থাকপদি ঙমদবা মশানা তাবনি। তরেৎশুবা কারম্নগা লোই-শিন্দনা তোক্লে। চহি ৪।৫ রোমদি অবোক্কী মতেং পাংই। লেঙবা খোৎপা ঙমশিল্লক্ত্রবা অহল অত্নুমস্নু ঐগী ইথক্তা তারকলবনি। খুরাখোয়গী মরীদি ইমা লৈখিদবা হুমিত্তুদগী কক্লখিববু ওইরমগনি। কনামত্তগী মব্রা-মপাও তাখিদে। ইশু-ইবেম্তা তরক-তরক লেপ্ল-রকখি। ইশাগী তনৌ-তনৌরিবা মতৌত্নুনবু ওইরবস্নু নত্রগা অবোক অশোম্বীত্নবু মুংশিত্নুনা ওইরবস্নু লৈকাইত্নুনা চহি অনিরোমদি য়েং-শিনবিরম্মি। কুইখিদে, খরা লৈরগা কনামা ফাও হম্না য়েংবিরদে।

তোকম খণ্ডত্রবা ঐনা ব্রানা অবোকপু শেবা তৌহন্না লৈরক্লে। অমনা চহি মতাং অতুনা ঐবু অপঙা পীরিবনি। কমাগীসু কান্নরোইদবা পিতং-পাতংপা ঐগী ইশকসিবু করিগীদমক মওং মতো অসিদা.........ইত্তোমত্তা মীপাইজবা পোকখি। খন্নুরগসু তাইনক্ম খণ্ডদনা লোয়শিন্নবা অয়াম্বনি। মমৈদদি খণ্ডলকখি, শত্নম চাবা মমাজনি! ইনাকখুন্বগী মনাইনি! খোংকাপ অমফাওবা ইনিঙত্তোনা চংপা ওমশিল্লক্কে। ইশাসি লাংদা খুবক্তম ফাজিনগ্রে। অথিবো কয়াসিবু য়াম্বনা লৈরুরগসু কংহনা শিজগদৌরি। সিনি ঐগী লাইবক। তৌকম খণ্ডনা ফনা কুইনা লৈরে। মমৈদদি নাউরোল তরেংকী মরী-মতা মামা অমনা লিঙ্খৎপা মর্বাক জগোয় থুংপুদা য়াওরে। ইপুক খনমবগীদমক্তনি খনখি। জগোয় পামজৈ হায়রুনা য়াওরব্বনি হাররসু ইশানা য়ানিংদে। অতুগা অমরোমদনা মীনা তুক্কচনরুবা শিনফম—, মিংদানা "জগোয়-শাবী" হায়বসিবুনা করিগী অত্তুক পামজরুরিবা? নত্তে, ঐহাক......ইজংকি খন্নুরবসু—মর্বাক জগোয় শাবীগীসু ইজং লৈ হায়বসি নৌহৌননা। পুখংলকপা য়াবা ঙাফম অমনি। হিংলনবা হোংনবত্নি ঐগী ইজত্তি।

অতুবু মতম অমদদি রাধা হাম্নরা ইমিংসি ইরাংগী অসত্তা কাওরুরবনি! অদোমসু তাখিরম্বা য়াই। আঃ মতম অত্নদা ঐগী ইথক ইখিল!! অহোংবা শকফমগা লোয়নন্না মকম কয়া কয়া চংলুরে। জগোয়গী শাক্লক অমা লোইখিবগা পুন্সি খোঙকাপ অমা থাংখিবগা মামত্তোই। মশিমদি ঊকলিয়ে, করিগীনো মখোঙনা ঐবু মওং কয়া মকমদা উমিংলিনা? থজোইংসে কং চিংগোরুপা য়াহুনা মহৃত্তক

উংলম্নবদি মখোয় চেনখিগনিদো। ঐগী শাথেক্কা মখোয়গী পুন্সিগা করি মরী লৈনবনো খঙদে। হৈনিংদনা চৈ কিবদগী হোংদোকখিবা শকক্তম থরম্বু মখোয়না ঐগী পুক্নিংগী শাথেক্নি থস্লি। খুৎশেমদি ওস্মোক্লিংবা মওং কয়াদা ওস্মোকপদা থোইনা লুদে হায়বস্থু মখোয় খঙখিদে। রারক্লবা মতমদা চিথ্রানসি খজিক্তুং লেঙবা ফাওবা মখোয়না সুংশি মিনোক্নি নিংখি। কয়াদা পেম্বীহৈগ্রবা মখোয়গী থম্মোয়নো? তায়বং চম্বেলদগী চোয়থোরকপা যাত্রিক খুদিংমক ঐগী শাথেক্তা ডাওখিবনি। চাওথোক্লা হায়বা ঙমই, পুম্নমক মীনায়নি। লেপ্পা লৈতনা ইনশিল্লকখি— জগোয় শাউ রাধা··· !!

ঐনা কপ্তুনা খাঙহৌবা অত্থগা ঙসিফাওবা কপ্নিবসিবুনা মখোয়না খঙবিদবা। ফাজিন্দুনা থম্লবা বন্দিনীগুম, নিংতম্না শ্বর হোন্দুনা সমাজসিদা খোঙ নামত্তুং থাংদোকপা ফাওবা ঙমখিদে। লৈখিদ্রবা অবোক্তুগী শোরাৎ কর্ম্মনচিংবা শোন্নবগীদমক মামনা লুপা খরা পিরকপত্থু ঙক্তবা ঙমদে। চিংনখিবত্থুদি ঙসিদা তাইবং ফাওররি। মত্থুদি ঐহাক মফম অমদগী অমদা চৎ-চত্তুনা জগোয় শারি। ঐহাক মামগী শেল তান্নবা ফরবা খুৎলায় ওইত্থুনা লৈরে। মাগী চিংলেম্বা মীসুংশি চাউবত্থদা, ঐহাক্লা থাজরুই। ওঃ মাদি হিংচাবা। মানা ঐবু ওৎখি। ঐহাক থম্মোইসে কায়রবনি। লায়বক হায়বসি ঐগীদি অতৈ অমা নত্রে! অমম্বা সংসার, পম্থুং কম খঙত্রবা তাইবঙ। অমদগী অমদা, অমদগী অমদা চবৎনরে হকচাংসি। খুৎপায়শেল মতিক-চানা পায়রবা মামনস্থু হৌজিক্তি মওং-কায়রবা ঐগী হকচাংসিনা মাগী কারবারদা কায়রে নিংলমাম্লে,

ঐবু কয়া থৌশারক্তে। অস··· ঐবু লাইফদিবীগুম, ··· সমাজগী জ্ঞান তাগ্রিবা অঙাংশিংগী শাম্নপোৎ ওইহনখিবা। নিংশিঙলুবদা ইশা ইত্তোমতবু শিঙত্রিবা করিগীনো হায়না চৈঙবতনা মশিং নাই-ত্রবনি! অদুবু পাম্মূরবা থরাইসি ঙসি ফাওবা ফাজিন্দুনা থম্লিবনি। তমথোকপদা ইকাই-তুজুং পোকপা রাহৈশিংসি কনাদসু তমথোক-চনিংদবনি, তমথোকলোইসু খনখি অদুবু ফুমজিনবদা রারক্লবা মতাংসু মথেংনরকই। লাইবক থিবনা মতাংসিদা অদোমগা থেং-নরিবসিনি। ইশাবু করম্না হিংচাবদুদগী নাম্বোকসিগে খনবদা চাবা থকপা চঙলুত্রদুনা হাননবা ফিভম কায়রবা হকচাংসে অমুক্তা হেননা শোকচিল্লমলে। চোকথবা লায়না অমনা ঐহাক নারবনি। অশেং-বনি, ঐহাক ঙসিসি হোসপিতালদা চৎলুগে হায়দুনা লাকুপনি, কদোমদগী ইনশিল্লকপনো, করম্বা রাখলননো, অদুগা করম্না ঐহাক্না ট্রেন মহুংসিদা। ইত্তোমতা ঙকচৈ! থুংফম্না কদায়দা!! লেপ্তুবতনা পুক্নিংগী ফিদম ওইরবদি ঐহাক্তি চৎখিনি··· ঐহাক্তি চৎখিনি।

শাংনা থিঙখিবা কাংশি মখোল অদুনা ঐবু খংপ্রেক খংহল্লি। মিৎ-পাংথোরকপদা খায়-লাওই। ডিমাপুর-মণিপুর ষ্টেসন য়ৌরম্রে। হৌজিক্তা ইনাক্তা রারী-লীরম্বি মুপীমচাদুনা কদায়দা চৎপ্রবা? ট্রেন খামথিবনা কয়া কুইরবা? ঐহাক তুম্নুরব্রা··· নত্ত্রে তুম্মূদে। ট্রেনসু খরা-খরা লেংবা হৌরকলে। ঐনা অঙাওবগুম বেডিং-সুইত-কেসকা লংথোরকপদু ময়াম্না ঙক্না য়েংনহোই। ঐহাক মনিপুরদা থোকদবনিকো খল্লুবদা তৌরম্লিবা ফীভমদুদা খায় লাওই। ঐহাক প্লেতফোর্মদা অদুম লেপলিবনি, চা য়োনবা অঙাংদুনা—বাবু-চা

পীরেগা ?··· হায়রকপহ্দা ভাব তারক্লে। করম্বা রাখলনো ঐঙোন্দা য়েংলরিবসে, ঙকইদা, মহাক্লা কদায়দা। অততায় হায়হ্নি, এমঃ এসঃ টিঃ অফিসতা অহুম চৎলে। থাখিবতা ঙায়রি ঙসিগীদি লোয়রে হায়রকই। তপ্পা তপ্পা রেস্তিংরুমদা অমুক লাক্লে। বেডিংহ্ তিংথোক্লু়না হিপথরে। হোলহ্নী মচি অমদা ঐনা থোনগৎখি মাগী পুন্সি য়ুমফম। লেপ্পা লৈতনা কামথোরক্লিবা মৈথু মরক্তা য়াওখি রাখল মতৎ অমা-অনি মচোই-মচোই। ইতোমতা শোঙখি, জগোয় শাবী রাধা !!-॥-!

অয়ুক ঙস্তাহ্ খবর য়োনফমদা ইরাং লাংই। চৎলুবদা খংলে! এম, এস, টি, গারিহ্ ঘাসপানি মনাক্তা একসিডেন্ট ওইরে হায়। মী তরামাথোয় শিরে, মুপী মঙা য়াওই হায়। চঙশিন্দুনা খবর অমা লৌবে। শিরিবশিংগী মমিং মথাহ্ অসুম পাথরকপদা থেংনরকই— রাধা······!! লেপ্লম্বা মফমদা খবরহ্ থাদরমলে। ময়াম্না ঙক্লা য়েংনখিব্রা ? ঐহাক গাড়িদা কাথংলে। ···রাধা··· জগোয় শাবী···রাধা !!!

গৌহাটি, রাজবাড়ি
জুন, ৮'৬৬ ইং

# ৪

## অয়ুক্কী নোংছৌ

সিনেমা লোইবগী ঙাইহাক্তুং লাঙবসিদি মহানি। ফনা পাক চাউরিবা লম্বেলনি অহুবু মীনা চংকম ফাওবা লৈজ্রে। হান্নদগী খরা তম্থরক্রবা হকচাংসে ময়ামক্ত উরুরগা অমুক্কা হেন্না তম্থহল্লি। মী লমগী ফজপ্রবা চংনবী ময়ামত্তু উরুরগা, য়াউরুরগা মণিপুরগী চরাঙনরবা মরকসিদা হেক-হেক তারকপসিদ্দি তশেংনমক খোইদৌ শাউগৎনিংঙায়নি। সাইকলত্তুসু খ্বাইগী মথা ইথং-থংনা হেক লৈখিবনা হৌজিক ফাওবা ফীভম অমত্তা কায়বা য়াদনা লৈরি। অহাংবা মচিঅমদা লাকমিন্নরিবা মরুপ শ্যামগা লেপমিন্নরি। রাখলনি—হে মৈতৈ মচা, হরাউথোকপা অমসু হৈদকো !! অত্থক চরাঙনরিঙৈ তাঁঙাঁত্থুদা শ্যামগী ঈজিং অমসু ফংলে। কদোমদবু য়েংঙউ হায়রিবনো থঙদে। ইতু-ইচা লৈরবা ঐথোয়সু

মিং-নাদি ওন্থোক্লা তোইনা চোয়খ্রেদা। শ্যামনা পোস্থাংননা হায়রকই—কুমথরকইসি য়েংউ।

থুনমক নৈশোকতুনা কয়াম মজবা ক্লাংনো হায়না য়েংলুরে। অস! ঐহাক খাই লাওই। হৈনদবা, মুংঙাইতবা, তোকম খঙদবা কয়াসি ঙাইহাকতুদা ঐঙোন্দা পুন্নপ থোমজিল্লকখি। উরিবচুদি খুদম পানপ্রবা পোংশক্লিনা ঐহাকসু ঙাইহাক্তি মত্তা অমা তৌখি। শ্যামনদি-মশক ফজে হায়বগী মওংদা চুম্লতা য়েংউ হায়রক্লগনি। অচুবু ঐগী ইতৌ, অমতগী মতৌদা মহাক মরমদি খঙদবনিনা ঙক্লবনি। ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলকই—করি তৌরে শাস্তি···? ঐগী ম্রাখন্না মচোঙ-মচোই তারিঙৈদা হংলকপচুদা—করিসু তৌদে······হায়না খুমদোকখি। কুম্নথরক্লিবী মহাকতুদি তশেংনা য়েংনিংঙ্গবা শক্তম্নি। অচুবু য়েংলরোই য়েংপ্ররোই হায়না নিংলিবত্তুনা হেমতুম মরা চেং-শিন্না য়েংলুনবগী মচাক অমা ওইরম্রে। থোদারুবা লৈতনা ফাথহৌবা ঙমত্রবা মিংসিনা নৈশিন্দুনা অমুক য়েংলুরে—। অচুবু মহাক্তি তমথিরবী মহৌশাগী মচু পুবী মিংচি অনিচুনা হাইফেং তৌগে মতাগুম থংচিল্লম্লগা রাশি য়াওদবা মিনোক অমা তৌশিল্লকখি। অচুবু মহাক্তি অচুম চংপ্রে, ঐবুনা ম্রাখন্না পুনশিন্দুনা থম্বিরমল্রে। ওঃ তমশ্রিবীদো, মীমুংশি খংদবদো···!! মিথয়েংদগী তামপ্রে। থম্মোই-দদি তাপ্রবা ফোটো কয়াচুবু হোদোক্লম্বগুম ঙ্গোই। হোৎরা অচুগা হোৎজিক ওইরিবা কৌচম অনিমকী ওইবা তোখাই-তোখাইরা ম্রাখল-শিংচুনা ঐগী থম্মোইদা অকনবা লাম্লেংলরকই। মচুগী ফজনা ঐহাক্ত ঙাইহাক্তি উংখি। ঐগী ইতৌদা ভাব-মেল ইমা তাম্লরা শ্যামনা

মথাভানা অমুক [illegible]—করিনোনে শাস্তি, নঙনা তৌরিসিবো ? নঙবু হৌজিকীছু মশক [illegible]ব্রনে ? অছুক মুন্না য়েংলিবছুনা করি তৌরিবা ? ইশুক-শুকথরকা মাম্নথোঙসি শ্যামগী ম্নাছুনা ইনৌ অমুক নৌথোকহল্লে। মানা [illegible]োক্লিংলিবছু খঙলছুনা ঐন। খুমখি।

—খঙই, মুন্না [illegible], [illegible] ... ... ... !

—মহাক কৈদৌরবা... ... [illegible]য়রাইদগীনো... ... অরুবা ম্নারীগকা লৈরমদবোয় নিংঙিদা।

—লৈতেদা ... ... লৈহনবসু য়াবা [illegible]ংনি, তাবিনিংব্রা ?

—তাহল্লিংদে হায়ববুদি ঙস্যাইনা খঙলবনি, দশু পানশিনবদি ইতিক নচ্চদেদা।

—ম্নারীকা লীদবসি কুইরবনিনা... ... আঃ... ... ঐদি ম্নারী লীথোকপসে কয়া হৈনজদে, অদোমদি খঙবিরমখিরোই।

—খঙজরে, অমছুনদি থেম-থেমছুনা শিং-নাম্না লীথোকহল্ল-বনিনা ঐখোয়না তাবা য়াবদি অমত্তবু লৈরমথিনি নিংব্রেদা।

—হেরা ... ... ওম্মোকপা ম্নাবু হায়বিদা, মছুগী ম্না-নচ্চদে। ঐবু হৌজিকপু অমুক নিংশিঙখিসিরনে ?

—মত্তে, নংগীসিবো চাকহল্লিবা হায়ছুরা, ঐখোয়না মরুপ্নিকা হায়ছুনা তিন্নরল্লিবসিদি ... ...। হন্দকী শ্যামগী ম্নাতাসিদা ঐসু কৈনো অমা ইতৌ হেক তৌই।

—করে, ম্নারী হৌজরগে, অঙাং নত্তনা নিংঙায় চাওব্রেদা। অছুগা ম্না অমত্তদি ম্নামাং য়ানজহৌগে ... ... ম্নারী মরক থত্তুনা করিগুম্বা অমত্তা হংবিরকছু।

—য়েৎচরোয়দা য়েৎচরোয়দা !

মতম কুইনা লৈখা তারুরবা ঐগী পুন্সি ইতিহাসতু ঙসিদি নৌছৌননা অমুক ফাকৎপা তারেদো। মপুং-কাখিত্রবা থোদোক অয়াম্বসু ইতিহাস লেংলিবা ঐনা ফজনবা শেমজিনবদি ইতিক নত্তে। শেমজিল্লুবসু ওইথোক্তে। অয়াম্বা থোকখিবা থৌদোক-শিংগীদমকসু ইতোমতা মিপাইজে। হোংবা নাঙ্গৈনবা মীওইবগী থম্মোয়বুসু খল্লুরগা নোক্লিংই, অহুবু মরুওইব্লবা ইতিহাস অহু[illegible] তারিখ-শোক্লচিংবত্থদি ঙসি ফাওবদা অমত্তা চিংথদবমখৈ নিংশিঙজি। করিগীসু নিংশিঙলোই। অহুক চঙখোননা পা[illegible] [illegible]হন্নু। কোকপা ঙমখিত্রনে ঐগী থম্মোইদগী মতম [illegible]! [illegible] ওইথোক্লোই কৈদৌহুংদসু।

হৌজিক্কীহু মশক্তি খঙবিহৌরেদনা, খঙজিনবিহৌবা কান্ননি। ব্রারীশিগী হায়রুরগদি খঙজিনরদা কান্নবা মীশক অমনি। মাগুম্বা থম্মোই চেনবিসি খরা তাঙলমগনি। ব্রারীসিগী হৌরকফমদি ঐনা এলাহবাদতা লৈরিঙৈদনি। মাগা থেংনহুনা শকখঙনখিবসু পূজা ছুটি অমগী মহুংদনি। পূজাগী ছুটি মহুংদনি। ঐখোয় মঙা তরুক্কা পার্তিসন মত্তেক অমা পুমকন কনসিন্দুনা থম্নবনি। মখোয় অনি অহুমথক শারিপ্পা শেৎচিল্লহুনা তোংফম খঙত্রহুনা কোইচৎ চৎলম্মী। মৈতৈ মুগী ওইরম্বহুদদি কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। রেলগাড়ী মহুংহুদা শক খঙনহুদা মহাক্কী মরমদা চাওরাকপা অমদি খঙথি। মমিংদা ইন্দুবালা কৌই। মহাক আইঃ এঃ ফার্ষ্ট ইয়ার তম্লিবনি হায়। মপাল ইথোক-থোক্তবনা ঐখোয়গসু থেংনদবনি হায়। রেল গাড়ী

মতুংদা ইবানিনা কা হেন্না চান্নশিল্লকপঙ্‌ উবদা ইমান্নবশিংনা তুমিন-তুমিন লঙনরকই। ফনা শাংনা খোঙবু ওইমিন্নরনি, খনবদা ঐসু পঙতুংদা হুংঙাই। থৌনা ফবা মুপা খোকপা শান্নক্লনা ঐখোয়না মখোয়গীদমক য়াবীখিবত্র হৌজিক্তা নিংঙ্গমলক্তে। তৌবগীদি মখোয়গা চৎমিন্নবহুনা জরনিগী অরাবদি থোইনা খঙহৌদে। মহাক্কী ময়ামদগী ইত্তোপ তোপ্পা ঐঙোন্দদা ওইনা তৌবা মিৎয়েংক্লনা ঐবু খুদক্তা ঙাওহনখিব্রা নিংই। ওঃ তমথিবী ··· ···! পঙশা শানবা য়ারীশিংতুগী মরক্তসু ঐঙোন্দদি তোপ-তোপ্পা ওইনা থোক্লবা য়াই অমা অনিসু ময়াওরকই। য়ুম য়োরগনি খনবগী হুংঙাইবা য়াখলতু কমদৌনা মাঙখিব্রা খনবদা মমই। উইথ মিৎয়েং, মোমোন মিনোক-কসিসু ময়াইদি ফনা কনবা জাৎনি। মতুগী ময়াইদা ঙাওরক্তসু ফনদি হুংঙাই হায়ববু চাক্তি চঙদে। চোকথবা নৈত্রবা ঐহাক্না মন্নম য়োবীরুগে নিংই অতুবু ময়ামতুগী মমাংদা মঙোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা মীন্নুংশি উৎলুরবদি ফজদবা তারে খন্দুনা মখোয় খুদিংমক্কী য়িক্সো অমমম য়ায়বীরম্রে। য়ুম হেক য়োরবক্তদা য়াখলসু য়াই থয়া হেক শঙই। অত্তুক শাংবা জরনিতু লাকপদদি অরাম্না খোইসবু খঙদে। হৌজিক য়ুম য়োরবদদি হকচাংসে ইপাৎ-পথপ্রে। জরমিদ্না কয়ম ভেকথৎশিনা অতুগা হৌজিক্তা কয়ম তুমরকপা, চোকথরকপা খনবদা নোক্লিংনা বাক্লমি। মথাক্ত য়াল্লবী ইমানদি—নৈকেলোয়ে ইবুংক্কোচৌবা, নপা হুংঙাইরক্রা—হংলক্তু। ইমানা হংলকপগুদি ক্লবিসু তৌদে য়েয়না খুমহ্রোক্লগে। হুদিয়াঙ্গসু ইমানা লায়েম্না মথেল কল্লাতু পুক্ত হুংঙাইজে য়ায়রক্লা

থোইনা চাত্রে। নথোয়গকা অমত্তা উনদবমথৈ অতুম তুমলে। অইং-অশা তোয়না ওন্নবনা অহিংন্থ ফনা নিংথিনা তুমলুরবা ওইরে, হৌগংলকপদদি হুমিং ফনা য়াম্না হায়গৎলগ্রে। থুনমক পুন্রি-রোমদা চিন-য়া শেংদোকপা অতুম থোক্লে। য়াগা শেংবা লৌয়রহুনা চিন-তেংথোক্লগে হায়হুনা থোঙ্গাদা হেক কুমথবমক্তদা· [illegible]- অদোমদগী সাইকল ইনশিল্লকপগী ক্রোক-ক্রোক লাউবা মথোল অমা তাখি। য়েংলুববু ঙাইহাক্তি ঐহাক ইথা থাজদনা ঙকচায়হুনা অতুম লৈরে। ঐগী ফীভম মতাহুদসু ইকায়বা অমা পোক্কই। চঙলক্লিবদো হুপী অমথক্লি। মহাক অতৈ কনাসু নত্তে, রেল গাড়ী মতুংদা থেংনখিবী মিংয়েং-নায়েং খরা চোইবীহনি। ঐবু ইথা থাজদনা হেক উবদা মহাকসু ঐবু চাথোকদবগুম য়েংই। ব্রাসু মচেং অমত্তা ঙাংদে। ঐনা খল্লি, করিগীনোনে মানা ঐথোয়দা চঙলক-লিবসিবো? ঐথোয় শ্বায়দা মরী মতাকা লৈবজাংলনে। মুন্না খল্লবা মতুংদা ব্রাখল অমা অমুক লাকই—মহাকসিবু ঐথোয় মেমগী মমাম্নবীরনে, ওইরম্বসু য়াইকো, আইঃ এঃ ফাষ্ট ইয়ার তমই হায়-বহুনদি ফনা নাতৈ চাই। ঐনসু য়ুমদদি চহি ৩।৪ মুকসি নিংথি হুংঙাইনা অমুক্তা লৈরক্তবনিনা ঐথোয়দকা চঙলম্নবসু থেংনদবা ওইরিনি। অসুম্না মওল মওল খল্লে, অহুবু হৌজিক ফাওবা মাসু ঐসু ব্রা-মচেং অমত্তা ঙাংনত্রি। মাঙোন্দা ব্রাই তৈরিবী ইচলহুপী মেমনা—হায় ইন্দুবালা কৈদৌঙৈ থোরকই, হায়হুনা মথুত্তা পায়রম্বা মুরা ফাও থম্নমদবমথৈ চেম্বোরক্লগা মাগী কাদা পুশিনব্রে। ঐসু হৌজিক্তা ভাব অমা তারক্লহুনা চিন-য়া তেংথোক্লে। ইথা

থাজদনা তৌনরম্মিবসিদা ঐদি ঙকপগী মথক্তা ইকায়বা অমসু য়াওরে। ৱারীনিকা হায়দুনা ফৈরেং-তুরেং ... ... ... ... অদুগা ইচলগা তিন্নশিল্লম্বদুদদি। থোকঅ থোঅবা হায়বদুনি নিংনা ঐগী কাদা চঙলক্লে। মেমগা ঐগা কাসু তাইনৈ। থোঙনাও মচাদুমনে পর্দা হায়থরিবা থোঙজাওদুমনে, ইউ-উনবা ঙাক্লি। ঐগী কা হেক য়োরকপদা কন্না নোক্লকপা তাই। করি করি ঙাংনরিবনো—তানিংমনগ্রদুনা ঐসু তুমিন ফমদুনা লৈরে। মমাম্নবীদুনা হায়ৱকই —হৌজিক্কী হুপাদুবু কনানো ?

—হে ... অঙাওবী, ঐখোয় তাদনিনে ম্মাসু ঙরাং থোরকপ্লি।

—এঃ নখোয় তাদ ওইরে ?

—মানে, কৈদৌরে ? ঙরাং থোকমিন্নরক্ত্রা, ঐদি নখোয় অনি পুম্প্রি মপান্দকা মুন্না য়েংনদুনা লৈরম্বদুদা খঙনবোয় নিংই ? খঙ্নদ্রা ?

—কদায়দগী খঙগদগে, ঐদি মপালসু থোক্তনা !! ট্রেন্দা উনখিবগুমদি তৌই।

—নঙনা খঙদদুনা তৌবনি, নঙসু ঙরাং থুংলবা ওইরবদি অতৈদা থেংনদ্রবসু ডিমাপুরগী এমঃ এসঃ টি অফিসতদি শোয়দনা থেংনরমনিদা। ঙাইহাক অসুন্না ৱারী শানরম্নগা তুমিন লৈপ্রে। মখা তারকথিদ্রা খঙনিংমল্লদুনা ঐসু তুমিন্না ফমজিন্দুনা লৈরে। ঐখোয় মেমা চা লৌথোকপা চঙগ্রমানে, মখা অমুক তারক্তে।

মরুপ্না খঙলিবদু মঙায়, পুজাগী ছুটি হায়বসিনদি থরা মকুই-দো। মরক অদুমা মাসু ঐখোয়দা তোইনা তোইনা লাকই। ঐখোয়

মেমগা করিনো খরা জু-জা, জু-জা তৌনরগা হেক্তা হনখি। তান চাবা হুমিত্তা হাইফেৎকা য়েংনহৌবস্থ য়াওই। ইচম চম্না কৌ-থোক কৌশিন তৌনবস্থ য়াবনি অদুদা মানদি মেমদা "খঙনদে" হায়দোকখিবদুনা ঐস্থ উপাই ইরৈ লৈতে। তৌফম খঙদনা অদুম্মক লৈবদা তাই।

মহৌশানা ঐদি য়াহৌখরা থেংগল্লি। পুজা মস্থংসিদি খরগা ঈংবনে, হৌগৎলকপদা পুং ৭·৩০ গদি হেক্তা তারম্লে। অয়ুক্তু মেমনা হৌদোরকই। অস্থক কুইবসি নোংমত্তা ফাওবা হৌদো-রক্তবা মেমনা হৌদোরক্কপদুদা ঐস্থ করিগীনোনে হেক খল্লি। চিন-য়া শেংদোক্লদুনা শমজেৎ হাৎলিঙৈদা মেমনা ঐগী কাদা লাক্লগা হায়রে—

—তামো লোইরো।

—করিগীনো ?

—ঐখোয় ইমান্নরী অমস্থ য়াওনি হায়দুনা লাকই।

—হেরা করিনোনে নখোয়না হায়রিসিবো ?

—অস তুম্মিন লৈয়ো, মী লাকঅবনি।

থুমদোকখিবা পাউথুমদুদি মপানথোংগীনি। ঐস্থ থম্মোইদদি তত্তনা হংজৈকো কনা ওইরিগবা। এঃ মহাকতু ওইরমলে। অদুগী ওইরে মানা ঐখোয়দা ঙাইহাক লৈতনা লাকইদি।

লাইরিক তাকপী-তাকপীনা হুমিং ৫।৬ নি হৌদোকখ্রে। তৌবগীদি ময়াম্না— শাস্তিদি স্বসস্তগী হুংশিংনকা হাইথুহনবা ঙম-লোইদা—হায়নবহু চুমদ চুম্নগত্রা হায়না ইতোমত্তা ফাওবা নিংজ-

রক্লবদি। অদুগনে ঈথক-ঈপোম কান্নবা ঐগী থম্মোইদগী হৌরকপা ঈহৌ ময়ামদো মতা চাবা য়েংহুনা পুললপ অমুক্তং ফুদোক্কে হায়না খনলকপদি কুইরবদি। অদুবু মায়শোনবননি হায়গদ্রা, ইকাইথীবননি হায়গদ্রা ঙসি ফাওবদা মঙগী দলান, থম্মোই কেকুলোৎপী নত্তনা মায়কৈ অসোমদদি কা হেন্নবু য়াঙশিন্দ্রিদা। ভোয়নদি খল্লিকো লাইনা তম্বদা তারগদ্রা? অদুবু হন্দক্কীসিবু চহি মতাঙ চারক্লে হায়দুনা লাইনা ইনশিল্লকপা জাৎলা, নত্রগা ইপা ইপুগী "মরিংনা শাবা শঙবায়বু নাম হাংবা হৌনব্রা?" হায়নবদু চুমদৌরিব্রা খল্লি। করিগীসু থল্লোয়দৌরিবনো মরুপ, ঐখোয় মেমনা চা লৌবা হেক চঙখিবগা মরম্মাই ওইবা ব্রাহং কয়া কয়া হংলকখি। ঐনা লুকথদুনা লাইরিক য়েংলিঙৈ মতমদসু মাদি ঐঙোন্দা মুন্না য়েংহুনকাসু হেক্তা লৈরম্মী। মায়-মায় হেক লৈশিন্নরকপদা তান চারুহুনা মিৎচানরুবংসু কোঙ্গায়নি। অদুবু চাকয়াম চাবা থিবোংজাও ঐদি মতমদুফাও করিসু ফোংদোকপা ঙমদনা অদুম লৈরি। লাইরিক তাকপিরিবসু ফনা কুইরবনি অদুগা ট্রেন মহুঙদসু ফনা থৌনা ফনা ঙাঙনা শরুখিবনি অদুবু ইবানিদা করিগুম্বদসু চিক্লা ফমবা মতমসিদদি ব্রা অতৈদি লায়রহুনা ট্রেন মহুঙগী ব্রারীদু ফাওবা হৈদোকলুবা ঙমদে। মাসু অদু মঙায় শক অমুক্তা উন্নখিদ্রিবা মীগুম······ওম্থোক্লা কোইথ্রবা। ইচলগা তিন্নব্রিবীনি, ইচম-চম্না হেক খন্দোক্লগা লোইরে নিংল-নিংলগা থোইনা হেন্নদুম হকচাংসে মওং অমা ভৌরকই, মরুপ। তশেংনা হায়রবদা য়েংগদবফাওবা ইকায়জে হায়বদু য়ৌরবজাৎনি। অদুগনে শাথীরবা অমনা, লাই-

লাইরিক তাক্কদবা মতম খরত্থুদি করিগুম্বদসু নাম্বোকহন্নিংখিদে। অপুনবা ৱাখল অমদা লৈগ্রবনি। তশেংনা হায়রবদা মতমত্থুদা নখোয় কনা অমত্তবু নিংশিঙলুবা তৌদে।

ইকাই-ইকাই হায়রুবগা তথি-তথি হেক খুন্নকদ্রা খনবত্তদা কোকচাউবী ফুঙ-ফুঙ কায়। অসিগুম্বা চয়েৎনবা কপ্পাসি খনবদা ঐহাক মিনিট অমফাও শংখিদে। ইচিন্দা চিল্লি, ৱাখলসু হকচাংসু অমুকসু নিংলুই—ঐঙোন্দা ফাওররিবসি ওইবা য়াই, "হুংশিবা" হায়বত্থু। ছুটি লোয়শিল্লকদবসু খিত্তা ঙায়শিল্লক্লে। অত্থুবু মরুপ, পম্বুংফম খঙত্রবা ৱাখল কয়াত্থু খল্লিদৈদা করি অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরে। অশেংবনি, অত্থুন্না ওমত্থুনা থম্বত্থু ইমানা পোকপদগী তৌজরক্তে, হৈসু হৈনজদে। হৌজিক্তি থেংসু থেংননিংদ্রে। লৈজবা শক্তি পুম্বা খোমজিল্লগা নোংমদি মেমনা চা-লোনবা চঙগ্রিদৈদা—।

—ইন্দুবালা !

—হুম !!— মখাদি তারক্তে। ঐসু ঙাইহাক্তি হুন্মিন লৈথোক্লে। অত্থুদগী হায়ফম খংত্রত্থুনা অমুক

—ৱা অমত্তা হায়গেনা! (খুমদে)

—ঐনা তাকপসিবু ভাব-তাত্রনে ?

—ভাই ... ... !! —মোমোন নোক্লত্থুনা মত্থু কল্লবা সিংথা, অনিত্থুনা ঐঙোন্দা থম্মোইসে থুন্না ৱৈশিনবিরকই। ঐসু লেঙকা-খোৎপা ইঙম হেক ঙমদনা লৈরে। মখা অমুক

—করি ৱানো... ... ... ?

—ঐ... ঐ... !! —হায়দোকপা ঙমখিদে। মাদি থৌ ইশা শাদনা নোকফেৎ তেনা হায়রকই—

—করি য়ানো,… … কৈদৌরে… … ?

মানা অত্থন্না ইফ-ফজনা হায়দোরক্কনি হায়বদি মঙদা ফাও মঙ-লুদবনি। থম্মোইসি মথুম-মরাং হৌরক্লে। থাম্বা য়াত্রবা থম্মোইগী ঈহৌ অমদা তাউথখিত্রনা হায়দোকখি—ঐ নংবু মুংশি, ইন্দুবালা !! মহাক করিগুম্বী অমফাও খুমলক্লে। নোক্কমক নোকখি। মাগী মওংত্থদা তৌফম খঙত্রত্থনা থারবা ইকোনোমিক্সকী ভোলুমত্থ ফাক্তোক ফাকচিন শান্নে। ইপুন্সিগী অমুক্তা থেংনখিত্রিবা একটিং খরত্থদা ঐহাক ইতোমতা ঙকচৈ। য়া অতৈ মখা তাগদবস্থ মেমনা চা-পুশিল্লকপনা য়াদ্রে। নহানমখৈ থজিন্দা ফ্রিং-ফ্রিং চোংলম্বা মীহুন ময়ামদো মুমিত্তুদগীদি থরা নেমথখিবগুম তৌই। ইতাউ-তাউবা মখলগী মুংঙাইবা অমা থম্মোইদা তত্তনা ফাওরকখি। ফোং-দোকক্কম খঙত্রবা মুংঙাইবা কয়াদো কনাদস্থ লীথোক্লুদনা ফাজিন্দুনা থমখিবনা ইচম- চম্নম্বা থম্মোইসে য়াই-চিল্লবা থম্মোই অমা ওইখি।

ইকাই-ইকি পুম্বা থাদোক্তুনা চিঠি মচা অমতং পীশিনখ্রে। মিৎনা কুপ্পদা পাউথুমস্থ ফংলে। মত্থতবু পাবদা ঐনা কয়াগী মতিক মুংঙাইজখিবা। ইচিনসিনদি ফোংদোকপা মঙম্নরোই। চম্নবা কলম অমগী মতেংনা য়াহৈ মঙা-ন্তরা থক্তং শিজিন্নরকপত্থ ঐঙোন্দদি কয়াগী মতিক নোনা থোকখিবা। মত্থবু ঐনা মক্তুবা থম্মোইগী য়াম্বানি খনখি। হৌজিক্তা নিংঙম্লক্লে হন্দকী খোঙকন্নসিদি "অপাৎপদা হয়িং থাজিনবা" হায়বত্থ তাদৌরি। হন্দক চঙবসিদস্থ খোঙবু ওইমিন্নদৌরি। মখোয়গী অহল ফাওবা মতম কাইথোক্তুনা লাক্লগা ঐঙোন্দা মবুং শরা শিন্নররে। অয়াম্বদি মেমগা ত্তিনরম্বদগী থোইনা কোইদবা ওইরমগনি নিংই।

য়ুমগী মুংশিরবা ইচল, অঙাংশিং ইমা-ইপা অমুক কায়নরনি খনবগী থোইনা মুংঙাইতববু তৌত্রে। মক্ষম চানা থাখিবনরা, ছুনক্ষম চানা ছুনখিবনরা, থোইনা খনক্ষম থোক্তে। খঙজহৌবা অমখক্তংদি লৈ, নোংম-নোংমগী মুংশি মউদি মপুং মরৈ ফাগৎলকখি। থম্মোইমুংদা ঈহৌরকপা ঙাইহাক্কী ওইবা ৱাখলনা তুং কোইগে খল্লকই। শক খঙনত্রিবগী মতমদা হোষ্টেলগী কাদগী মপাল শুকথোক থোক্তবিম হৌজিক্তি নত্রে। তোয়না তোয়না মক্ষম কয়া কয়াদা কোয়সিন্নরুই। ছুটি মুমিৎকাদমু সিনেমাগা য়েংন্থনা মুংশি-ৱারী কয়া শামিন্নখি। ওঃ মতমম্নদা ঐনা কয়াগী মতিক পেঞ্জবা। নাতৈ চাবা য়েংন্থনা মুংশি ৱাহৈ কয়া "মুংশিবগীদমক" য়েপখিবা। ওঃ কাউত্রি, মম্নসু ৱানোম্বা মখল অমনি। নিংথমথাগী অহিংগুম ফৈজুপ মমুংদগী হেন্দোক্লিংখিদবা হৌপ্রবা ঐগী পুন্সিম্ন নত্রে। থেঙল-থেঙলবা মতমদা চিক্লবা হোষ্টেলগী কাম্নদা, মমাংঙৈদদি ইমা-মুংশিবা, ইপা-মুংশিবা, মরুওইনা য়ুমগীদমক—খল্লম্বনি অম্নবু হৌজিক্তি মম্ন নত্রে। ঙাইহাক্তগী ৱাখল্দা ঐনা মাবু কোয়চেন চেন্নবী। নঙোন্দদি অমত্তা খাক্তনা তমগনি। ওমচাক্লরবা থম্মোইদগী হৌরকপা ময়াই কারবা যৌবনগী অপাম্বা কয়াদো মাসু ঐসু ইথুং থুংনথ্রবনি। অমুক্তগী ৱাফম নত্তে, মাসু ঐসু পেম্রিমখৈ, হৌনরুবা নাইদনা, থম্মোইনা ইনশিল্লকপা খুদিং। অম্নবু পেনবদি কদায়দগী।

থিংবিন্নরা য়াওত্রবা, ৱারকপীনবা লৈত্রবা মক্ষমম্নদা খুদিংমক ইবানিংবী অনিঙবগী মখা পোনবা ঙাকনি। চাওখৎলবা য়ুগসিনা মত্তদা থোইনা অকায়বা পীদবনা মাসু ঐসু ... ... ...। অম্নবু

মৈথংদদি হুংশি-ঈরিক কয়াদো সমাজগী য়েরুবগুম খুৎশেমগী নত্তবা ওৎ-নৈবনা মাঙহননিংখিদে। মাগীসু অরেপ্পনি, পাম্মুজরবা ঈরিক কয়াদো লৌশিঙ্গ্নুনা মথান্নুংগী পান্নবা লাইজ ঈপাক্তু দা তিলহন্নিংখি, পুন্সি মনি থমহৌনিংখি, আশাগী থাউমৈ ওইহননিংখি। অস্নুন্না হুংঙাইনা লেনখিদো মতমত্নুগী পুন্সিহু। অত্নুবু কুইখিদে, মী হায়ব-সিনদি পৈচিনগী থম্মোই পাল্লি হায়বমক হেক য়ারবনিনা, অশেংবা থম্মোই থিবদি থরা য়াগনি। ঐহাক্কী অরোয়বা পরীক্ষা পীগ্রে। হুংশি লৈশি লৈথোন কয়া তৌনত্নুনা, থম্মোই কায়ন-কায়ন বীদাই তৌনরক্লে, মতম খরগীদমক।

হায়নখিবা চহি খরত্নুতবু চহি কুমশিং কয়া ঙাইবগুম য়ানা ঙাইরক্লি। মাসু অহানবা চহিত্নুমদি প্রোমোসন ওই করি ওই তৌত্নুনা সেকেণ্ড ইয়ারদা তমখ্রে। থোরকপা মতুং থা ৪/৫ তুমদি নোংমত্তা কাংদনা চিঠি ইথোক-ইশিন তৌনরম্মী। অত্নুবু খরা লৈরগদি মন্না মপাও অমত্তসু তাখিদ্রে। ঐসু ইচিং চিংনৈ, করি তৌরবনো হায়না তোয়না তোয়না খনবা হৌরক্লে। পরীক্ষা ময়া ওইত্নুনা তৌরিনি হায়না চন্নবা থম্মোইসিনা অমুকসু থম্মোকই। খনবা য়াবা মখৈ খল্লে। থোইনা চিংনববু অমুক পোক্লকত্রে; করিনা—অত্নুক চেকশিন্না মরুওইবা পুন্সিগী মিৎকুপ কয়া চঙনা শাগৎপ্রবা য়াখলতগী নপ্রবা সংসারত্নুবু করন্না মুৎথিগনি। তশেংনমক হৈ-শিংনা শেম্লকুবী তায়বং কনাগী খোঙ্গুল তাখিদ্রিবী মাগী নিংথিন্নবা লৈহিতনা হোম-হোম লাউরবা লৈকোলত্নুদা ঐদি কয়ারক চৎগ্রে, হায়ত্নুনা কান্নদে, মুৎলরোয়দবা খোঙ্গুল তাহৌরবগী

অদুবু ন্নিংলুবা পুম্বা ত্তাইয়োন্নবা ঙাক ওইরম্লে। সিনি মীওইবগী ত্তাইবং হায়বদু! খঙলেদনা মরুপ!! মখোয়গী অয়োইবা পরিক্ষা পীরম্লগা মহাক থোরক্লে হায়বসি ঐহাক তশেংনা খঙলবনি। অদুবু নহানরাইগী মতৌগুম হন্দক্তি মেমগী মনাক্তস্থু লোয়ম্না ফাওবা লাক্লে। মেমদা হংগদবস্থু মওং অমা চাদ্রে খল্লদুনা ত্তোক্লে। অদুম্না ঐহাক ফনা কুইনা চমম্নদুনা লৈরক্লে।

নোংমদি ইথা থাজদনা মহেশতু ঐখোয়দা লাকই। অয়োমদি মাবু মশক খঙবিরমদবস্থু য়াই। হায়জরকে তাবীসু। খঙলম্বস্থু য়ারিবা জাৎনি। মহাক শিংজমৈ মখাদগীনি। শ্রীভিয়শ থাদোক-তুনা ফনা কুইনা ওঝা ওইরুববা মথোঙ হুক্তবা মুপা অমনি। করি ভাবতগী ওইথিবা ওঝানো হায়বদুমদি থোইনা তিন্ন-তোৎনরুদবনা খঙদ্রে। ঐনা খঙজবা চাউরাকপদি—মহাকসি ব্রা ঙাংবদা রাশী য়াম্না লৈবা মীনি। করিগুম্বা ইচম-চম্বা ব্রা অমা ঙাংবদস্থু ময়াম্বু ব্রাম্বমখৈ নোকহনবা ঙমই। ময়াম্না ফোংনবা ঙমদ্রবা পাউখোঙ কয়া মাদি অতোপ্পা মওং অমদা ইরাই-লায়না হেক্তা ফোংই। মী তিম্নবা য়াম্না হৈবনি। মানা তিম্নরগে নিংগ্রবা মীদো শোইদনা মতুং ইম্নবীনি। অদোম্না মাগমক খঙনরমদবসিদি ঐহাক ঙকই। অদুবু থাজবীয়ু মানদি অদোমবু শোইদনমক খঙলমগনি, হেক উবগা কৌরক্কনি। ঐনা কোর্স লোইরদুনা থোক্লকপা কুমহুদা মখা অমথোক্লনি হায়দুনা ঙস্তা লাক্লম্বদা লম্বেলদা থেংনৈ। ইম্ফু-ব্রালান্না সেকেণ্ড ইয়ার তম্বা কুমহুদা মাস্স এম, এ, থাদৌরিবনি। ঐগী কাদা ইবানি ফনা কুইনা ফমলে। মখল-মথেলগী ব্রাম্নী কয়া

শানৈ। মমৈথংদা কোটো অমা উৎলগা মহুগী ব্লারী তৌরকই। কোটোহু ঐহাক কুইনা য়েংবা ঙমখিদে। তাবদা তু-চুংবা, ঐগী থম্মোইদি মথুম-মরাঙ হৌবা, হোতেলদা চংলুবগী ব্লারী কয়াগদো মাসু ঐগী ইতৌগুম্না ঐঙোন্দা অমত্তা খাক্তনা লীথরকই। মাগী ব্লারীহুদা ঐহাক খাই-খাই লাউই। কোটো অহুবুদি হৌজিক কাঁওবা প্রায়রি। মরুপকী মমাংদা তত্তনা হোংলক্লিবা ইশাগী ফীভমু ব্লানা ফাথবা লাক্লরি। মাদি ব্লারী মখা অহুম চৎথরকখি। ঐনা তাহৌবদি কোটো অসিদা য়াওরিবী হুপী মচা সিমক্লা নোংমা হোতেলগী রিজার্ভ রুম অমদা মঙোন্দা চিক্লা ঐবুসু মশক খঙই হায়না তমখিবা অহু ফাওবতনি। মানা—"অস মরুপ, শান্তি পুং মাপলমখায় তারস্রে, থেঙস্রে—" হায়রকপহুদা খংপ্রেক খংহুনা হায়দোকখি—"ব্লারীদা মুংঙাইমনগ্রহুনা মতমগা অমত্তা খঙহৌস্রে।"

ঐগী পাউখুমহুদা মথাই তানা নোকচৈ।

মাবু ফনা শাংনা থিন্দোকপিরুরগা ঐসু য়্নমদা চঙলক্লে। অস। হিংচাবীগী শক্লোন পুরিবী কোটোহুদি মতমহুদা চিংথহৌহুনা ভেবল মচা অহুগী মথক্তা তারি। খুনগৎলগা মচেৎ-মচেৎ শেগায়হুনা মৈ থাদোক্লে। নিঙখায়গ্রবা ঐগী পুন্সিগী অতেক-অকায় ময়ামহুনা ঐগী পোৎথাকম খঙব্রবা থম্মোইদা লোইনা পৈশিল্লরে। মতম অমদা মাতবু খোয়রাঙলম্বহু ঙসিদি মাতবু খোয়শাওনরে। অশেং-বনি মহেশনা তম্লবা থিবিক্তু, কোটোহুগী ব্লারীহু। মী অনি গুনা চৎপিব্রবা লম্বেলহুদা ইতোমত্তা ঙায়হৌরে। ইকুই-কুইদনা থুংলদ্রে নোংমদি জুহোংবগী বার্তোন। অথম্লবা ব্লাখল অমদা লুপ্লিঙৈ মতম

অহুদা বার্তোঙ্গি মফাং-মফাংনি। হুপী ময়ুম্লোমদগীসু অহননা অহুগা হুপা ময়ুমলোমদগীনা বর বার্তোন। তঙাই-ফদনা হুপী ময়ুমগী মী শাহুনা লুহোংবহুবুদি য়াওরুই হায়ববু পুন্সি লাইমন ওইনবদা তাগ্রে। হৌজিক্তি মহেশকী ওইগ্রে। কল্লকউদে, মরায়বক, ইরায়বক্কীনি !! মাদি লোইনা কাওথোকথিবগুম তৌই হৌথিবা রা-পুম্বা হোঙ্গল্লবা থম্মোইহুনা।

ঙসাই মখে ঐগী ব্রারীদা মুম্লুরবা শ্যাম্না তপলপ্না হায়রকই—

—হুংশিবসিদি ফাগী তারেদনকো' শাস্তি ? ঐসু থুমদোকথি—

—হোয়, অহুদা তারেদনা।

—ঐদি নহানমখে খঙলুদেদনা, ফজ-ফজরবা ব্রারীগকা য়াম্না ফুমহুনা থম্নমলিবজাং ওইরে ?

—নচ্চদে, নচ্চদে, লীথোকপা হৈজদবা হায়হুনি।

—তুম্মিন তুম্মিন অচিকপদা নিংশিঙবসিসু ময়াই অমনিনা অদোম্না খনবিরিবহুসু কায়দেদা।

—লীথোকচরবা শিদফাও পেনবিদবা তৌবীহুদা ! লোইজরে তেংথোকচরবা অসিনি, থম্মোই মচানে, ব্রাখলসু অহু মঙাই, তুং-শিনফম লৈজদেদা !

—তৌবদদি থম্মোই মচাদগী থোরকপা ব্রারীশিমক্তবু থরদি চাউগন্নি।

শাংনা খিঙলকপা তাইম-বেলহুনা ঐথোয়নিগী ব্রারী থুগাইরে। ফনা শাথিনা চিক্কমলে। ক্বক-ক্বক ইম্নরম্বা শোরোক্তুসু হৌজিক্তি ইকোম কোম্নমলে। বুকিং অফিসলোমদা য়েংলুবদসু অঙাঙবা

মরেক্তা চাউরা “হাউজা-ফুল” হায়না থাত্না লৈরম্মে। শ্যাম্মা ইথক্-থকংনা হায়রকই—“অস !!! সাইকল লৈরম্মরোই।” সাইকলগী মা হেক নিংথিংলকপদা থুনা য়াঙনা সাইকল থম্ম অদোমদা লাক্লে। সাইকল শংগনিবা নেপালি মচাহনা খোইতক তৌনা হংলকই—সাইকল অসিসি কাবুখোয়গী ওইবিরা? ইনো-নোনা অমুক থমগ্রবা সাইকল ময়ামতুদা মুম্না য়েংলগা ঐখোয় অনিমক চপ মান্না থুমদোকখি—মানি ; মানি !!

ইম্ফাল

সেপ্তেম্বর ২, '৬৬ ইং



# ৫

## নিংঙমহৌদবা !!

পোক্লরবনিনা। হিংনিংবদি মশানা তাবনি। অদুবু পুন্সিগী লানিফমদা মায়থীরবা খিবিক্লদি "শিজনিংলেদা", অসিতমক মহায়নৈ। খঞ্জিল্লুবগা নোক্লিংই। পুন্সিসিবু ফাগিরনে ? মায়থীরবা মখোয়শিংদুস্সু করিগুম্বা য়ারগদি তাইবঙসে পূমশুপ-শুপ্না অমুক্তংদি য়েংনিংলম্বা য়াই। অদুগা করিগুম্বা অনিংবা অমদগী য়েংল্লুবা থোক্লগনা করি করি উরমগনি, তম্ফম খঙদে। অদুবু কপ্পগা নোকপগনা মশিংপাং ওইরিবা মীওইবনা য়েংল্লুবগীদি কায়দেনা অমুকস্সু—হৈনননবগীদমক চাও হায়রিবসিনা করিনো অদুগা চাননবা হিংলিবনা কনানো? মথৌনা শৈবা কনানো পুন্সিবু কৃতিসাইজ তৌরিবা ? হায়রসিরনে, পুন্সিসিদি ওইদবা কয়ানা তাশিন্দুনা শেম্বনি। ঐতনদি ওইথোক্লাইদ্রা ? মথোঙ চাবদি নত্তেদা। মী অমনি হায়দুনা চুম্নতা খঞ্জরুবদা পুম্নমকসি তাইয়োন্ননা থোক্লে।

ফিজেৎ-চাকচা, পোকফম, শিনফম অমসুং জাৎ খেন্নরবসু মীদি মীনি। তাইবঙসিদি মখল মথেল কয়ানি। মচু-মচুগী ফিজোন্না মালেমসি পুমকুপ কুপশিল্লি হায়বতমক মখঙই। তোয়না হোঙ্গনবা মচু ওইরম্বনা করিনা অশেংবা মচুনো হায়বত্নমদি তশেংনমক লাকশিন্বদা ৱানা থোকই। মসিনি লুরিবসি। মাসু মীনি, ঐসু মীনি। তৌবগীদি লায়রবা-ইনাকখুনবা, অচৌবা-তপীকপা, মৈতৈ পাঙল হায়না মী মরকমক্তদসু তোথাই ২ তানইল্লিবা মিংথোলশিংসি নপশিনবনা ফিদম খঙদবা মচুশিংত্নবু থোইনা হেন্না মরা চেৎশিন হনখ্রে। অত্নবু মপানথোংগী ওইবা লন থুম, ফীভমনচিংবা কয়াসিনা মীওইবগী থম্মোইদা ফাউরবা পুন্সি-লানফমগী নিল থোংনা কয়াত্নবুদি পুম্মুৎ মুথৎপা মঙম্মরোই। অঙাওবগী চোইরোলনি। লায়রবা কয়াগী অৱা-তেংথাখোলবুদি কনাগী নাকোংনা তাবীনিংগনি? মানি, তশেংনমক তাইয়োন্নরবনি। মোন্দুম-মোনতেক থক্কী মবুক তই তহি কংলবা, থনোইনরবা কনাগী মমি শামিবা খোঞেল্লক্তদি হরাওনা জগোই শাবীনবা মীশিং ৱাৎলোই। মসিনি তাইবঙ! ওইদবগী তুঙনফম॥

কাধীর ঈরিল মপান্দা তাবা পীকুক ভৌবা য়ুম অমাগী মপুনি। মখোয়গী ইমুংসিসু তাইবঙসিদা মচু অমা শঙলবগুম থোক্লে। অৱা অনঙগী চৈনাখোলবু ৱানা খাঙজরিবা য়ুম মচানি। লাইর-চৈথংনা কনমনথিবনা মওং-তাদ্রবা য়ুম অমগী শক্তম লৌথ্রবনি। চহি ৫।১০ চঙনা, ৱানা হোৎনজত্নুনা তাঞ্জবা শেল-থূম, অরৈবা পুম্বা মপানা শিখিবদা লোইনা পুখ্রে। চৎনবীগী কল্লবা লী.শ.নংনা পুনথিবনা

তুংগীদমক্তি করিস্নু য়েংহৌদ্রবগুম থোকলে। কাধীর হৌজিক লাইরবা মী অমনি। মাগীদমক্তি হায়তুনা করিস্নু থম্বিরম্বা লৈতে। শুপ্নগী ফ্রে ফ্রে হাইরবা য়ুম মচাতুমগী য়ুম্ফমতনি। পাঙ্গলনা ৱানা শুজরগা নোংমগী চারা তমজরিবনি। মহাক অতৈ থবক অমা তৌদে অচম্বা মানি, রিক্তো থৌবনি। মপুন্সিদা থেংনরকপশিংসি ঙসি ফাওবগী মচুংদা ৱৈখাই-থিনগাইবতনি। অৱা-অনাদি মশক মুন্না খঙলবা মাগুম উই। মঙোন্দা তোয়না থোক্লরবনরা খঙদে। অদুবু খঙহৌদবদি য়াদে, মহাকসি অৱা-অনাতবু ফাথবদা মপুম থিংলবা মাশক অননি। মী অহুমগী ইমুংনি। অহুমতুগী মচুংদা মশিংতমক থাবা অঙাং অমসু য়াওরি। কাধারদি মতুম্নু লাইবক্তা তম্নম্বনি হায়না 'তুম্মক মথন্দোকই। ধর্ম্মগী থাজবদো মাগীদি লাইবক্তি। ৱানা হোংনজতুনা নোংমগী শোইদনবা মওং অমদি মহাক্তা পুথজরিবনি। মল্লবা হকচাংতুদগী নোংমগী পাঙ্গল মচেৎ অমত্তং ওইরবসু খাইগোকহে ত্রগদি, মথগী নিংকুপ্তা কাধারদি অৱাবগী মশক্তি। শুঙশোয়্-শোয়দনা ইমুং হুপ্না চিন লেপ্লগদবনি। অদুবু হিংনিংবগী ময়াইনা ঙসি ফাওবদা অথিংবা কয়াসিগী মাইয়োক্তা থবক শুরিবনি। শুরিবমথৈ মীনি। থবক লেপ্পা মুমিৎতা কাধারগী পুন্সিমু লেপকদবগুম উই।

মতমতু ফনা থেঙজিল্লক্লে। অয়ুক্কী পুং ৯ লোম তাররিগনি। ঙসিদি কাধীর হৌজিক ফাওবা থোকত্রি। মুমিৎ খুদিংগীদি থেঙলবদা পুং ৭ তাবদা হেক-হেক থোকপনি। ঙসিদনি থেঙলিবা। অদুবু অমুক থেঙলবসি ফাওবদা মাদি পীক্রবা য়ুমতুদা নৈশিন্দুনা

লৈরি। মায়ণোঙতুনা তাক্লিবতুদি অউগা খুদিংমবসু হরমহৈদি খঙলমগনি ' নিংবা-কায়বা, তৌফম খঙদবগী শক্তমনি। তশেংনমক মহাক চয়েৎনরবা রাখল অমদা ঙাওরিবনি। মপুক্লিং হাঙা হুং-ঙাইতনা উই। শিনফমতুনদি মথোঙ চাবা নত্তেদো। "হনাগা করি তৌনরুরে, মীগী শেন্দোল শিংবা ঙমদবগীরা?' হায়রিবা খুদিংমকসি মঙোন্দদি ওইথোকপা ইয়া-য়াবা ঙাক্লি। হুমিৎ খুদিং-গীদি হল্লকপদা রিক্লোহ্ মাগীদা পুরকপনি। ঙরাং হুপিদাংদি মহাক রিক্লোগা লোয়নরকত্রে। মরম খরসিদা চিংনবা পোক্লবা মাগী হুপীনা হংবা খুদিংদসু শেমজিন-শাজিনবা পাউথুমতমক পীখি। মাগী মহৌশাগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা মওং-মতৌতুদা মাগী হুপীসু কা হেন্না চিংনরকপগুম তৌই। থেঙজিল্লক্লবতুদদি মাসু খঙনিংবনা হেনজিল্লক্লতুনা কিতক তৌনা হংলকই—করি তৌরে ঙসিদি, হকচাং ঙদ্রব্রা? হৌজিক ফাওবা চল্লিবা করিগীনো গাড়িনা কদায়দা থনমলে? কাধীর ফম্মুংদা মখোঙ য়াম্বরতুনা তুম্মিন ফমলি। মতুনা ঙাংলক-শক্লকপা পুম্বতু নাপ-শেন্দাননা লৈথোকই। অনি অহুন্নক শুজিল্লক্লবতুদদি তাথ্রমাল্লে, রাখলনা লুম্নবা মকোকতু খজিক হাইগৎলক্লগা মাগী হুপীবু মুন্না য়েংই। অতুবু রাহংতুগী পাউ-থুমদি লাকখিদ্রে। মতৌতুদা তশেংনমক মথ্বাই রাজরবী মাগী হুপীনা খরা কনশিন্না হংখি—'করিনো...তদ্রব্রা— করি খল্লিনো, ঙরাংসু গাড়ি পুরক্তে? কাধীর ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলে। মশীং খঙদবা খোঙকাপ খরা থাংতুনা লময়াইতুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। ঙাইহাক চৎলম্লগা তুম্মিন অমুক ফমথত্রে। মওন-মওন খনবদা

ৱাজ্জরবী মাগী হুপীস্থ ইথা-থাজদনা তৌথোরকপা মতৌহ্নদা শংত্রিক য়েংলি। ঙাইহাক্কদি ইমুংহ্নু পুমচিক চিকই। অঙাওবগুম অচিক-পহ্নু থুগাইহ্নুনা কাধীরনা হায়রকই—কৈস্থ তৌদেদা, ঙসিদি খরা থেঙনা চংকে তৌবননি, এঃ থেঙথ্রমানে ঐগী ফি পীরো চৎলগে!

মল্লবা মিলিতরীগী মফম থুদিংগী মশিং নাইদনা ফোৎলবা খোংগ্রাও অমা শেৎচিল্লে! শেমদোকপনা হেনমনখিহ্নুনা খোংগ্রাওহ্নু মশাগী মওংদি মাঙখ্রে। মঞ্জুনরবা মুরবা ফুরিৎতুগী মগুণস্থ খোং-গ্রাওহ্নুদগী থোইনা তাদে। ঙাইহাক্তুদা প্রেপ-প্রেপ লোইশিন্দুনা অঙাওবগুম থোকখিবহ্নু মাগী হুপীদদি মুল্লা য়েংহৌই। মুল্লা য়েংলুরগা শাংলবা শ্বর অমতং হোন্দোকখি। তপ্পা-তপ্পা থবক্তা মাই অমুক ওনশিনখি।

থুনা-থাঙনা চৎখ্রিবা কাধীরগী ৱাখলদি অমত্তদা য়ৈশিন-খিবনা ইতপ-তপলে। হৌজিক্তি খোঙথাংস্থ তপলক্লে। তপ্লবা ৱাখলহ্নুগীনি মানা ৱারিবস্থ। চৎনা-চৎনা উপাই কয়ামরুম থি, মওল-মওল খল্লি। ওইবা য়াবদি অমত্তস্থ থোরক্তে। হৌজিক্তি পোল্লরবা মপোক অহ্নমকস্থ মরায়বক্লীনি নিংলক্লে। লুর-লুরবা মতাঙসিদা লাইবক্লা তম্বনি, লাইবক থীবনা লাইরনা পোকখিবনা পাঙ্গলসি ইথোক থোক্তেদা; হায়বসিতমক মখল্লি। খম্বমখৈ থল্লু-রগা ইচম-চম্বা ৱাখল পরীং অমদা অমুক তারক্লে। ঐনা শোয়গে হায়ন। শোয়হম্বদি নত্তেনা। লাইবক্লদি শোয়য়ু হায়না তম ঐনা করি তৌরুবদি য়ারি। মহ্নু থিংলুবা ঐগী ইতিক্লা? শোয়বা ঙাম্বা হায়বসিদি তাইবঙগী হৌনশানি। য়ারিবমখৈ হায়জনি। য়াবিদ্রবস্থ

মাগীদি মনিংনি। মাদি মপুনি ঐগী ইথক্তা মাগী তৌফম থোকপা য়াম্না লৈ। তৌনিংবমখৈ তৌজসনু ঐগীসু লাইবক্লা তম্বা অমদি মরৈরম্মনি। মাগী তৌফম থোকপা খ্বিবক্কী মায়য়োক্তা ঐদি লাইবক্কী য়েংহুনা লেপ্লবনি। নিংঙমদ্রবা, অৱাবতনা মহেম্বা ৱাখল কয়াসি খল-খন্দুনা লাকপনা মাহাজনগী থোঙ্গাল য়ৌশিনলক্লে। মশাপুম্বা হুমাং কাংলক্লে, ইপঙ-পঙথরক্লে। চরাঙনরবা ৱাখল কয়াহুনা অমুক্তদা পুল্লপ থোমজিল্লকপহুদা ঙাইহাক্তংদি লকক তৌই। অফা-অপুন্নরবা ৱাখল কয়াহুগা লোয়ননা মাহাজনগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে।

মাগী মাহাজনহু ওখাক লীবচবা মুপানি। মাগীদা লৈবা পোৎ খুদিঙমক চেকশিন্না তরু-তরু থংমজে। মানা লোইবা রিকসো অয়াম্বা অথৌবশিংনা য়াম্না পাম্লে। অথৌবা কাঙবুনা হায়নৈ— মাগী রিকসো অমত্তা লম্বী লমখাঙদা থক শোয়দ্রি। মহাজনহু শুপত্রেক-নাত্রেক তাহুনা লৈরিবা রিকসোহুদা মুন্না য়েং-হুনা লৈরম্মী। তেক-কায়রবা রিকসোগী শকফমহুনা কাধীরবু ওৎপগুম তৌরক্লে। করিগুম্বা ৱাহৈ অমফাও কাঙথোকপা ঙমদনা তেক-কায়রবা রিকসোহুবু মুন্না য়েংহুনা লৈরে। মাগুম মরায়বক থীরবা কয়াবু থক-থক নিকহনখ্রবা মহৌশাদগী হৈনজরক্লবা শক-ফমহুদা মাহাজন্না হায়রকই— করম চৎথনসি হায়রিবা কাধীর, নঙবু রিকসো থৌবদি কনা কুইরে, নমায়দি ওম্বোক্লা থকইহৈ! ঐগীদি[illegible]না থবক তৌদ্রিঙৈদগী হোনা ৱামাঙ য়ানখ্রবহুনি!

কাধীর হান্নগী ফীর্ভমদগী করিসু হোংদে। মহাক করিগুম্বা

খরদি খল্লিবনি অহবু খল্লিবা খুদিং মঙোন্দদি মফাং-মফাংনবা ওইনা থোক্লে। মহৌশাদগী তুকথবতনা মশরুক ওইজরক্লবা মায়থোঙ মচা অতুনা অরৈবা পাঙ্গল শিজিন্নতুনা মাহাজনবু য়েংলি। তপ্না খুমলকই—চুমই বাবু, লাইবক্কীনি, শোয়হন্নিংবদি কনাস্তু য়াওবা নত্তে; চিং-লেম্না মাহাজনতুনা মাগী হোংবা য়াদ্রবা মোত্তু অমুক্কা পীরকই। উপাই লৈজদ্রবা রিকসোয়ালাতুনা মখা তারকই—কীভম মতাসিদা ঐনা মসি শেমজিন্নবা শেনফমদি.........! হৌজিকপু তৌগদবসি করিনো... ...!! বাবু ঐদি লাইবক থীরবনি, উপাই অমতংদি য়েংবীয়ু কৈদোবগে !!? কাধীরগী য়াহৈ খরতুনা মাহা-জনতুগী থম্মোইবু পুমওল ওলহন্নদি ওইথোক্তবনি। মাগীদি লেপ-প্রবনি, আইননি হায়বমক মাল্লি। হায়রিবতু য়াদ্রগদি কাধীরদি মরাইবক থীদোরিব্রা চিংনরি। হন্না-হন্না কয়ারক হায়জরে অতুবু মাহাজনগী পাউথুমগী মতাংদদি অমত্তা খেন্নদে। মমৈথঙদা ইনৌ-নৌবা পাউথুম অমা লাকখি। তেক্লবা রিকসোতুদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই— নঙনা থঙলিবতুনি কাধীর, মসি হেক পানখংপগা নঙনা ইহান-হান্না থোরিবতুনি !......... ফরে নঙনস্তু য়ানিংগদবা য়া অমা হায়রগে নঙস্তু থল্লু। গাড়ি অমা শংলি, মসি থোয়ো, থবক লেপ্পা খোংপগী য়াফমদি ঐঙোন্দা থঙহল্লগস্তু। থবক থরা কন্নদি শুবা-তাই, নোংমদা ভায়া শরুক অনিদি থিজিন্বাতাই, নমায় থক-পদি য়াদ্রে! ঐহাকস্তু য়ান্না মাঙলবনি, খঙলত্রা ?

তশেংবমক্তি য়াফমদি হাংপদগী হেন্বা উপাই লৈ[illegible]াই খঙলতুনা হায়রকপনি। অতুবু য়াফমসিদা কাধীরদি তশেংবমক

খোয়দারুরে । মাহাজনগী অতুগুম্বা ৱাফমতুবু কাধীরনা মীহুংশি মচেৎ অমনি হায়না খনখ্রে । তশেংবমক্তি মাহাজন্দু মীহুংশি খঙদবা মীনি । মহাক মথম্মোই কল্লি ! মাগী গাড়ি থৌবা ময়ামনা কিনৈ । ফীভম মতম্না কনখিবনা অতুগা অমরোমদনা মীহুংশি মচেৎ অমনি নিংলহুনা কাধীর ৱাফমতু হোয়-মাই হায়দনা য়াখ্রে । মাহাজনবু মশিং নাইদবমখৈ থাগৎলম্লগা অনৌবা গাড়িতু ঈন্দুনা থোরক্লে ।

হুমিত্তু মদি খরগা থেঙবনে, ফংলকপা শেল-পুম্বা মাহাজন্দা পীশিল্লম্বনা অমতম্ম লেমহৌদ্রে । মতুঙ-তাবা অতৈসু হান্নগী ফীভম-দগী থোইনা হোংদে । হান্নদি লুপা ৪/৪ তমক থীজিম্বনিনা য়ামদ্রবদা মাগীসু অনি'মা, অহুম'মদি মরেমজবনি ।

কনাগী অৱা-তেংথাখোল, অতুগা কনা'মগী মীকপ-মীরাউ-খোলবু থোইনা থৌশারমদনা মতম্নদি খোঙকাপ য়াঙনা, অরোইবী থাতুনা চেনখ্রি । হুমিৎ ১৫ নিরোমদং লৈরগদি মাহাজনগী শেন-ফমতু শিং নাননা লোইথোক্লবা য়াৱনি হায়বসিতং খঞ্জবদা কাধীর অৱাবা ৱাখল অমত্তা খনবা শংদ্রে । অৱাবা মশক খঙদ্রবগুম থবক্তা থোইনা হেন্না পুক্নিং চঙশিল্লক্লে । ঙন্না চৎখি, থেঙনা কুন্নকই । ফি-রোলগী মরমদা থোইনা পুক্নিং চংদে । ময়াম তিন্নবা পঙনা য়াওরুদ্রে । অসুক ৱানা হোৎনজরিবা কাধীরগী অৱাবদি লোইবা খম্বা নাইবা নত্তে । কনানা খঙগনি, মথংগী মিংকুপ্তুনা লাইবক্লা করি [illegible]মগবা ? চাকহেনথাগী মতমগা ওইবনে, মশাতু খর শোকচিল্লে । "ইড" কী কুম্মৈসু য়াম্না নকশিল্লক্লে । শেৎন-ইন্নবা ফি-রোন খরগীদমক নাকোং ৱাই চিল্লরনি খনবদা মহাক য়াম্না

ন্নারে। মচিন্দদি খোঙথাং খুদিংগী শোল্লি—"আলা! আলা!!
অত্থবু "ইড" পুদি ওস্থোক্লা তাথিনা খল্লি। হন্দক মরক্তি মচা হুপা
অমখক্তং য়াওজবত্থসু চিফেৎ ২ নারক্লি। অঙাংবু মরাইনা ফজখিনি
খন্দুনা কাধীর থোইনা থৌশারুদে। মাগী থবক মতাত্থনা ঙসি
ফাওবদা মচাবু নিংথি হুংঙাইনা লক্লবিবা ঙমদ্রি। লাইররবসু
ইনাক খুল্লবসু হুংশিবগী চাংদি অমত্তনি। কাধীরসু মচাবু হুংশি।

অঙাংত্থ ঙরাং-নহান্দি মমানা মশা য়াম্না শাই হায়। কাধীরগী
মচাহুপাত্থ চাননা নারে। অঙাং লায়না ওইবনা থোইনা খঙলম-
দবনি। মানা থাজবা লৈকায়গী মাইবা অমা কৌরুত্থনা য়েংহল্লি।
মাগী থবক্তি লেপ্পে। থবক তৌবদা লুববা মতম্নি। শেল য়াওদ্রবদি
থবক খুদিংমক অমত্তা ওইথোকত্রে। মীহুংশিদি পুম্মুৎ মুৎথ্রবনি।
খরা লৈরগদি মীওইবগী শত্থমসি য়াম্না হোঙলকদ্রা খললি। শেল
মত্তিক চানা থাদবনা ওইবা তাই, নোংম-নিনি লৈরগদি মাইবত্থসু
লাকখিদ্রে। অনাবদি শাথিবা মওংদা লৈরবনি। অঙাংনা নাবদা
কপত্রবা হায়বসি ফনা লুরবনি। হুপীগী কপ্পা-লাউবা তাবদা, অত্থগা
মশাগী নিংঙমদবনা হেনজিনলক্তুনা অহিংত্থ চেন্দুনা ডাক্তর কৌরুরে।
ফনা কুইনা ন্নাকোই ঙাংনরবা মত্থংদা ডাক্তরত্থসু লাক্তি লাকপিরে।
খুদাং খরা পায়রম্মী, শেগ্রাক্তা, চিন্দা লিক্লি মতেক অমা থিংজিল্লগা
য়েংলমই অত্থগা তাবদা হুংঙাইবা ন্না অমা অনিসু হায়রম্মী। অসি
মখৈতনি! ঙাইহাক লৈরগদি চে মচেৎ অমদা করি করিনো খরা
ইরম্লগা লুপা ২০ পুত্থনা চৎথ্রে। ইরম্লিবত্থনা হিদাক মমিংনি হায়।
কাধীর নিংঙম্লকত্রে, করিগীদমক ডাক্তরত্থবু কৌরুরিবনো নিংলক্লে।

মাগী চেৎনা থাজবা অমা লৈজে—মতুদি অশিববু কনবা ঙমগদবা কনাস্ন লৈতে। লাইমরুস্ন ওইথোক্তে। ডাক্তর কৌরুবনা মাবু থোইনা হেন্না ৱাহমবগুম তৌরক্লে। কৈস্ন লৈত্রবা চে মচেৎতুনা মাগী মকোক মচাতু উরু-উরু লৈবমথে ঙাওহল্লে। নত্তে, কাধীরনা হৌজিক হিদাক লৈগদবা পৈশাশি কদায়দগীনো? 'ইড' কীদমক লুঃ ২০ থক্তুং তুংশিনজবতুন্থ হৈশিংলবা ডাক্তর অতুনা পুবিখ্রে। অহিংতু মওল-মওল থমবদা কাধীর তুমথবা য়াখিদে। মাগী নুপীনা হৌদোরকপা ৱাকমতুনা মাবু তত্তনা পঙথহললি। থলহৈদবা কয়াবু মওল-মওল থললকই। কোক শিদোকথ্রবদি নিংঙমহৌ-ররোইদা হায়না অমুকস্ন থঞ্জরকই। থল্লুরগা মীপাইজবতমক মাগী মশরুক! নুপীগী ৱাফমতুমক অশেংবনি, নারিঙৈদা মওল-মওল থনবা ওইরগস্ন। মহাজনগী শেনফমতু নোংমা নিনিদং লেপলগা মচাগী মফি অমত্তংদি থোনবিফম থোকপনি। মচাবু পীক্লিবনি হায়তুনা ঙসি ফাউবদা মোজাফুরিত অমফাও থোনবিদ্রি। শাংগ্র-শাংগ্রবা ৱাথলগী পরীং কয়ামরুম নোংমগী অহিংতুমক্তদা কয়ারক হন্না থনখ্রে। তঙ-চাবা ৱাফমদি অমত্তস্ন পুশিলকপা ঙমদে। পীক্রবা মকোক মচাতুনা অতুক য়াম্বা ৱাথলশিংতুগী তুংফম পীবস্ন ওইথোক্ত-বনি। মিৎকুপ অমফাও উইশিনবা ফংদনা নোং ঙানখিবা থঙহৌদে।

ঙসিদি চে মচেৎতু ফুরিৎখাওদা চেকশিন্না হাপচিললগা ময়ুমদগী ঙত্তা থোকখ্রে। 'ইড' মতুংসিদি চাক্তি নোং ঙাল্লমদাইদা লোইরবনি অতুবু কাধীর চাক চাখিদ্রি। কাধীরগী অনিংবদি নোকনিংবগী মশক্তি। ম্নারগদি থোকউ হায়বত থোকউ য়াবা "য়াই" অমা

থুদকতুবা পামলকখি। মহাক ঙাইহাকতুবা নিংথৌ ওইনিংলকই, শেঙ্গাও পায়বা, তসেব চাউনা চাবা মী ওইরবদি কো হায়না অমুকস্ু খল্লকই। জ্ঞান তারক্লবদি মাস্ু ক্লপনিংলকখি।

রিকসো থোবা হৌগ্রে। হুমিৎ ষুংগ্রে। লমথুং খুদিংগী মরোল মরি খঙদবা লাইরিক মচেত্তু পুথোক্তুনা অমুক-অমুক য়েংই। জেপ্পা হুমজিনদুনা মানা ফংজবা পৈশা পুম্বা লৌথোক্তুনা হন্না-হন্না মশিং থীরি। চেজেত্তুদা মানা খঙজবা লাইরিক ময়েক অমা অনি য়াওরিবগুমস্ু তৌই। চেজেত্তুগা পৈশাগা তোয়না-তোয়না চাং-দন্নবগুমস্ু তৌই। হুমিত্তুদি মহাক লম্বেল ফবা-ফত্তবগী রা থোইনা থিগ্রে। চৎলুসি হায়বা মফমদুতা পঙচত্তা মচৎলি। থবক্তা খুমাং চাওশিম্বগী ঈহৌ অমা তত্তনা ফাওরকই। নত্তে, মহাক অরাবা মশক খঙদ্রবা মীরা? করিগুম্বদস্ু ইশুক শুকথৈ। তশেংনমক কাধীর মশা পুম্বা মথুম-মরাঙ হৌগ্রে, ইতাউ-তাউরে। মহাক চাক চারকত্রিবনি, চাকহেম্বাগী মতম্নিনা লামলে হায়দুনা চাবস্ু ঙমদ্রি। অদুবু করিগুম্বা মখলগী রাখল অমদা চেৎনা নপশিন্দুনা মহাক অরাম-খৌরাংবা, অরাবা করিস্ু খঙদ্রবগুম উই। মমশিল্লকদৌরে। হৌজিক চেন্নরিবা শেনফমদি শুপ্নগী মথায় অমত্তুংনি। হিদাকতু পুদুনা মচাগী মনাক্তা চৎনিংবনস্ু মরেঙ-মরেঙ চৎলে। চরাঙনরবা রাখলনি। মী খরা পুনবা কৈথেলগী রিক্সো থাক্নম অমদা কাধীর লেপলি। মহাক্না মফমদুদা লেপলিবদু শুপ্নগী মথায় অমখক্তংগীনি। ফনা কুইনা লেপল্লকবনি অদুবু মতমদুক্তাওবা কনা অমত্তনস্ু—"অদুদা চৎলুসি"—হায়রম্রি। কাধীরগী মখনাউ কংশিল্লক্রে।

ঙাইহাক্তং লেপলুবত্বদা মঙোন্দা অরাম খৌরাংবগী চৈনাখোল অমা কন্না ফাওরক্লে। লম্বেলদা চৎলিবা মীশিংদা মখোয়গী য়াৎং অমগীদমক খৌরাংনা য়েংলি। তরু-তরুবা মমিৎ অনিত্তুস্থ লংখৎপা অমা য়াওশিললক্লে। রিক্সোগী অকোয়বদা কোয়না চৎলি। তপ তপ তারক্লিবা হুমাংত্থ ঙমলিবমখৈ তৈথোকচৈ। কৈথেল পুম্বা মৈনা ইরং-লংনা থানগৎনরক্লে। কাধীরগী থম্মোইগী অরাঙবস্থ অস্থম অস্থম হেনগৎলকই। ওঃ মত্থ পুম্বা মখায় অমত্তুংগী !! ঙাইহাক লৈরগদি পাখঙ অহুমখক চঙশিল্লকই। অমনা হায়রকই—রিক্সো, চিংমৈরোঙদা চৎলুশি—লুপা অমা পীগে !!" কাধীর, থোইনা খম্থনবা মতম লৈখিদবগুম তৌই। হরাওমনখিত্থনা হায়দোকখি—য়াম্না ফনি—।

রিক্সো থৌবা হৌগ্রে। কাধীর নিংঙমলকত্রে। করি মুংগী য়াজরুরিবনো হায়না খনবা হৌরক্লে। তোংলিবা পাখঙশিংত্থনা ঙাঙন-শক্করিবা লৈয়েং ফাইবা ব্রাফম কয়াত্থনা তশেংনা খঙলে মত্থদি মখোয়শিংত্থ ময়ায় কারবা ডাকুশিংনি। চৎকদৌরিবা মফমস্থ অচিকপরোমদা। হন্দক্তা থোকখিবা হাৎন-শুনবগী থৌদোক অত্থতা খনবদা কাধীর মশা পুম্বা হুমাংনা লূপগ্রে। মাগী লৌশিং চোইখি-বনা ওইরম্বা য়াই। হৌখিবা মতম খুদিঙদা মহাক অসিগুম্বা অচিকপা লম্বেলদা অস্থক থেঙনা থক চৎখিদ্রি। মওল-মওল খনবদা রিক্সো থৌবস্থ পাঙ্গল ইথোক থোকত্রবগুম তৌই। রিক্সোগী অতপ্পা খোঙচৎতু উরগা অমনা লাউরকই—হে রিক্সো কন্না থৌনে, পৈশাদমক লৌনিংই, থৌবদি ভল্লি। কাধীরগী মশা পুম্বা থক-থক

নিকখ্রে। মিহুনগী চাংস্থ কনখৎলকই। চাক্লগা চাত্রিবনে, কাধীর মওং অমা তৌরে। পোৎ খুদিংমক মশেল-মরাং উরক্লে। আলাবু হন্না হন্না থুরুমজরকই। অস! তমথিদা, অহুবু হিংনবগী লানফমনি হায়না খন্দোকপা ঙমগদবস্থ মরৈত্রে। 'ডুলালেন্দ' গী য়াম্না চিকপা মপাহু য়োরকপদা মখোয় অহুমহু ফন-ফন চোংথরকতুনা কাধীরবু মমিৎ-মমায় খঙদবমখৈ থাজিল্লক্লে। কাধীর কোয়চেন-চেল্লি, কোয়রাউ লাউই, কনাস্থ তাবীখিদে। অয়াওবা পৈশা মখৈস্থ লোইনা মুনবিগ্রে। মমায় মমিৎ ইপোম পোমলে। জ্ঞান মাঙতুনা তুরিবা কাধীরগী মনাতোম্দগী ইতনা অতৎ-অথম লৈতনা হাথরক্লি। অহল অহুম-মরি লাকপা উবদগী গুণ্ডাশিংহু শ্বাই মাঙগ্রে।

কাধীর জ্ঞান তারক্লে। মশাগী ফীভমগীদমক থোইনা চেকশিন্দ্রে। চপ লেপ্তুনা লৈগ্রে। অহলশিংতুনা হংবদস্থ করিগুম্বা অমত্তা খুমদে। শরক্কি নাকন্দা লৈরিবা রিকসোহুগী মনাক্তা ফমগখ্রে। থাবলস্থ নোংপোক চিংয়াংদগী লিৎথোরক্লে॥ অরাবা হুংঙাইবনা থল্লবা তাইবঙ ফম্বাক্কী লীলাসিবু করিগুম্বদস্থ য়েংনিং-লক্তহুনা লৈচিল মরুমদা শাইদাংফম থিরি। খাঙবা রারবা, ফোঙ ফোঙ শারিবা পি-মরিক অহুম-মরিখক লৈমায়দা থংন-থংননা তাখি। ফুরিৎখাউদা হুমজিন্দুনা য়েংই চেজেত্তু য়াওরমলি। থাঙ্গত্তুনা মুন্না য়েংই।

ফনা-থেঙলবদা কাধীর রিকসোহু ইল্লহুনা ময়ুমদা লাক্লে। চৎলিবহু চত্তগুমই। মহাক শরক্তা চৎলি অহুবু মিৎয়েংদি মপাল নাইত্রবা অভিয়াদনি। ময়ুমগী থোঙ্গাল য়োরে। থেঙলবহুদা নিঙবা

কায়রবী অমগী তেংথা-নাওই খোঙেলনা অতাবশিংগী থম্মোইদা থুক লাউব। অমা পোকহল্লি। মাগী য়ুম মনাক্তা মী থরা তিনবা উই। থুমহুগী মাইবনা পুখ্রিরোমদা চংখিবত্থু মহাক্না মমিং কুপ্তবমখৈ য়েংলি। মাঙোন্দা লৈরিবা মথৎহাই য়াওব্রবা মচাগী ফিনা কুপশিল্লবা হকচাংহু মমি-শামি ওইনা থাবল মঙালহুদা উরি। নিংঙমদবগী তুঙনকম ওইরবা কাধীরগী হকচাংনা থোঙালহুদা চপ লেপলি।

ইম্ফাল

তাং ১।১২।৬৫ ইং



# "স্নাতোম্বা"

নোংমু অরেপ্পা লৈতনা চুথরক্লি। মৈরিক থোক্লা শারবা কালেনগী হুংশা অৈশাদা খাঙুমদ্রক্লনা শেগাক চিংখাইরম্লবা মালেমসে ঈশিংনা পুম্লং-লংগ্রে। পুম্রি, কোম, লৈকুৎ-লৈরায়, খোংবাল-লুক্লাং পুম্নমক ঈশিংনা ঙম্না ফুনগ্রে। চোং-ফন্দুনা শগুপ শায়বদা মখাই তাজবা শা-শল খিবিক থংহো-দনা হোংলক্লিবা প্রকৃতিগী ফীভমবু ঙক্না য়েংলি। হুংথিল্ল চুপ্পা অমা, অমদগী অমদা কোয়পাই পাইজরম্বা চোকথবা খঙদ্রবা উচেক নাহা খিবিক মকোন্দগী হেন্দোক্লখিদ্রে। মপাল নাইদ্রবা অতিয়া-দবু মমিৎ থকপমখৈ য়েংজরম্বা, নিংবা কায়রম্লবা লোমীশিংগী নিংবা কায়হনগী মুত্তি পুম্নমক কুমগী নোংহোৎনা লোইনা চেম্বগ্রে। লম্বী শরক থুদিংমক ইচিক-চিক্লে। আশা লৈজরবা লোমী খিবিক মোমোন তোনা, শম্পোৎ-লাজোল মাঙদ থা, লোবুক মাইকৈ

পাংনগ্রে। লৌফম-খুদিংমক মথক মখা ওম্থোকপা হৌরক্লে। মফম খুদিংদা, লৌরাং শুবশিংগী "অর-তিতি" হায়বা খোঞ্জেলতমক তানগ্রে। কুমগী নোংহৌনা মখোয়গী পুন্সিবু নৌনা য়েন্নিং হুলহনবিরে। তশেংবমক্তি কুমগী নোংনা মখোয়গী থব্রায়নি, পুন্সিনি।

সনাতোম্বা চাউরবা কমপোর অমা ইনশিল্লহুনা মাঙ্গোল মচি অমদা ফমলি। করিগুম্বা ব্রাখল অমদা লুপখিবগুম তৌরি। নিংবা কায়বগী মমি অমদি মায়থোং শিনবা থুংনা তারি। জ্রি-জ্রি লেপ্পা লৈতনা চুথরক্লিবা নোংদা ইরেঙ-লেঙদনা মমিৎ কুপ্তুবমখৈ য়েংলি। মশাহু তৌফম খঙদবা, ইহৈ হৈনিংদবগী মতৌনি। হাকামসু তোয়না তোয়না চল্লি। লেপ্পা লৈতনা চুথরক্লিবা নোংগী ঈশিংদা মাগী থম্মোইসু চোংগ্রবগুম তৌরে। তৌফম খঙদবা, খনফম খঙদবা ময়ামহুনা লাকহৎখিবনা মশাহু নিংথম্বা ইফাও ফাওদনা নিকপগুমসু তৌরি। পান্দমফম য়াউদবা মিংয়েংদগীসু হেন্দ্রি। হৌজিক ফাওবা সনাতোম্বা ফল তাদ্রবা ব্রাখল অমদা অহুম তাউরি। খল্লি—করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবা? ইমান্নবা খুদিং ঙম্না শিন থানগ্রে। ঐদি কমদৌবা, শলনা কদায়, পোৎপু-লাঙ্গোলনা কদায়দগী অমত্তসু লৈতে!! লৈত্তসহু করে, অহুগা লৌফম্না কনাগী? ওঃ লাইমা থীদা সনাতোম্বা ঐগী লাইবকসে! অসুম্না কয়ারক হন্না থল্লে, উপাইদি অমত্তসু উদে। খনবমখৈ থল্লগা তৌফম খঙদনা তোকচবনা অয়াম্বনি'। লৌরাক অমত্তং পাঞ্জরম্বহুসু লৌশানগী হাক্তক্তগী শৎপিগ্রে। অমুক হন্না পানবা য়ানবা হায়জরুসি কদায়, হায়জররোইসি কদায়, সনাতোম্বা তশেংনা ঙাওরে। শিথং-শিথ

কপ্লক্লিবা মচা অনাবতুদস্থ চাথোক্কদবগুম অমুক য়েংই। ঙাইহাক লৈরগদি করি নিংলক্লবনো, ফুক হোৌগৎগ্রে। য়েনখাদা ঙারিবা য়েম্পাকতু তুপ্লহুনা থোকখ্রে।

লেপ্তুনা চৎখিবনা মখা ইথং-থংবা খুনজিন্দু য়োৌগ্রে। মখালাওবা হোজঙতু তম্না প্রপ-প্রপ হাইজিনখ্রে। খরা চঙশিল্লগা নিংজিং-মাংজিংননা চপ অমুক লেপই !! কোয়রৈ লৈতুনা অমুকস্থ য়েংই। কিথি-কিরুম, তুম্মিন মরু লুক্লা অমুক চঙশিনখিতুনা চাঊরবা য়ুমজাও অমগী জুরীদা লেপ্লুরে। ব্লাদি মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে। ফমেল ফক্তা লেংঙম শাঙমদনা ফমলিবা অহল অতুস্থ মা হেক উবগা ফৎ লৈশিনখি। স্নাতোম্বা তিঙক-তিঙক য়েংতুনা অতুম লৈ। অমতুস্থ মী অমা লাকই হায়বগী থোইনা থৌশাদে। অনিতুগী মতৌতু নোক্লিংবনা থল্লি। মমৈথংদা স্নাতোম্বনা, য়াম্না নোঞ্জনা, মখোলতু নিকলপ তৌনা—খুরাইবুংঙোবু...... !! মসিদং হায়রগা লোইশিম্বা ঙমখিদ্রে। অহন্দুদি হৌজিক ফাওবা হান্নগী ফীভমদগী হেন্দ্রি। স্নাতোম্বনা অমুকস্থ—খুবাইবুংঙোবু ...... !! ফমলিবা অহন্দুনা থরুম্মরবা মশাতু তহা-তহাদনা চিঙ-লেম্না লৈশিলক্লগা স্নাতোম্ববু মুন্না য়েংই। নাপলনা পিক থনবা মিয়েংনি। পোঙলপ তৌনা— এঃ স্নাতোম্বা করিনো, করি হায়নিংই ?? স্নাতোম্বা হৌজিক্তি খরা নেমথরে। মাঙ্গোল মচি অমদা ইরেন ফমথজরে। থগৎলম্বা খিবিক নিংথিনা ফাথরগা মখা তারকই— খুরাইবুংঙো, করিগুম্বা অমত্তা হায়গে লাকচবনি! উপাই লৈজদ্রে খুরাইবুংঙো... ... ... ঐবু ঙাকশিয়ু! ঐনা লাঞ্জগ্রে !! অতুগুম্বা কপ-লাউবত্ত কয়া-কয়া

থেংনরক্লবা খুলদুগী খুরাইবুংঙোনি। স্নাতোম্বগী ব্রাহুদা থোইনা পুক্লিং চংদবগুম তৌই। শাংলবা তোংজৈহু লৌখৎলগা প্রোক-প্রোক চিংই। মৈথু অমত্তুং শাংনা কামথোক্লগা খুমলকই— করিনোনে তোম্বা নঙনা হায়রিবো, লৌহু অমুক পাল্লগে হায়রিব্রো ? স্নাতোম্বা খুমদে মরু লুকথৈ। ঙাইহাক লৈরগা অহোয়, খুরাইবুংঙোনা কৃপা অমত্তুং তৌবিদ্রবদি ননাইশিংসে……। লৌশিং চাউরবা অহলহুনা ঙাইহাক্তুং খম্বরগা খুমলকই— নহানরাইগী থৌদৌহু অমুক তাহুনা তোক্কদ্রনে তোম্বা,? স্নাতোম্বা খুমই—এঃ! শোইজরোই, রারৌবীহু খুরাইবুংঙো,…… উপায় অমত্তুং। অহলহুনা,—ফরে, ফরে চিন থিনবদি য়াদেকো, শোয়াম থোইবহু হৌজিক্তা লাকলম্ই, লৌশাল ফাওবা হেনগৎকে হায়রম্মী, শক্তু নুংশিদহুনা পীখিদবনি, খঙলেদনা? স্নাতোম্বা খরা হরাওজে। খুমই—উপাইনি, খুরাইঙো, খঙজরে। নোংদাশিগা হায়রুরগদি কৃমশিদি ফৌথোকসু খরা কাগব্রা নিংজৈ। পায়রম্বা তোংজৈ থমগ্রে। অর্থনা থল্লবা মীনোক অমা তৌরহুনা হায়রকই—ফরে-ফরে চৎলো, গতমসু খরা লৈশিনগ্রে, নঙনা ফনবা তৌরুরো।

স্নাতোম্বা হরাউ-হরাউ হললক্লে। চৎনা-চৎনা মঙ কয়াসু মঙলি। মফাং-মফাংনরবা ব্রাখলশিংহুগী মরক্তা খুদিংমক মঙফাও-নগ্রে। হৌজিক ফাওবা স্নাতোম্বা হরাউফম খঙদ্রি। লুরিবদি হৌজিক্কি চেঙ লৈহৌদ্রিবসিনি।

অতৎ অখম লৈতনা চুরম্বা নোংসু লেপগ্রে। নিথমথা হাইফেৎ লিৎশিল্লক্লে। মপাল নাইদনা শম্দোকখিবা লৌবুক

খিবিক অশংবা ফোনানা কুপখ্রে। মুংশিংকী ঈপোমদা ঈথক নাইনা জগোই শাবা হৌরক্লে। মুরৈনরম্বা অতিয়াসু নিম মচু মানখ্রে। নোংজুথা চুপ্পন্থমা লৈখোম লৈনাঙ মরক্তা ওল্লুরবা লৌমী খিবিক অরাবা খরদি পোৎথাজবগুম উরে। কয়াবু কুইনদি পোৎথাবা ফংজনি। ইকুই-কুইদনা মমুন ফারক্লগনি, লোক্লগনি। লেঙ-লেঙ চৎলিবা ফোনা ময়ামগী জগোয়বু উরুরগা স্নাতোম্বা মথ্বাই তানা নোকফেৎ তৌজৈ। জুম-জুম য়াম্থরিবা, চুম্লবা ফৌ চরোংশিংন্থবু মমিৎ কুপ্তুবমখৈ য়েংলগা মতিন-য়োৎথৈ। লীরি হুমলকপা তঙ্গৈং-তঙ্গৈংবা মুংশিংনা য়ৈবদা মশা পুম্বা ঈত্তেক-তেক-খৎলকপগুম তৌই। অসুম্না নোংমগী অমুক্তং য়েংহৌদ্রবদি ইহৈ হৈনদবগুম তৌই।

মতমদি মীওইবগী মুংঙাইরবা রাখল অমসুং শাথেক কয়াগা ঈরোয়ননা চৎখিবনা ইখঙ খঙহৌদনা লৌ লোকপা লোইনখ্রে।

স্নাতোম্বা মবুক থন্না-পেন্না চাবা ফংজরে। মামুক মুংঙাইবা মী মালেমসিদা লৈরমখিগদ্রা খঙ্গে। মতম চুপ্পা ইনোক্তা নোক্তুনা লেম্বা হোরক্লে। মবুক থন্না চারবন্থদদি খুদিংমক ইথন-থন্না উরে। ইনশিল্লুবা নাইদনা রাখলদি মথং-মথং লাকখি। মঙওই করিওই তোম্বদি ফনবু মুংঙাইরুরে, রাখলন্থদা। খল্লি—ফৌ চেঙ থরা তাইথোক্লগা মাগী ফনেক অশংবা অমগা ফুরিৎ শেগা কোৎথোকপী অমতংগা লৈবীগে। লৈশারিঙৈদদি ফনা পকচবনি। ঐগীনা ফুরিৎ অমা, ফৈজোম অমা। ইম্ফাল কাদবসু ফনা কুইরে। ইরাঙবু করম তৌরমগদবনো খঙদ্রে।

মমাঙগী চহিগী কৌথোকশিংদগীদি কুমশিনা ইহেন-হেল্লি। লৌয়াকতুমদা ফোপোৎ কুম্থ্রা খরা কন্তক থোকই। সনাতোম্বদি ময়ুম লিংজকখৈদগী নিঙথৈ হায়বত্থ মশক কাওবা খঙজরকত্রিবনি। ফৌশিংত্থ থম্নবা হোৎনবদা সনাতোম্বদি চাবা খকপা মফম ইথঙ-খঙ-দ্রবনি। ইঙাও ঙাওই, ইতাও তাওই। ঙাইহাক্তা লৈতাদে, ফুক অমুক হৌগৎলি, ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলি, ফৌদা অমুক য়েংই, মচি অমদা অমুক ফমথে। তুশেংনমক মহাক ফোয়ামত্থ উবদা ইপা পাখৎপগুম ত্তোরে। ৱানা হোৎজত্থনা মাঙ্গোল মচি অমদা ফৌ-য়ামত্থ থম্নবা খাজিন্দুনা শেম্লে। চল্লিমখৈ হৈজিল্লি। সনাতোম্বা ঙাইহাক্তং চৎথোক-কোয়থোকপন্সু তৌখিদ্রে। ফৌশিংত্থগী মনাক্তগী ইহেন হেন্দোক্তে।

সনাতোম্বা ভাব অমা তারুদ্রে। নোংমা খুরাইবুংঙো লাক্তুনা হায়ররে—লোশানসি খরা থীন্দৌরিব্রা তোম্বা? মাইবম হেরা লাক্তুনা হায়ররে—ভাই কুমশিসি ঐখোয়গীদি খরা থেঙদোরিয়ে, য়ারগদি শন-শালত্থ পীরক্লোদনা, চানিঙাই লৈশিলক্তে। সনাতোম্বা খাই লাওই। মঙলা হায়না অমুকসু খলি। ওঃ ওস্থোক্সু থীদা সনাতোম্বা নঙগী লাইবক্সে। অত্থনসু লোইদ্রি। লৌ শুবা হৌগৎলকপদগীনা পু-পুত্থনা চাখৎলকপা ময়ামত্থসু নোংমতা কাংদন থৌরুরে। অমা লাকই শংবাই অনি পুখি, অমা লাকই অহুম পুখি। অত্থক য়াম্রম্না সনাতোম্বগী ফৌ, তুরেনগী অঙাওবা ঈশিং ঈকুমখি-বগুম নোংম-নোংমগী ময়েং জর-জর তাখিবা খঙহৌদে। পিক থলম্বা নিঙথৈত্থ মবুক ইশিং-শিংলে। সনাতোম্বা খরা ক্লংঙাইতে।

মমায়দা হুমাং মরিক-মরিক কায় । মানা মুংঙাইনা শাগৎচরম্বা ব্রাখলগী শক্তম কয়াদো কুইনা পুন্সিরমদ্রে ।

অয়ুক্তু মাগী মুপীনা থুনিঙ কাঙখৎলহুনা নিঙঙৈদা য়েংই । ইশুক শুকথনা থোরকই । ব্রাখলনা তৌফম খঙদ্রবা সনাতোম্বা মচি অমদা তুমিন ফমলি । অঙাং অমা প্রপ-প্রপ চেনশিল্লক্তুনা মঙক্তা কোল্লগা হায়রকই—পাজি ঐসু ইম্ফালদা পুবিয়ু:কো, ফিরিং ফজবা, খোঙ্গাও ফজবা লৈবিয়ু:কো...... কো পাজি । সনাতোম্বা মুংশিরবা মচাগী পাউথুগ পীগা ঙমখিদে । অঙাংহুসু ইথুম খুম্বিরকত্রবহুদা পেহৌ পে.হৌ থোকখ্রে । চাকথুমলোমদা তোয়না-তোয়না য়েংই । মুংখিল পোবোপ্পা চৎনা-চৎনা মঙবা মঙগুম হৌখিবা পুম্বা নিংশিঙফম ইথোক থোক্তে । মহৌশাদগী মপুক চাউই খঙলবী মাগী মুপীনা চাকলুক অমখক্তি ফনা তোঙনা খিল্লি । চাকলুক মনাক্তা ফমলবা তোম্বা-মশিং খঙদবা চখোম খরা পঙনমতা নমশিনখি ।

কর্তসি— "ডি অপুন্বা ঐখোয়গী মঙাল"
ইম্ফাল ।

নমবোল,
জুলাই, ১২, '৬৬ ইং

**এন, বি,** ১৯৬৯ গী "অপুন্বা ঐখোয়গী মঙালগী" লিটরেরি মিত **কী** মীফমদা পাথোকখ্রবা ।

---

৭

# মতমগী ঙৈচেল !!

অয়ুকতু নুংশা য়াইনা য়াইনা চা গ্লাস অমত্তং থকলুগে নিংলহুনা থোরকই। ইন্দ্রকুমারহু ঙসিদি তহা তহা লাকই। ঐ উবদস্তু খরা ইকায়খিবগুম তৌই। উশিন্নদবগী মওং অমা হাইরপ উৎলকই। ঐস্তু মতৌ য়েংনিংলহুনা হেক হংলুই—কদোন-দনো; অস্তুক ঙম্না? খঞ্জরম্বা মখমত্তগা মতোমতা ইদাইজরহুনা ফৎ লৈথোকতুনা থাঙই। মায়থোংদু চমন্নবগী তুঙনফম ওইনা তৌই। চয়েৎনরমগদকা ৱাখলবু তশোংনা উৎথোবপগুমস্তু তৌই। মশা মতোমতবু লাকশিনবা লাক্নে। চরাঙনরবা ৱাখল কয়াদবু তপ তাবমথৈ ফুথরগা ওন্থোক্লা ৱানা নোক্লগা খুমলকই—এঃ অস্তুম থবক অমগী লাকচবনি, কমদৌবীরিগে, থরা হুংঙাইবীরিব্রা? ঐহাকস্তু ঙাইহাক্কীদি লৌশিংদা মানা হেনথিবা য়াবা নত্তে নিংলহুনা খুমখি হুংঙাইবা হুংঙাইতবা, তম্বা ঙমদেদা, পংলৈ মরৈবা হায়হুনি। ঐগী

পাউখুমহ্ মাগদি হায়ফেৎ চানবগুম থোকলুলত্রা কৈনো! তপ্লি তপ্লি চৎলম্বদগী চপ লেপ্লগা মখা তারকই—মানি মানি, ওম্বোক্লা চুমথ্রবা রাফমনি মরুপকাতু, ঐখোয়না হিংলিবসিদি পঙলেন-লেম্বা, আঃ শিবা ঙাইবা হায়বতু তারে। অসুম্না ঙাইহাক ৱারী শানরবা মতুংদা মহাক থোঙ্গাল মচাতুদা হাইজিনথ্রে।

ইন্দ্রকুমার অঙাংওইরিবৈংদগী তিন্নরকপা ইমান্নবা নত্তে। মাগা ঐগা হাকথেংননা খঙনবসু কুইদ্রি। উরিপোক তৌরাঙবম লৈকাইদগীনি। ঐখোয় মখা থংবগী শ্যামাশখিত্ত কোয়বা হেক হৌগলকপা অতুরাইদগী তিন্নদবা য়াদে হায়বগুম্বা মওং অমা তৌশিল্লকপদগী তিন্নখিবনি। তৌবগীদি মরমচৎ ফনা ফবা মীতা ওইদনা তৌই। অদুক হকচিন্না তিন্নরুদবনা মতুংগীদি করি ওইরমদবনো খঙদ্রে। মখোয়নিসু হুংশিনরিবনি হায়তুনা থা মঙা তরুক্তি লৈকাই শেগাক কায়থ্রবনি। মখোয়গী মবং অঙাওবতুনা তান্নখিবমক্তনসু মশিং নাইদ্রবনি। হুমিৎ তরানিমৃক্তি মশক শুকউ উরুদ্রে। অতুদগী নোংমদি শ্যামসখি চেনখ্রে হায়। ঐদি খল্লিকো কদায়দগী থংনাইবা সাগবনো, ফীভম্না অতুক হকচিনথ্রবতুবু. ঙসি হয়েং খঙদত্রা কৈনো? ফনা কুইনা অহল মশেল ঙাঙনতুনা লৈরে। কাইনথংদা নোংমদি কৈথেল নংনবোই-করিবোই তৌতুনা লুহোংখিবনি। অতুদগীদি খরা লৈরগা মচা হুপা অমা পোকই হায়না তাই। পোৎয়েংবা চাউনা চৎখিবদি উহৌই। অতুগী মতুঙ চহি খরা মনা মনিল নাইদনা লেনখিবা পুম্সিত্তুদি উরুদ্রে। খঙসু খঙখিদ্রে, করম তৌনরিবা জাৎনো মখোয় অনিত্তবু? শ্যামাশখিসু মরক মরক্তদি

মপামদা লাকই। নংহৌরোইদবগুম তন্না হেক্তা হনখি। মপামগী মাইকৈবু লাপথোক্না খল্লকপল্লদা ঐহাক্না নিংজহৌই—নিংঙোল ওইবিশিংসে; পুকচেলদি তঙখাইনিকো। ওস্থোক্লসু হুংশিঞ্জবা হায়বহ্ন ওইরেকো মরা শকথীবহুবু। হুংশিবগী লন অপুম্বা মবু:-ঙোদা থৈদোকখ্রব্রা কৈনো, অঙ্গক ৱানা নাউকোনবীরক্লিবী মমাসিবু কয়াদা থৌশাদনা উরিবা। তম্বা ঙমগন্দবা মীওইবগী লাইবক্লি। ঙমগন্দবগী ৱাদনত্তনা ঙমসু ঙমদে। খন্দ খনজিল্লুরগা চৎলিবসিবু করিনো হায়ব ফাও য়োরকই। ৱাখল পরিঙহুদি অমত্তা হেক চুম্বা ঙমদে। তৌবগীদি লম্বেল ৱারীগুম ঐগীসিসু লম্বেল ৱাখলগুম থোক্লে। যুমগী ৱাখলনা কোক্তা ইঙকসি তেকপ-মখৈ নল্লিবনি অহুমক্তদা ইন্দ্রকুমারগা হাইফেৎ উন্নরুবদা কদাইদ-গীনো কুইমন্দুনা হায়গদ্রা নিংশিঙবীদবনা হায়গদ্রা ইপোপ-পোপ-থোক্লবা ৱাখল অমসু ফুৎ হেক মফাউজিনলকই। ঙকতুম ঙকই, ওস্থোক্লসু চনথ্রেদা হে ৱাখলগী খাউ, শুজিললিমখৈ চললি, হানজিললিমখৈ চললি। মওং মরীল ইনাই-নাইদনা পঙচঙদা চঙলকই, পঙচন্দা চনখি। পীকখ্রবা কোক মচাসিদা। নিংশিঙবা হৌরুরবনিনা লোইশিন্দ্রবসু ইহুং হেক হুংঙাইত্রে। ৱাদৌরিদা ৱাখল সংসারগী মীশিংসে।

অহুদগী নোংমদি শ্যামাশখিহু অয়ুক অমা মচা হুপা পীশকতুমা শেগাদা য়েপশিল্লদুনা লাক্লে। ঙসিদি ইনোক নোক্তে। মমানা—করিগীনো ইবেম্মা অসুক ঙন্না······? হংবহ্ন ফাওবা খুমলমদবমখৈ ইমুংদা চংথ্রে। করিবু তৌনরবা জাৎনো হায়না খন্না খন্না অহুম্মক

হৌগ্রে। নহানব্রাইগী হোবে হোবেন্তু নল্লে। মমাস্থু মহৌশাদি মশু পীশকতু লক্লবদা মথৌ ফাওবা শংজ্জরমদবনি অতুবু ঙসিদি ফনা থেঙলবসিফাওবদা অঙাংতু মাঙ্গোল মচি অমদা কপলি। শ্যামাশখিস্থু মমাস্থু তুম্বক তুম্বক অতুম ফমলি। ব্রা-লান মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। হোয়, মবুঙ অঙাওবা অমা ইচাউ-চাউনা কোক হেক শিদোকখিবতু নিংশিঙতুনা ওইরম্বা য়াই। অতুবু ফনা থেঙলে, মুমিৎ পূমতা তারে অতু ফাওবদা শ্যামাশখিদি মহুমদা হন্নবগী করিগুম্বা অমত্তা শেম-শাবস্থু উদে। ইথৌ ইরৈ লৈতনা ইতোমতা পঙখন-খল্লি, পঙচিং চিংনৈ। নত্তে, মখোয়সিবু খাইনরবা হায়তুরনে? খঙদে, খঙদে। এঃ কোন্থংদা ভাব ভারক্লে। করিগীনো ইথা থাজদনা মখোয়না তৌরিসিবো? অতুক শাউবগী তৌনরিনি, নোংমা মরাইনা হনজিন্ন-জখিনি হায়না অমুকস্থু খল্লি। ফনা কুইরে, করিস্থু তৌনদ্রে। মুপামযুমলোমদগীস্থু অমা লাকতুনা হায়রবস্থু তৌদে, মুপীময়ুমগী ইমুংনস্থু থেমজিন-খোৎচিনব্রা হায়স্থু তৌদে, ইকাউ কাউনপ্রবগুম অতুম মরৈনৈ। ঐখোয়স্থু ইঙান-ঙান্না অতুম ময়েংই। থোইদোকপা তাথোক তাশিনস্থু তৌনরুরে। খরা লৈরগা নোংমদি ইন্দোল জাতীনা ইথা থাজদবমখৈ ঐবু কৌরৈ। অস্থুক কুইনা য়ুমলোন্নতুনা লৈমিন্নরকপসে ঙসি ফাওবদা ইন্দোল ঐখোয়নি ব্রা মচেৎ অমফাও নিংথিনা ঙাঙন-শরুক্রি। মাস্থু ঐস্থু ইকাইমিন্নখিবা অমা তৌথিব-দগীনি। নোংমা মচানুপীগা ব্রারী শান্নিনৈদা প্রমাণ ময়াম অমা লংশিল্লকপন্ধুদগী। ঐস্থু অহল অমনা কৌররবনিনা ফজদবা তারে নিংতুনা চৎলুই। মখোয় তুম্মিন-তুম্মিন লৈনরম্মী। মখোয়না

পুনরম্লিবা শকফমশিংত্থ উবদা কোক হেক চঙদবা হঙ্গোইরে। ঐনা লেপতুনা লৈবত্থ উরক্লত্থনা কৌশিল্লকই—এঃ চন্দ্রমনি লাউনে, ব্রা অমত্তা তানসি। মহৌশা কৌনরুদবগী ইকাইবত্থদি মরক মরক্তা ফুঙ ফুঙ ফাওরকই। অত্থবু করিস্থ হঙ্গোইদবা শারত্থনা ফম্মুং মচি অমদা ফমলে। ইকায়বা ঙাকথোকপা ওইনা হৎজিল্লি—কার ব্রানোনে......? ইন্দোলস্থ ফীভম শেমজিন শাজিল্লত্থনা হায়রকই —ইন্দ্রকুমারগা নঙগা খরা মুন্না খঙনব্রা? শ্যামাশখিদি ব্রারী শাবা হৌগৎলকপমক্তদা ফমচৎ চৎলম্বা অঙাংত্থ পমখৎতুনা থোকপ্রে। ঐনা খুমই—য়াম্না মুন্নদি খঙনদে। উরগদি ব্রারী ব্রাতাই অত্থম মশামিন্নে। করিগীনো?

—নঙ শাউবদি য়াদে মাগা অমুক্তা উন্নবীয়ুবা।

—মরমদি খঙদনা,......... ।

—মখোয় অঙাংশিং তৌনবিবসি নঙবু খঙব্রিবরনে?

ফজরোইদোবা মরম খরা লৈরত্থনা ঐস্থ পাউখুমত্থ লৈবে— ঐদি খঙববু কুইদ্রিনে, নত্তে মখোয়সিবু চাননমক খায়নরবা হায়ত্থরা? মখোয়না অস্থম্নকা তৌনরক্কনিসিদি কয়া থাজরুদে। ঐগী পাউখুমত্থদা ইন্দোলত্থ খরা ইকাইখিবগুম তে ই।

—তশেংনা খায়নরবা হায়ত্থ তাবেদনা, ঙসিফাওবা নোংমতস্থ লাক্তে। নঙস্থ খন্দুনা য়েংউ, মশা লাকপা ইকাইরগস্থ অহল লম্মন থারকপা য়াইদনা, অত্থস্থ তৌদে। কুপীমচাসিদস্থ ঐনা চৎখিনবা কয়া-কয়া থেম্নবনি, ইকায়রিব্রা য়ানিংদ্রিব্রা করিনো,...ঐদি জ্ঞানবু তাশিল্লক্তে। ব্রারস্থ ব্রানা নঙ অমুক্তং চৎপিরুরগা মখোয়না করি

নিংলিবনো হায়বতুমতা খঙদোকপীরকউ। অশেংবা ওইরগনা মওং অমনিদনা।......................মখোয়সু মশানহা ঙাক্নি, হৌজিক কান্দবো............।

ঐসু হোয় হায়রম্লগা ফুক হৌগত্তুনা লাক্লে। হায়রক্লিবসে কয়া লেম্বা থবাক্ত নত্তবনিনা ঐসু ইতন-তনলি। অমুকসু করি কারনো পঙখন-হেক খল্লি। লুরিয়ে তৌদোসে। ওম্থোক্লসু চয়েৎনপ্রেদা সমাজগী থোদাংসে। পুন্সিশিংসি মশেল-মরাংলব্রা কৈনোমা ইতৌ তেইদা। চৎপসু চংনিংদে, চৎলুদবসু য়ারোইদৌরি। মেন-মান ইতা-হেক তাদনা ফি হোংদোক্লে, সাইকল ইম্থোকলে। উরিপোকলোমদা তপ্না-তপ্না থোরক্লে। অয়ুক ফনা ঙল্লিবনা মহাক চৎথোকলমদ্রি। ঐ উবদা হাথু-হাথু চেম্থোরকই। ঐগী তৌথোক মুংথোক্তবা মওংতুদা মহাক হায়ফেত্তি ঙকখিব্রা? হৌজিক অমুক লুরিবনা ৱাসি করম হৌদোক্লুনি। হোয়-চুম্মি, মতম খরদি নিঙথিনা তিন্নরম্মা হায়বা য়াই। অতুবু ৱাফমসি হৌদোক্লুবা নাতৈদি কয়া চাফাত্তে। ফনা কুইনা ফমলে, ৱারা মফাং-মফাং কয়ামরুম শানরে। ঐহাক তৌবগীদি হৈনিংবা করিসু পোক্তে। ঐগী মওং মতৌতুম্বা করিগুম্বা অমদি শোয়দনা লৈরম্লগনি হায়বসি মাসু চিংঙ্গথ্রবনি। ঐঙান্দা মুন্না য়েংলগা হংলকই— নঙনা লাক্কইসি ওম্থোক্ল চিংনপ্রেদা। লোৎপা মতম নপ্রে, তাঙ্গা চারিঙৈসিদা ফোংদোক-হৌরগে নিংতুনা— চিংনহু-চিংনহু, ঐ ৱা অমা হায়গে লাকপনি। মরুপ নখোয়সিবু চাননা তৌরবা জাৎলনে? ইন্দ্রকুমারতু ইর্মোক হেক নোক্লিংদনা নোক্লগা হায়রকই— কনানা খঙবা ৱানোদনা

—করিনোনে মরুপ, ঐবু খঙউ হায়বিরিত্রা, হুপীময়ুমগী মীনি হায়রুনা…… ।?

—এঃ এঃ নচ্চদে, করিনো, হুপীময়ুমগী শেল চাবা মানগ্রেদা।

—ঐনা হায়রিবসি অমুক্তা খুম্বিরকউদা, অতুগা চৎচগ্রগে ।

—হেরা ইচম চম্বা রানিদা,…… মরিল খার'দি খরা রাজবা হায়সিনিদনা।

—মরমতু অমুক্তা তানিংথ্রেদা ।

মানা করি খল্লিবা ঐনা করি নিংলিবা হায়বতুদি ঐহাক তশেংনা খঙদে। মওং চাগন্দবা পুন্সিনিনা চুম্নতা "চাক লোইরে" হায়বফাও শেরান তুরান তারম্বা য়াই। মখোয়নিদি ফনা মুংশিননা লৌন-লৈনখিবনি। ময়েকীদি মরিক চুম্নবা পুন্সি অমা লেনফম থোকপনি। অতুদা করম্বা পুন্সিগী নাতৈ চাদবা অমা থেঙনরুরবনো হায়বতুমদি ওম্থোক্লা খঙনিংগ্রেদা । তুম্মিন তুম্মিন ফনা কুইনা লৈনরে। মহাক্লা স্বর মপী অমতং শাংনা হোম্দোক্লগা হায়রকই—নঙ তারগা নোক্তুম নোক্লিংগনি। কৈস্নু লৈবা রাফম নত্তে। নোংমা সিনেমা য়েংলুবদা মুম্বিদাংতু খরা থেঙনা হনজিল্লকই। হান্না করি-করি তৌনরম্বনো খঙদে, প্রমাণগসি জাৎ-জাৎ তৌশিল্লকই । ঐস্নু ভাব মেন অমতা হেক তাদে। হংলুরগস্নু খুমদে। চাক চাথোক্লগা অতুম-তুমলে । মুজিত্তুদগীদি ফি-রোল খরা নান্ন-চৎথোক খোত্তোক্লুরগা হনজিল্লক-পদা মহানি, শিঙ খায়রমদে হায়রুনা চাক্লা থোংঅমদবীনি । মাই মতৌমুদা ঐস্নু তকপনা খুম থেংলে। ফনা হায়-শাবা হায়রুনি। ইবানি মরদি মুংশিনখিবনি। মোংনা মরুপ অমথক্তি চৎহোৎরবদ্রি

য়াম্না হুংঙাইররোঈদবা লুহোংবা অমখক থোকই। মশামক লাক্কু না হায়ররবনি। অফিস কারমদাইদা হায়রম্মী, ফুরিৎ-ফৈজোমছু খরা শুদোকলমউ, হয়েং লুহোংবা অমত্তং চত্তবা য়াদ্রে। অত্তবু নঙস্তু শাউনিংলোইদ্রা অমুক্তা খল্লুনে, শুরমদ্রে। ঐস্তু কদায়দগীনো মচিং অমা লাক্কু না লুহোংবকা চত্তমখৈ পঙফুদা হেক ফুবা। অয়ুক ঙন্তা অতুম চৎখ্রে। শক্কু হুংশিদছুনা ঙসি ফাওবা হন্না য়েংবিদ্রিবসিনি। মসিবু মানা লানত্রা ঐনা লানত্রা নঙস্তু অমুক্তা খল্লু।

তশেংনমক তাবদা নোক্লিংই, মখোঙ চাদবা পুন্সিগী ব্লারী মতেক্কু। মসিদবু কনানা লানবা কনানা চুম্বা করম্না পুথোক্ক-দোরিবনো, ফনা লুই। কদায়দগীস্তু ঙমগবনো, অছুক চয়েৎ-নগনবছুবু। খন্থরুরগদি ঐস্তু ঙাওবা য়াওরকপা য়াই। ঐনা হায়খি—ভাব তাদ্রেবু!

—হৌজিক্তা হায়খিছুনি।

—অঙাং ব্লাখল হায়ছু হেক তাইদা, মরুপ হৌজিকপু করি নিংবিরিগে?

—খঙদ্রেদা, অঙাওবীগা লৈমিন্নরবদি নোংমদি শোইদনা ঙাওরক্কনিনে, অছুদা অঙাংছুদংদি লৌনিংই।

ব্লারী পরিংছু অছুদা পং-থদৎলগা অমদা অমুক ওন্থরে। থেঙজিল্লক্লে। ঐস্তু অতুম লাক্লে। ফি হোংদোকত্রিঙৈদা পাউছু তম্বিরুরে।

চহি অমরোম অতুম হোখ্রে। মচানুপাছুস্তু ফনা চাউশিল্লক্লে। কুম্মৈ ফিয়োং অমা থোক্লকপদা ইন্দ্রকুমারস্তু অঙাংগী মফি মরোল

অতুম হোংবি। নোংমা ফাদোকস্থ হেক লাক্লগা অঙাংতুদা করি করিনো খরা পীরম্লগা হেক্তা মচংখি। ঐদি হুংঙাইরে, কুম্মৈ য়েংফমগীদি য়াৎত্রে। হন্দক, মরকসি শ্যামাশখিস্থ অঙাংগত্থু থোইনা চেকশিল্লক্তে। মমা অশোম্বীতুদা ইমুংগী থবকস্থ লোইনা নমশিল্লে। মফি-মরোলস্থ কা হেন্না নানখৎলকই। খোংনাংখোঙ ফাওবদং থোকপদা মিংশেল মঙা তরুকলক হনজিল-হনজিল য়েংলমগনি। কেপ্রবা হায়নিমা। চৎপা খোৎপদা শহুম অমা ইথোক পোকই। শাথেক শাওং, কয়া অমস্থ হাপকৎলবই। ফনেক খোয়খাগা হেক শেৎলদনা, মওং কায়রবা কয়াৎশিংতু নিংখিনা তাখৎ থোম-গৎলতুনা ফাজিল্লি।

হন্দক মরক্তি ইন্দ্রকুমারস্থ অঙাং লক্লবগা লাক্তে। হৌজিক্তি ইমুংগী কৈথেল কাবা খোৎপস্থ শ্যামাশখিদনা তৌথ্রে। পোৎ লৈরবস্থ লৈদ্রবস্থ নোংমগী হুমিদাংয়াইরমসি কৈথেন্দা ঙাইহাক্তং থোকহৌদ্রবদি হৈনদবগুম উই। ইনৌ পৌনা অমুক হোংলক্লিবা মওংনা শমজিদা শমজিরৈকাস্থ থেংলকলে। ফনেক্স্থ শেৎপাই, শেত্তুবোই তৌনা লৈবাক্তা শোরো শোরো হেক চিংই। অস্থুগা থা'মুক চৎলম্লগা তুম্মিন অমুক লৈপ্রে।

নোংমদি ইথা থাজদনা ইন্দোলস্থ পোৎফম ফস্বা হৌথ্রে। নোংম নোংমগী ফীভমসি জাৎ জাৎ হোংলকই। মচু মচুগী পুন্সি হায়তুনি। চেত্তবদা হায়রস্থ পুন্সি মচুমুক চেত্তবসিবু অতৈ লৈরমখিদ্রনে? য়েংবা য়াবনা য়েংশিনবা, য়াদবনা মিৎ উইশিন্দুনা খাঙবা। তাবা য়াবনা তাবা, য়াদবনা নাকোং মেনশিন্দুনা খাঙবা। হৌজিক মতমসি

মসিনা উপাই য়ান্না ওইখংলকই। হৌজিক্কী সমাজদা খরা ঈংনা হিংলিবসি, মমিৎ তাঙশিন্নবা, মনা পঙশিন্নবতা মঙায়রে! খরা খরা মাঙশিল্লকপগুমস্সু তৌই পুনসি মূর্ত্তিসে। উদ্রে, তশেংনমক পুনসি মূর্ত্তি উদ্রে। মখোয় মমা মচাসু হন্দক মরক্তি থবক ইচিন চিনখৎলকপগুম তৌই। পোৎফমদগীসু থেঙনা থেঙনা চঙলকই, চাক্না কনানা থোংলিবা। মচানুপীনা পোৎফম শিন্হেল্লোরগা মমানা অঙাং পীশকতুমগা থোংবনা অয়াম্বনি। মীসু জাৎ শুরে তিল্লিবা মখোয় পোৎফমদো করি পোৎপু লৈরিবনো, লুক্সাই খুবাকমুক পাকপীহুদগী অহুগা ব্রারীদদি ওন্থোক্না মকা লান্না শানখ্রে। অহুবু খ্বাইদগী হেন্না য়েংশিন্নিংবা অমনা তিল্লরিবশিংহুগী মরক্তগী খ্বাইদগী থেঙনা থেঙনা হনখিবা ময়া অনি অহুমগদি তারবা নহা অমা য়াওরি, মাগী লমচৎসিনিসে। মখোই ইমুং মন্থুংগী মী ওইরমগনি, মমানস্সু ওন্থোক্না লুনা, মরী মতাদোনা তৌই। অহুবু খল্লুরিবসি শুন্নরে, মাসু ক্বা চাগনবা, সনা-খুদোপ ব্রায়রগা শিগনবা অমা ওইরমলে। উশিন্নদবা তাশিন্নদবা হায়বসিমস্সু ইঙম হেক ঙমদে। থেঙনা থেঙনা ফম্লিবা পাখং মানবহুগা শ্যামাশখিগা করি ব্রারীবু তৌনরিবা খঙ-নিংবনা শিদোই। নোংমদি ইথৌ ইরৈ হেক লৈতবমখৈ লুম্লুরে, পোৎফমগী হেক নাকল, খরা শোঙবহুদা। মাখোয় মমা চঙখ্রে। ক্বা চাবা ওকলবা খরস্সু হন্নখ্রে। হৌজিক ফমহৌরিবসি ময়ামহুদগী কা হেন্না চাগনবা পাখঙহুনি। মখোয়না তৌনরিবহু ঐস্সু ইঙাঁন ঙান্না উই। মী চিকলবহুদদি মমিৎ মনা কুইরুপ কুইরুপ মথুৎ মশা শাংগদবগী হেক্তো মতৌরকই। খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবা সিন অহুবু

মিংকুপ নাহুম শেন্নতুনা য়েংলি। ফান্দা ফম্নম্বদগী মোরা মচাহু চিংশিল্লগা শ্যামাশখিগী মনাক্তা থারে। পৈরপ পৈরপ ফমই। য়েংথোক য়েংশিন তোয়না তৌনরকই। মচু তাবা থুদৈ অরাংবা মতেকতু লেংজুমদগী খরা খরা নাম্বখি। থোইনা চেকশিন্দে, মওং মতৌ লৈবা পাম্বোম মরু অনিতুনা হকচাংগী ঈ শাগৎহল্লি। পাখঙ অতুসু পাম্মুজরবা শওং শাদাতুবু মিতানা য়েংলগা হায়রকই— ঙসিগী ক্বাসিদি কোক ঙাওগ্রেদা, করি ময়ান হাপই? ইহুক হুকথরবা ফিতু খরদং চিঙ্খৎলগা কেথ-নৌথরতুনা শেম্লবা খোম্থাংদা হায়রকই, করিবু হাপকনিগে, ঐখোয়দি উপাই লৈজদবনিনা ময়ান তুয়ান হাপ্তুনা মীবু খরা ঙাওহঞ্জবনিদা, হুংঙাইবীদ্রব্রা?

—থরায়নবু তঙ-তানা ঙাওহনবীরকলবদি ঐখোয়বুদি ব্রায় ব্রাদে থিদনা তপ তাবমখৈ ঙাওজগে হায়রিনিদা।...... ফুরিৎতু চাব্রা, লিৎলকউনা অমুক্তা য়েংগে কৈদৌই?

—মিংয়েংগী নাপ্তি ওম্বোক্সা হৈরমগ্রে, নাপ তম্ফম্বু য়ামগ্র-মাল্লেদা। চপ চায়, থবাক্তি খরা চিন্তক তাই, করিগীনো ঙকশম্না অতুক লাওনা কোখোকহল্লকইববু।

—মতুম তৌরগা হেন্না পকচগদবোই নিংই, হয়েংদি লিৎলকউ, অমুক্তা য়েংগে। তাঞ্জাতুদা নোংসু ব্রা-ব্রা হেক চুখৎলক্লে। ইশা পুম্বা পুমচোৎ চোৎলে। লিলা ফালা য়েংবদা লোইদনা হনবসি ঐদি কয়া হৈনদে। চোৎলবসু চোৎনা হান্নগী ফীভমদগী ইকায় কায়দনা অতুম ফমলি। মমায় মমায় লৈশিন্নখিবগুম তৌই। করিবু তৌনরিবনো মশাশিংসু ফম্না ফম্না ইনপ নপশিন্নখি। থবাক্তী মিহুন

কম্না চোংখৎলকই। হকচাং পুম্বা কোঙ কোঙ শারকই। চেনশিল্লগা মকোক্তুম থুগাইরুরসিরা অমুক খল্লি। তপ্না তপ্না নিংশিঙলকই, "য়েংবদা কল্লু"। মিহুনসি হেক য়ান্নিবমখৈ ফাথরগা মিৎকুপ্তুবমখৈ অমুক য়েংলে। নিংথিরবী তুংয়ান্দুদা পাথঙহুপী মখুৎ অনিমক কান্নন চনখ্রে। ঐহাক য়েংবা ঙমশিল্লক্তে, ইহে, কনানো অমনা থাওমৈছু পুরা লৈথখ্রে। করি করি তৌনরিবনো হায়বহু তশেংনা উদ্রে। নোংনা অরৎ-অথম লৈতনা চুথরকপনা মিৎসু নিংথিনা পাঙবা ঙম্লকত্রে। করিনো, গ্রোঙ গ্রাং লাউবা মখোল অমসু তারি। তুম্মিন তুম্মিন, মুরুম মুরুম শোন্নরকই। কয়া শেংফাত্তনা তায়। অমনা-সে খিত্তং ··· ··· ···, অস অঙাং মানখ্রে। ঙাইহাক লকক্ তৌরগা অমনা অমুক— অস! হৈনদেসে, তুক্কচৈ, অয়ো ইমা, হিংচাবসিদি। অত্তুদগী ঙাইহাক্তি তুম্মিন অমুক লৈখ্রে। মরক মরক্তা তায়, স্বর শাংনা, শাংনা হোনবগী মখোল, ইক আক খাংনবগী মখোল। খরা কল্লপ ঙাঙনরকপা—করি তৌরগেনে শিবো ?

—কৈস্সু তৌদে, থাদোকওসে ! ··· ··· ··· হিংচাবা।

—ঙাইখোমি, করিনোনে মসিবো, ৱাব্রনে ? ইটৈ নৈশিন্না থুমলকই।

—ৱাবুদি ৱাদে, শোরোক মপালনে······।

—নোং মরকাসিদবু কনা চৎকনিগে······ ?

ঙাইহাক তুম্মিন অমুক লৈনৈ। ইক-আক শংনবা অমুক তায়। স্বর মপী হোল্লি, অমুক মুরুম-মরুম শোন্নরকই। ঐহাক তাবা ঙমশিললকত্রে। ইমম মমই, খনফম থোক্তে। খন্দ খনজিল্লুরগসু

শ্বাই-শ্বাই লাউই। ইন্দ্রকুমারবু খংনিং নিংশিঙলকই। ঐদি ইচোৎ চোৎনা লাক্লে। মখোয়দি করি তৌনরম্মিদনো খঙদে। ফি-রোল হোংদোক্লিঙৈদা মমানা লাউখিবা তাই—হো···ইবেম্মা পোৎ থাংজিললসে। ফনা কুইনা কৌখৎলকই, হুংদাংতুদা। খুমদি শুকখুম খুমলক্তে। ঙাইহাক লৈরগদি ইন্দোলদু লাক্লগা হায়ররে—শ্যামাশখি চেনখ্রে।

নোংঙাল্লগা খঙলে, থেঙনা-থেঙনা ফম্বা হুপাতুদা শ্যামাশখি চেনখ্রে। হুমিৎ তরানিমুক হৌখ্রে, মনা মনিল ইনায় নায়নদবগুম তৌই। অঙাংনা মবোক্কা লৈহৌই। শ্যামাশখি চেনখিবা মতুংদগীদি ইন্দোলসু লুকমাই ফমখিদ্রে।

ইন্দ্রকুমার পাউদু তারদুনা লাকপা ওইরমলে। পুং ৮.৩০ রোম তাশিল্লম্লে। অস! করিনোনে তৌরিসিবু, চাসু থকত্রে, মীনা উরদি ঙাওরেবু হায়নপ্রনি। ফুক হৌগৎতুনা য়ুমলোমদা লাক্লে। ইন্দ্রকুমার, মচানুপাদু সাইকলদা ফমহল্লদুনা থোরকই। মমায়দি ঙাংসং ঙাঙনা, নোকমি নোকমি কৌরকই—হৌজিক ফাওবা লৈবিরম্লি······? ঐসু—হোয়, হায়না অতুম খুমখি। চা থক্কে হায়দুনা পায়রকপা পৈশা ৩০ খক মচানুপাগী মখুত্তা শিন্নখি। নিংথমথাগী অইংবা কুংশিৎতুদা ঐগী ৱাখলসে ফল্লবগুম তৌরে। ইন্দ্রকুমারদি চৎপ্রে, ঐদি হৌজিক ফাওবা উংহৌরি। ওম্বোরসু মফাং-মফাংইদা, মীওইবগী পুন্সিসে। কনাবুসু ঙাইবিরমদবা মতমগী ঈচেলদা পুন্সিগী অহোংবা খিবিক লেপ্পা লৈতনা তাউথপ্রে। মাঙ্গোলদা ইন্দোলদু কপলমই॥

ইম্ফাল

২৬ জানুবারি, '৬৬, রিপব্লিক ডে।

# ৮

# ঈপাকথক্কী কোঙ্গোল !!

শাহরগী নিল খোংবা মরক্তা লৈরিবা মশা নানবা, কার তোংবা বাবু ভায়াশিংডুনসু অহংবা নুংশিৎ শিৎপা, হৈনম লৈনম্না চুরবা খুঙ্গংগী চিক্লবা লমদমবু মতিন চোবা মখৈ কল্লকই। অতুগা অমুকসু চম্না লেঞ্জখ্রবা খুঙ্গংগী মীশিংডুনসু অতক নিল খোং-খ্রবা, শারবা মফমদুবু হায়ফম খঙদবমখৈ কল্লকই। মসি করিননো? ওইবতাই, মীওইবদি পেনবা নাইদে। পেনবা নাইদ্রবা মীওইবনা পেন্নবা লেম্বদি অন্নাবগী মশক্তি। ইশাগী পেন্নবা হোৎনবদা, খোঙ তেকপা, মিৎ তাঙবা, তাইবং মীনা নাচুংদে। পেন্দবনা লমজিংডুনা মীওইবনা মশাগী মোংফম মশানা তৌজে। ঈথৎ মচা অমতগী মপু নেপোলিয়ন্না পৃথিবী পুম্বগী সাম্রাট ওইগে খনখি। "নিংবু নিংলবদি থোক্লবা অমা লাকই—চাউরবা লৈবাক খরগী মপুদি মাসু ওইখি। অতুবু পেনবা নাইদ্রবা মাগী ৱাখন্নদি করি খনগনি। অতুমক্তনা

মমল য়াম্লবা পুন্সিগী শরুক খরদি অরেম্বদা শিবা ঙাইবা ওইনা লেনখি। সিনি পেন্দবগী দশা। তত্তনা হায় অখঙ অহৈশিংনা খঙহৈবনা থল্লবা নাপলগা লোয়ননা "খরতনা পেল্লু"। অদুবু কনানা কনাদা হায়রিবা অদুগা কনানা কনাবু তারিবা ?

ঐহাক মোইরাংদা পোকপনি, ইমা লৈত্রে। অঙাং ওইদ ওইরিবা ঐগী থম্মোইদুদদি ইমা লৈখিদবগী হুংশিবদু থোইনা ফাওখিদত্রা নিংই। অদুম ওইনমক মতম পুম্বদা নোক খেগদবগী শেম শাদুনতা লৈরম্বা ঐগী শকফম হুমিত্তুদগী পুমহোং হোংখি। চাম্লগা থকলগা, শান্নদুনতা লেম্লম্লিবা ঐনা হম্বনা য়েংলুবদা কনা উখিদে। পুন্সিসিবু ঐনা কিনা য়েংই অদুগা ঙকচাননা উই। তশেংনা হায়রবদা হুমিত্তুমদি ঐহাক জ্ঞান মেন অমতা তাখিদে। মাইবনা খুৎ হেক থাবগা ময়াম কপ্নরকপত্নুদা ঐসু কপথোকখি। কপ্লিদগী কপনিংদনা কপখিবনো হায়বদু ঐহাক তশেংনা খঙখিদে। কপ্পদা মখোল তারবী অবোক্লা ঐবু কোক্তা নানদুনা থেম্বি। ময়াম্না ইমাবু থাংদোক্তুনা থোকখিবদু অবোক্কা ঐগদি য়াওখিদে। ইমানা ফনা কুইনা হিপ্লম্বা কাদুদা অত্তম কপলি। কপ্পা কপ্পা অদুম তুমথোকপ্রমান্নে, ঐনা হৌগৎলকপদদি নোং ঙাল্লম্লে। য়ুমদু ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। পুক্লিংসিদা করিনো অমত্তং ইরাৎ ব্রাৎপগুম তৌই। অরাকপা মী খুদিং অদুগা য়ুমগী মী খুদিংদু, য়েংলু য়েংলুবদা অরাবগী শকফম ঙাক্লা। হরাও তয়াম্বদা পামজবা অঙাং ঐগী থম্মোইদা হায়কম খঙদবা অচিকপা অমা ফাওরকখি। ময়ামদু উরুব্রগা য়েংলুবগা পুক্লিংসে ঙাইহাক্লা লৈতাকম খঙদে। অদুবু খরা

শাফখিবদি মতমতুদা ইমা লৈখিদবগী অরাবতু ঐগী থম্মোইদা চপ-চানা পাল্লদবত্নি। অরাকপা খুদিংনা মাঠাই থরা, কবোক থরা পীজবতুদা ঐহাক ওস্থোক্লা পেনজ্জে।

মখল কয়াগী মুংশিবনি। হৌজিক্তি ইমাবু ঐনা কয়াদা মুংশিনা নিংলিবা। মপুং ফানা থাইথিরমত্রবা মুংশিবতুনা ঐবু থোইনা হেন্নতুম রাহল্লি। কেকু লোৎপী শান্নরিগৈ, ফিবুল-হাবী শান্নরিগৈ অমাং কোইরেং তান্নরিগৈ, মতমদি মুম মুম হোদোকখি। ফীরোই-নচিংবা শোনবগী মতাংতুদদি ঐসু জ্ঞান থরা তারে। মতম অতুরাই-দগীনি ঐগী থম্মোইদা তিং-তিং পাল্লরিবা ইমা লৈখিদবগী অরাবা। অরাবা মুংঙাইতবা খিবিক অবোক্লা য়াম্না হৈনা ফাথবি। ফীরোই ময়াদা নোংমা নিনি লৈরুবতুদগী হেন্না ঐহাক নোংমতা পাজিগী মনাক্তা চৎলুদে। অবোক্কীদা অতুম লৈ। অবোক্লা ঐবু ওস্থোক্লা লুনা তৌই, অবোকপুসু ঐনা কয়াদা মুংশিবা। অতুবু জ্ঞান ফনা তারক্লবফাওবদা ঐহাক্তি মুংশিবা অনিথক্তি খেন্নবা পুথোকপা ঙমদ্রি। অবোক মুংশিবনা করি, লৈখিদ্রবী ইমাতু মুংশিবনা করম্বা? খঙদে, ঐহাক তশেংনা মমই।

নোংমা মুমিদাং তুম্নমদাইদা অবোক্লা হায়—নঙদি নমা অমতুগী মনাক্তা চৎনিংদ্রা? অবোক্কী রাহংতুদা তশেংনা ঐহাক ঙকখি। ঐনা খল্লি—ঐগী ইমা অমসু লৈরিদ্রা? থরা লৈরগদি তশেংনা খঙলকখি—ঐথোয় পাজি মুপী অমা থিরে। ফনা কুইতুনসু ঐবু ইথ্বাই মুংঙাইখিরোই হায়থদগী হায়দোক্লমদবমি হায়বতুসু হৌজিক্তি খঙলে। নোংমদি পাজি লাক্তুমা অবোক্তা ঐবু পীযু; মছেমশিং

শোথবা তারে হায়ররে। অবোক্তু মতমত্তুদা ঐনা মরিল লৈতবী পাঙ্গল শোনবীনি নিংখি। ইকোম কোম্না ঐবু পাজিদা শিন্নবিরে। মতমত্তু থাঙ্গৈশেংনমক ঐদি অবোক্কী মনাক্তগী হেন্দোকনিংখিদে। চৎলমদাইদা অবোক ঐখোয়নি পঙকপ কপমিন্নরে। হৌজিক্ত হুংশিরবী অবোকস্থু কায়নরেদো। অঙাং ওইরিবা ঐগী থোপ্তা অরা-হুংঙাইতবগী মমি কয়াসে মশিং খঙদনা তাথ্রবনি। তুরেলগী ঈচেলবুদি চাউরবা পাং অমদা তুংশিনবস্থু য়াই অত্তুগা মতমগী ঈচেলবু মিৎকুপ অমত্তং ওইরবস্থু থিংবা কনানস্থু ঙমগদবা মরৈত্রে। ওইথোক্লবস্থু ঐতদি য়াই মহায়থ্ররোই। থ্রক্ থ্রক্ কংলম্লবা পুথ্রি খোংবাল কয়াস্থু ঈশিংনা ঈমাই চোনথ্রে। লৈহাও লৈরেন, কবোক্লে খমজিল্লক্লে। সনারৈ, শিঙ্গারৈ, থবো, থম্বাল খিবিক মনিং মখা তম্লক্লে। পীকথ্রবা ঘড়ীদগী তেক্ তেক্ লাউনা থোকখিবা মখোলগা ঈরোইননা শাংলবা চহি অমা খরা কন্তক হোদোকথ্রে। ইমাতোনগী মনাক্তা ঐহাক লৈরক্লি।

মফমত্তু অবোক্ক খরদি লাপ্লে। চৎথোক চৎশিন্দা মতম য়াম্না চঙববুদি নত্তে। ঐহাক পুঙকক চাউরক্লে। ইশাগী ব্রাখলদা তোংত্তুনা অচুম অরান লেপ্পস্থু ঙমলক্লে। ইমাতোন্বু ঐনা ইমাদা ইমাদোনা খল্লি। ইমা লৈতবগী অরাবত্তু মফমসিদস্থু খরামথৈদি কাউথোকপা মঙমই। হৌজিক্তি পীক্ত পীক্লিবগুম অত্তুক হাক্লা শান্ন-খোৎনবস্থু তৌদ্রে। ঐহাকস্থু ক্লাস নাইন্দা তমলি। খরা লৈরগদি ইনাও অমা ফংজরে। খঙহৌদনা হোংলকপা ইমাতোনগী লমচৎ শাজত্তুদা ঐহাক ঙকপনা খম থেংই। মমাংঙৈগুম ঐবু থোইনা

য়েংশিনবী.দ্রে। লোয়ননা ঐগী ইথৌসু য়ান্না কুংশিল্লক্লে। চাক থোংগদবনি, ফৌ শুগদবনি। তপ্পা-তপ্পা খঙলকখি, ইমাতোন কনানো। চহি মতাং অতুগী অংাং ওইতুনসু অরা অনাদি খরা তোয়না থেংনরক্লবনিনা ঐহাকসি রাখল খরদি খনগল্লি। ইমাতোন্না ভৌ হায়বত্তু হোয়-মাই হায়দনা অতুম ভৈই। অতুম ওইনমক ইবু'ঙোচৌববু খজিক্কুং শোক্লু বগা য়াবা নত্তে। ইমাতোন্না তৌবি-খিবা কয়াদো হৌজিক্তা মাংসিদা শঙ-শঙ উররে। থেঙলবা অহিং কয়াদা ঐনা মপান্দা লোন্না থোকপা, ইমাবু নিংশিঙতুনা কপখিবা, লাইরৈবাক্তা য়াতাগ্রবা ইমাতুনা উবিরমগদ্রা? মতু খন্বতদা রাফম অমা ওইতুনা তোকখি। খল্লু-খল্লুরগা তৌফম খঙজিল্লক্তে।

ফনা চাউরবা ফাওবা অবোক্তা ওইনবদি লেপ্তে। অবোকী পাউতাক কয়াদগী ঙসি ফাওবদা ইমাতোনগা লৈমিন্নবা ঙমলিবনি। লৈকাইগী মীশিংনফাও ঐগী মঙংসিদা চুক্লবা য়াওরবনি। ঙসি ফাওবদা খংনা-চৈনবা অমত্তা থোকত্রি। চৈ-থাংলবসু খুমগদবা ঐনা খুম্বিদ্রবতুদদি মথন্তু লেপচখি। পূন্নমকী মরুদি অবোক্কিকো খন্নদা ঐহাক ইতোমতা অবোকপু নুংশিবনা শুক্মৎখিতুনা ঙাওজৈ। পাবিরিবশিং, মতাংসি য়োরকপগা লোয়ননা ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিসু লাকশিনবা লোইজরে। মতুংদা করি থোকগ্রবা অমুক খঙবিরসি !!

খেনক্কম ফত্তবদা পোকপা লাইবক থীবা ঐহাক্কি। লাক্লিবা তাং ২৮ সিদগী পরিক্ষা হৌগনি। অবোক্না তত্তনা হায়— সুখির লাইরিক কন্না ঔরাইয়ু! মী ওইনবা হোৎনৌ। অঙাং ওইদ

ওইরিবৈঙেত্থদদি "মী ওইনব হোৎনৌ" হায়বা য়াফমসে কয়াদা ঙক্না থোকখিবা, ওঃ হৌজিক্তা ভাব ভারক্লি। অবোকপু হুংশিবস্থ হেনগৎলক্লি। অচুম অরাল থিনিংলকপা মতমনি। খনখি— লাইরিক্তনা মী ওইগনি হায়বগী য়াফমস্থ লৈতে। পৃথিবীদা ফাঙ-খিবা কয়াগী মহুংদস্থ লাইরিক হৈতবা কোঙ্গাই অমনি, মী অমা ওইনবগী য়ুমফমদি মশা মশাগী শিনফমদা লেপকদবনি। লেপপ্রবা শিনফম অমা ওইনা, হন্দক্কী পরিক্ষাসিদি লাম্বোকহৌদবা য়াদে হায়ত্থনা লাইরিক্তা পুক্লিং তশেংনা চঙলি। অবোক্লা হায়বা খিবিকপু ঐনা কিনা খঞ্জে। মতম্ন হৌখিবগা লোয়ননা পরিক্ষাস্থ লোইশিনগ্রে। শোয় ঙামখিদব্রা নিংই।

ঙসি নিনি হুন্নি লৈরগদি পাজিস্থ থোরক্লনি। য়ুমসিদা হেক লৈরকপদগীনা ঙসি ফাঙবদা পাজিনা য়ুমদা হুমিৎ ১০ নি ৫ নি ফানা লৈবা থক থেংনরকত্রি। শিনফমত্থনস্থ অয়াম্বা য়াদত্থনা ভৌবা ওইরিনি। ঐ খঙই, পাজিনা ঐগীদমক্তা, ঐবুতা পেন্নবা কয়াদা হোৎনবা। করিগুম্বা ঐনা হাইফেৎ তুকথনা লৈরিবৈদা থেংনবগা য়াওরবদি মথাই শোক্লা ঐবু থেমজিনজে। পাখং ফারক্লবা ঐবু অঙাংদা অঙাংদৌনা খল্লি। পাজিনা নিংলিবা, খল্লিবা পুম্নস্থ ঐদি হোদ্রোং উরি। ঐগী ফুরিৎ অমা লৈবা খুদিং ইমাতোনগা পাজিগা অমুক্তা ওইরবস্থ ঙংনবদি শোয়ত্রবনি। মরমত্থমক্তনা ঐস্থ য়ুমদা থোইনা লৈনিংদে। অস্নিগুম্বা মতমসিদদি অবোক্কীদা হেক্তা মচৎলে। নোংমা হুমিদাংবাইরম অবোক্কাদা চৎলুই। ফনা কুইনা ফমলে। মনাক্তা চৎপীরুবদা অবোক্লা হয়াওজবদি মহানি। খুইরবা

মমায়দু ফল্লদুনা, মথ্বাই হেক তাবমখৈ নোকতুনা ব্রারী শাই। অবোক্লা হায়রকই—নখোয়দি ইম্ফালদা হোংখিদোরে হায়না? তশেংবদি ঐহাক ব্রাফমতুগী মরীদা কব্রিস্সু খঙদ্রিবনি। মহৌশাগুম্বা ওইরগদি পেন্দবা কয়া পুথোকতুনা ব্রাফমতুগী মরীদা খঙবু খঙলবস্সু খঙবু খঙদ্রবস্সু ব্রাকৎলমগদবনি। অদুবু ঐহাক হৌজিক্তি মহৌ-শাগুম নত্রে। অদুগা ইশানা খঞ্জদুনা অফ-ফত্তা থিবা হায়বসি ঐগী হৈনবী ওইরবনি। ব্রাফমতুগী মরীদা কয়ারক হন্না খল্লে, লংলা লংজিন অমত্তং ফাওবা পুথোকপদি ঙমদ্রে। ইমাতোনস্সু ফনা হৈনা শিনজবোইরেকো খনবদা ইতোমতা ঙকচৈ। চহিনা লুম্লবা অদুম ওইনমক ব্রাখন্না তাদুনা শেমলবা অবোক্লি। ঐনা নিংলিবা খুদিং মাদি খঙলবনি। হুমিৎতুদগীদি অবোক্লা ঐসিবু জ্ঞান খরা তারে নিংশ্রমাল্লে। মঙৈ নিক্লা-নিক্লা অঙাংনা তানিংগদবা ব্রা কয়া ঙাংবদু হুমিৎতুদগীদি লেপখ্রে। অদুগী মহুত্তা হৌজিক্তি খন্ননিংঙাইনা থল্লবা ব্রারাঁ ঙাক্তা তৌনরে।

অবোকখোয়দবু চৎলুরবদি খরা থেংনা হেক্তা মহল্লক্লে। ঐনা তৌরিবা, চৎলিবা লমচং শাজংতি ইমাতোন্না মীকুপ নাহুম কাংদনা য়েংশিল্লিবনি থেঙনা হন্দিল্লবপা খুদিং, অবোকখোয়দা চৎলুবদগীনি হায়বসি ইমাতোন্দি মিংকুপ অমত্তং থম্বদা হেক্তা খঙই। লুরিবনা অবোকখোয়দা চৎলুই হায়বসি খঙশ্রবদি কৌবা-শকপগা পাক হেক খুম্বিপোৎ নত্তে। ঙসিদি অবোক্ক ব্রারী শাবদা খরা থেঙদোকপ্রে। হুমিদাংনি। থাবল য়াম্না ফৈ। ঐহাক ইচিং-চিংনা য়ুমলোমদা ল্লাক্লি। ঙসাই অবোক্লা হায়খিবা—নখোয়দি ইম্ফালদা হোংশ্রনি

হায়না—হায়বসিতা হন্না-হন্না তাত্নুা লৈরে। কাইনথংদা ব্রাখল অমদি লাম্বা ফংলে। ঐখোয় ইমাতোনসি ইম্ফাল নিংঙোলনি। ইমাতোনগী মরমদা ঐহাক থোইনা খঙলুদে। অবোক্লা হায়খিবা অমসু লৈ—নখোয় নমাসিদি মহা ওক্তবীনি, খ্বাইরম্বন্দ মপান্দগীনি, মপা লৈত্রবনি। মমা লুখ্রাবীত্নুসু মীওই লাল্লুপ কয়া চাদে, মখোঙ নাম্মা চিংবনি। নখোয় নমাতোন্না ক্বায়োনফম ফম্লগা ইমুংত্নু পুরম্বনি। ঐসু খল্লি, কৈথেন্দা ক্বা য়োনবীনবু কয়া জুগোৎ চারমগনিগে। মমা লুখ্রাবীত্নুদি ঐসু মশক মুন্না খঙই। কদাইদা শমক্রু থুংই হায়বফাও খঙই। করিনা হাপ্তা কাংদনা লাকপনা। মাগী নোক্লিংদনা নোকপ। রাশী য়াওদবা মীনোকতু ঐঙোন্দদি করেম্নবগুম থোকই। মাবু হেক লাক্লবা, ঐহাক অত্নুম থোরক্লে। ঐখোয় ইবুংঙোমচা হেক পোকপদগীদি লাকপসু খরা তোয়শিল্লকখিব্রা নিংই। অরাক খুদিংগী ইশুগী ফুরিৎনি, ইশুগী খোংগ্রাউনি হায়ত্নুা পুরকখিবসিনা মশিং খঙদে। স্নাগী লীক মরীকাসু তৌরকইপোৎনি। ঐহাক তশেংনা ঙকই, লুখ্রাবী মানসু তৌজবা শারিসে! অরাক খুদিংগী ফৌ শংবাই অমা, চেং লাইতং অমা পুখিবদি লেপ্লে। মমা মচানা তৌনরিবা পুম্বসু চাউশিল্লকপগা লোয়নননা অসুম অসুম খঙলকই। ইতোমতা লৈবসি অহল ওইশিল্লকপসিদা হুংঙাইত্রে, নখোয় ঐবু খরা কোনবীররো হায়না ঐখোয় পাজিদা হায়বা অত্নুগা ইমাতোন্নসু পাজিদা তকসিনবসি ঐসু থেংনরবনি অত্নুদা মরমত্নু মুন্না খঙলুদবগী ব্রাদনি। অবোক্লা হায়খিবত্নু হৌজিক্তা ভাব তারক্লি।

ঙাংবা শকপা ময়ামত্নু তারনি খম্বদা ওম্থোক্লা তম্না চঙলকপনি।

এঃ ঐখোয় পাজি লাক্লমান্নে, মহাজন বাবুগী গাড়ি অচৌবত্থু থোঙ্গান্দ লৈরম্মি। পাজি লাকলে খঙলবনিনা ঐসু ইমুং হেক হুংঙাইনা চংলকপনি। দাবিদা খোঙ নামা হেক থাঙ্গৎপগা ইমুংদা ব্রারী শানবগী মখোল তাই। ঐনা হেক তৌরিবমখৈ ইমাতোন্না য়েংশিন-বগুম ইমাতোন্না হেক তৌরিবমখৈ ঐসু য়েংশিন্নিংই। তুম্মিন্না চংলগা থোং মরুমদা লেপলে। পাজিসু থৃংলবদা ঙাইরমলি। ফি হোংদোকলিব্রা কৈনো অমা তৌরি। ইমাতোন্না হায়রকই, চাক শঙলোমদগী মাল্লি— শিঙন শিঙ চাক্তবনে, নচানুপাতুসু ঙসাইদগী চংখিবনা হৌজিক ফাওবা হনজিল্লক্তি। ঐহাক তুম্মিন তারি, মীহুনসু তিং-তিং চোংলি। ফি-রোল হোংদোকলগা পাজিসু ফুনাক্তা ফমলি। পাজিনা হায়রকই— মবোকখোয়দা চৎলমগনি!

—নোংমতা কাংদে, মবোকখোয়দা চৎপনা, অঙাং অপঙবসিদা হন্থবীতুনা ব্রা জাৎ-জাৎ হায়জিন্দুনা মানা ঐবু করিমত্তা উশিক্তবনে।

—হেরা, তানিংদে তুম্মিন লৈয়ু চাক্তুম লোইরো! মাবু পরিক্ষাতু পাস তৌরম্লবদি হুংঙাইগ্রনিদা। ডিমাপুর হেক য়ৌবদা পরিক্ষা হায়দোকলে হায়তুনা খবর অমখক লৌরকপনি। মাগী রোলসু খঙদে।

ঙসাইমখৈ সুম তুম্মিন্না তারম্বদগী পরিক্ষাগী ব্রাফম য়াওরকপতুদদি

—কদাই খবরদি—হায়না পাইশিননিংলবনি। ব্রা মখা খরদংগা তানিংলি। তশেংনা ঐহাক ঙকই! অসুক কুইবসি ইমাতোন্না ঐগী মরীদা অফবা ব্রাফম অমত্তা পকশিন্দুনা ঙাঙবা তাখিদ্রি। ইমাতোন্না নংহৌররোই মতাগুম হায়রকই— অসঃ পরিক্ষা

হায়দোকলে হায়বা, ইবুংঙোস্নু য়াওরম্লবদি হুংঙাইনিদা,······মাস্নু সিদগীদি কলেজ কাদোরবনিনা········· । মানবু আদা লৈরবদি ঐখোয়স্নু য়ারেদনা। ইমানা হায়রকলিবস্নু কুইরবনি। মথ্‌ৱাই হুংঙাইরম্লরোই, হন্দক্তি কৈদোরবনো, লাকখিদ্রে, মঙস্নু হুংঙাইতে।

অহানবগী ওইনা খোঙ মরুমদগী ইমাতোনবু ঐনা হন্না হন্না থাগৎখি। অতৈ অমত্তগী নত্তে—"পরীক্ষা ঙমলক্লবদি হুংঙাইনিদা" হায়বত্বুগীনি। হৌজিক্তি তান চারে নিংলত্থুনা শুমাং ফাওবা অমুক হন্দোক্লগা হুই খোংত্থুনা চঙলক্লে। ঐগী ইখোল তাবদা তুম্মিন তুম্মিন লৈনখি।

পরীক্ষাস্নু পাস তৌরে। ঐগী লাইরিক মখা তমথবসিনা ইমুংগী রাফম অমা ওইরে। পাজিনা হংবদা ঐস্নু মখা তমথখিনি হায়না অত্থুম থুমখি। ঐনবু হায়রবদি লোই'রে হায়ত্থুনা লৈজরিবা পাজিনি। অত্থুবু হন্দক লাইরিক তম্বগী রাফমসিদদি পাজিস্নু খরা রাখি। তশেংনা হায়রবদা পাজিদি ইমাতোনগী মপামদা হোঙ্গত্থুনা লৈবা হায়বত্থু শুকপাম পামজদবনি। তৌবগীদি ঐস্নু হোষ্টেলদা লৈবা ময়াবনি। অত্থুবু ইকুই কুইদনা খোকখিবা হাৎন-শুনবগী রাফমশিংত্থুনা পাজিবু থক্কৎহল্লি। দণ্ডিনা য়াপ্রত্থুনা হোঙ্গৎপদা তারে।

হয়েং চৎলগনি হায়বত্থুগী ঙসিগুম্বদা ঐহাক অবোক্লা চাক্লোত্থুনা চৎলুই। রারী মখল মখা কম্না শাদরে। পাউতাক কম্নামরুমস্নু পীরকই। অবোক্তি থাঙ্গেশেংনমক ঐবু মনাক্তগী খোঙ্গাপ অমফাও থাংদোকহল্লিংদবনি অত্থুবু ইহৈ তম্বা চৎপসিগী রাখন্দা হরাও হরাও বীদাই পীরকই। অবোক্লা লোম্না কপখিবত্থু ঐহাক উদি উহৌর্‌।

ঐন্দু পি মরিক অমা অনি থংন-থংননা তাখি। কায়নবগী শকফমত্তু কুইনা য়েংনিংঙ্গত্তুনা থুনা লাক্লে।

মতম কুইনদগী তিন্নরকল্লবা ইমান্নবা, ইচে-ইচল, লৈকাইগী ইয়াম্বা, ইপল কয়ামরুম্না ঐখোয়বু থিন্দোরকই। ময়ামত্তুগা ওন্নশিন্নহুনা পঙকপ অমুক কপমিন্নরে। মতমগী মতুং ইন্না কায়নরগদবা য়ুমত্তুদগী খোংকাপ অমফাও পাক হেক কাম্বোকপা ঙমজ্রে ময়াম তিন্নরবা হায়বসিনদি ঙাঙনিং শক্লিং ইপন্ন হেক পন্নদে। খরনা হায়নখি—"মুপীসি হেক লাকপদগী ইমুংসি মথঙ্গাও থোক্ল হেক ওল্লিদ্দা।" ময়ামগী ফীভমত্তু য়েংনিংঙ্গত্তুনা ঐদি গাড়ী মন্নুংদা চঙলগা অত্তুম ফমথয়ে। পোকপদগী ঙসি ফাওবদা পিনৌরক্লা ইশরুক ওইজরক্লবা ঐনা মুংশিরবা মরুপ-মপাং শাগৈ-নাতৈ কয়াত্তু য়েংজনিংথিদে। গাড়ী স্টার্ট তৌরে। হেক য়েংথোকখিরদা উরিরা ঐখোয়গী য়ুমত্তুনা তরক তরক লেপহৌবত্তু ঐনা কয়াবু কুইনা য়েংবা ঙমগনি। গাড়ীনা চংলকপগা লোয়ননা অমমমত্তা ওইনা ক্লৈহৌই পীশক পীক্লিডৈদগী চেন-চোংত্তুনা শান্নরকলবা লম্পাক মচা, চহি কয়া ওন-থোইনা লৈরক্লবা স্কুল। খুদিঙ্মক ঐবু য়েংনিংদত্তুনা পৈথোক শুকতোক্তুনা লেপহৌরে। পুম্নমক্তু য়েংবা ঙমজদ্রবা ঐনা মিং উইশিন্দুনা থাঙখি। পুম্নমকপু ঐনা লাপ্পা বীদাই পীখিরম্মী।

কলেজদা শোয়দ-ঙামদনা মিং চল্লে। অহানবদদি মত্তমত্তু ঐচোন্দা ওম্বোক্লা হৈনরমদে। মমিং তুপ্পা ঐহাক ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমত্তুদগী হেন্দোক্লে। কলেজ কাপ্পরা অমা খরা ক্লৈ,

নত্তত্না ছুটি ওইবা হুমিৎকসিদি ঐহাক ওম্বোক্লা রাই-চিন্না লেপ্লি। ঐগী ডোরিদগী মনিং থুংজরবা ইমাতোন্নদি হন্দক মরকসি ঐবু খরা লুনা তৌবিরি। কয়াম কুইগদৌরিবনো হায়না ইতোমতা খল্লি। মরমসিনা ঐসু খরা হৈনা চত্তবা য়াদ্রবনি। থা'মুক লৈরগাদ ইমান্নবসু খরা তিন্নরে। হুমিদাংরাইরমসু ঙাইহাক ঙাইহাক অত্তুম মকোইথোকই। থুঙ্গং অমসুং সহরগী খেন্নবা মফমসিদা লৈরগতদা খঙলে। তপ্না তপ্না ঐগী রাখলসু হোংলক্লে। ঐনা ফি-রোলদা কা হেন্না থরাই য়াওশিল্লকপা উবদা নোংমা পাজিনা হায়খি— "কান্নদে সুধির, মতম চাদ্রি, মতুংদা লাখ-লাখ লাকখিনি।" ঐহাক ইকাই ইকাইনা অত্তুম তায়। করি তৌখিবা, করমনা লেনখিবা ইখঙ খঙহৌদনা চহিগী পরীক্ষা পীখ্রে। করি গোক্লগবা অত্তুদি খঙদ্রে। লাইবক ফবগী রানি, খরা লৈরগা পরীক্ষাসু হায়দোকলে, ঐহাক ঙমলে।

ঐনা পরীক্ষা ঙমলে তাবদা ইমাতোনদি শাওখিবগুম তৌই। মত্তুগী মরম ঐহাক থোইনা খঙলুদে। ঐনা চুম্নতা নিংবদি— ইমা পোক্তবী অমনা ঐবু কয়াম লুনা তৌবিনিগে, সিদনি। অত্তুবু অতোপ্পা মরম অমসু লৈরম্লে। ঐগা হেক তম্মিন্নরিবা মখোয়গী মৌপ্‌া থোকপা কৈশামপাৎকী, মথুরাগী মচা বীরেন্দি ঙমদ্রে, অত্তুননি। ঐনা মফম অসিদা হেক লাকপগা শক খঙনত্তুনা তিন্ন-খিবদি বীরেন্দনি। মহাকসু ঐগী ইনাক্তা হুতিগী লাকই। ইমাতোন্না মাবু ওম্বোক্লা লুনা তৌজে। খরা লৈরগা খঙলকখি—বীরেনসি করম্বা মীনো হায়বা। মহাক হৌজিক কালগী গুণ্ডা য়ক্‌ লাওবিনি।

হুরানবা, য়ুথকপা, জ্বার শান্নবা মানা য়াওদবা লৈরমদ্রে। কলেজ কাবনি হায়না তৌরিবত্থ নোংমতবু ক্লাস নিংথিনা য়াওবা উদে। অতগা নুমিদাং খুদিংগীদি ঐগী কাদা ফমখৈ ফম্লগা হনখি। ব্রা জাং জাং হায়জিন্দুনা ঐবু নত্তবা লম্বীদা চিংশিন্নবা কয়া হোংলৈ। ঐনা শুকয়ামক য়াবিদ্রবত্থদদি খরা লৈরগা অত্থম লাক্তে। ঐহাক উরগস্থ কৌনিংদবগী মওং অমা তৌই। ঐনা নম-নমত্থনা কৌশিল্বনা অয়াম্বনি। ঐনা খল্লি, মানা ঐবু ন্থংঙাইরমদবা য়াই।

ইমুংগী ফীভমস্থ নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লকত্রে। য়েংলু য়েংলুবদা অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তা ঙায়শিল্লকলে। করিস্থ লৈত্রবা ড্রাইভর মচাগী তলবত্থনদি করি তৌননি। ইমুংনা অত্থগুম্বা ফীভমদা তারবা ফাওবদা ইমাতোন্দি করিস্থ রাবীদনা উই। লৈজবা স্না মখৈ শিজিন্দুনা ন্থংতিগী কৈথেল কাই, কেবস্থ মহানি। মওং মতৌ কয়াসিনা ঐবু চমন্নহনলে। পাজিনা ঐবু থবক অমত্তং তৌনবা কন্না তকশিল্লকলে। অত্থবু ক্লাস মতাসিনা করি থবক তৌরুনি। চম্প্রাসি, নত্রগা ত্থকান্দা ফি য়োনবা, পোং হোনবা য়াওবদগী হেন্না উপাই লৈরোই। পাজিনা নোংমা ঐবু কৌশিল্লগা হায়—"লৌত্থ য়োনগ্রে, ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমফমসে হান্না মীগা মূক্লরম্বা ওইরমালে, নমানা কপত্থনা হায়জরে……… তৌবগীদি হৌজিক্তি ঐখোয়গী শেংলবনি।" লৌ খরা লৈজবত্থনা মনা মনিল নাইদবমখৈ লৈজ-রকলিবনি। হৌজিক্তি মত্থস্থ চৎগ্রে। করিনো তৌগদবা? ঐহাক তৌফম খঙদনা অত্থম্মক লৈরে। ইমাতোনগা পাজিগা অনিগী মরক্তস্থ খেন্নবা কয়া লৈরকলে। ঐনা'স্থম খনবদা ইমাতোন্না

পাজিবু কয়া থওইবীদবগুম তৌরকলে। পাজিবু উশিংপগী মওং মতৌ ইরৈ লৈত্রে। করিগুম্বা কান্দা কেথ খোংথতুনা লৈনরম্বস্ ঐহাক অহুম-মরিরক থেংনরে। মতুনা করম্বা শকলোন ওইরিগবা হায়না খনবদা ঐহাক মমই। হৌজিকপুদি খঙলে. হুপী খুদিংমক্কি হৌনশা ওইরগস্ অয়াম্বনদি তৌনরমলোই……মতমতু পাজিগী তলব ফংবা মতম ওইরমগদ্রা খললি।

নোংমদি বীরেনতু ঐখোয়দা লাকই। নিংঙোল চাক্কৌবা হুমিং মরিনি ব্রাংলিঙৈগী মমাংদনি। ইমাতোনবু মখোই খুরানা চাক্কৌগনি হায়বগী বার্তোন লাকলিবনি। ইমাতোনদি হরাউবনা পুমলাঙ লাঙলি। অমুক্তোইবা চাবু লোনখৎপনে, কৈদৌবনে মহানি। হুমিগুদা বীরেন ঐগী কাদা চঙলকই। ঐবু তরাম-তরাম কৌরকই—সুধির করম করম তৌরি? ঐসু—এঃ বীরেন, কৈদৌবা লাকইনো, অস॥ হুংঙাইবি। "লাউ ফমথিনি" হায়না কৌশিন্দুনা ঐগী কাদা ব্রারী শাই। নিংঙোল চাকৌবগী পাউ হায়বা লাকপনি খঙবদা ঐসু খংনিং নিংশিঙলকখি, নোংমা অবোক্কী মনাক্তা চৎলুবদা হায়রকপতু। অবোক্কসু ঐবু চাক্কৌবীদৌরি। ব্রাকমসি মঙোন্দসু তমথোক্কে নিংখিবনি অতুবু মাগী মতৌদুদা ঐহাক ফুমজিন্দুনা থমলে। মহাক্তি হাথু-হাগু অমুক হমখ্রে। ইমাতোম্না মাঙ্গোলদা লেপ্লগা লাউহৌই—দক্ষিনাদি কন্নিনি হায় ……বীরেন? অমতুদি তাখিদ্রমানে, খুমলমাঙনা অতুম চৎখ্রে।

নিংঙোল চাক্কৌবা হরেংনি। "নিঙোল চাক্কৌবা"—নিংঙোল ওইবীশিংনা খুত্তিগী তুমলমদাইদা মন্ত্র ওইনা শিজিন্নরিবা ব্রাহৈনি।

করিগুম্বা নিংঙোল চাক্কৌবগী মরমদা রারী হৌদোকলুরগদি শোয়খিত্নবা মমাংগী চহী কয়াদা থেংনখিবা ইন্নাং মথেলগী মগুণ ফাওবা অমত্তা চিখ্দনা থারকপা য়াই। মশম-মনা ফাওবা হাৎপা শংনদনা ঙাইনরকপা ন্নমিত্তু হয়েংসিনি। মানা মানা ঙমজবা মঙংদা কেননবা শেম-শানখ্রে। অরৈবসু লৈতবসু—হয়েংসিদংদি মতিং ফুদোক্লিংই। মবুং মপা খুৎকন-পাঙ্গনবা ইমুংগীদি নোক খেরত্নবা ঙসিদগী হৌনা রাগ শাগৎপা হৌনখ্রে। অওইবমক দক্ষি-ণাগী রাফম ফাও খন্নখ্রে। ঐগীদি ফনেক অমনে, ফীত্নপ অমনে, ঐগীদি ফি মতেক অমত্তনি, পূন্নমকসে হায়নগদবগী শেম শানখ্রে। অত্নগা অমরোমদনা লায়রবী, চত্তি চৎনিংবী শিংনা করি খল্লি; কৌবীনিংঙাই কনাসু লৈতে। হায়বমক য়ারবনি, ইনাকথুনবতগী সংসার। অরা-অনা, লায়র-অনঙগী মরমদা থোইনবু পঞ্জনিংদ্রে। অত্নক পান্নবা ঙাইনরিবা মতমত্ন মখোয়দদি ফাদোক্কী পুংফম লাক্ল-বগুম থোকখ্রে। হৌজিক্তি ঐগী রাফম লাকলে। ঐগীদি করি, ইকপু ইকাইজৈ। চৎলুদ্রে অবোক্না মৈ হৌখৈ শাওনি, হয়েং চৎলসু নংলরোই, ফন লুরি। ঐহাক ঙসিমক চৎলগে হায়ত্নবা শেম-শারে। রাফমত্নসু ইমাতোন্দা খঙহল্লুরে। শাওরপ্না হায়রকই—"খঙদে খঙদে, নখোয় পাজিসু লৈতবনে, য়ুমশি শো লোল্লম্বা হায়ত্ননি। ঐখোয়না থিংবগা ইতিক নত্তেদা" ইমাতোনগী মক্ষমদগী ঐহাক থোইনা হেন্না শাংবা লেকচর অমুক তানিংদ্রে। ঐগী কাদা অত্নম চঙলকলে। ফিরোল শেৎচিনবা লোইরগা চৎলগে" হায়রম্লগা অত্নম থোরকলে। খঙনিং নিংশিঙলক্তুনা য়ুমদা অমুক চেনশিল্লকলে;

ইবুংঙোমচাদা পৈশা ২০ খক পীরম্মী। মসিবু ঐনা লৌশিং অমনি হায়না অতুক শিজিননবগী ৱাদনি থোইনা কাননবদি নত্তে।

চাক্কোবা লোইখ্রে। হৌজিক ফাওবা কলেজদি ছুটি থারি। অবোক্না লৈখো হায়তুনা ঐস্সু অতুম লৈথোক্লি। থাইনগী ইমান্নবা ময়ামতুগী মরক্তা ঐসে ইতোপ-তোপ্পগুম তৌরবস্সু মখোয়গা তিন্ন-জবদা ঐহাক মপুং ফাবা নুংঙাইবা ফংই। অসুম্না চাক্কোবা মতুং নুমিৎ হুমনি-মরিনি ফাওবা চোন্থতুনা লৈথোক্লে। মরিনি শুবা নুমিৎতুদা অবোক্তা—"চৎলগে, কলেজস্সু হংচিৎ কাগদবনি, য়ুমদা পাজিস্সু লৈহৌদে" হায়রে। পাজি লৈহোদে হায়বসিমদি অবোকস্সু হেক থুংঙুবা নুমিত্তুদা অতুম খঙলবনি, খর কনশিন্নবা হায়বগী ৱাদনি। করিনা অবোক্না ঐবু মনাক্তগী হেন্দোকহন্নিংখিদে। ঐনা ঙমতুনা য়ুমদা হল্লক্লে। হৱা মনুংদা ঐসে থুক-থুক লাওবা নুংঙাই-তবা অমা খাঙতুনা লাকই।

য়ুম য়োরে। ঐনা চঙখিবদা কনামত্তা ঐঙোন্দা হন্না য়েংদে। মতমতুফাও পাজিদি হল্লকলমদ্রি। ঐগী কাদা চঙতুনা ফি ফাওবা হোংবা লোইফাত্রিঙৈদা, ইমাতোন্না প্রপ-প্রপ চঙশিল্লক্তুনা অকিবগী শকফমদা হায়রকই—হুরানবা, য়ুমশিদা চঙলক্কনু চংথ্রো চংলো। হায়য়ু, হৌজিকমক হায়য়ু, স্নাশিংনু কদায়দা থৈথ্রে, নত্রদি নঙ হৌজিক খঙলোইদ্রদো ?

ঐহাক শ্বাই লাওই। চমমনবনা হকচাংসি পুমথুম থুক্কংথ্রে। ঐহাক ৱা ঙাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈশিল্লক্তে। ইমাতোন্দা শংত্রিক য়েংতুনা অতুম লৈরে। হায়রক্লিবা ৱাফমতু ঐঙোন্দদি মঙগুম

থোক্লে। কোকসি ঙাওরে, অদুবু পুন্নমকতু ফাথরগা ঐনা হায়— করি,·········স্না কনাগী ?

করি, হুরানবা ··· ··· ··· কনাগী সনাকা হায়না, নংনা হুদুনা নবোক মীঙমবীদুদা কৎলুরিবা নত্রা ? ইমান্নবা ময়াম্না নোক-খেত্তনা চৎপদুস্তু য়াওহনবিদ্রে। শেংনা হায়রিঙৈদা পুথোরকউ হৌজিক করিনো ঐনা তৌগদবা ? তৌফম খঙদ্রদুনা কোকসি পায়রগা লুকথদুনা লৈরে। হান্ননা নেক্তনা থম্লম্লবা মুপা অনিখক চঙশিল্লক্তুনা চাউরবা চৈতুপশিংদুনা ইথক্তা হাইথরক্লে। অদুক থুনা অদুম তৌরক্কনি হায়বদি থাজদবনিনা ঐহাক ইশাবু করিস্তু ঙাকথোকপা ঙমহৌদ্রে। ফনা কুইনা ঙাকথোক্লম্বনি অদুদগী জ্ঞান তারকপা মতমদদি হকচাংগী মফম খুদিংদগী অনাবা ফাওরকখি। কোক অসিস্তু করিমতা লেঙবা খোৎপা য়ারমদ্রে। হোসপিতালগী কা অমদনি। ফম্মুংগী অকোয়বদা অবোক, পাজি, ঐগী মরুপ খরা লোয়ননা ডাক্তর, নর্স খরস্তু লৈরম্মী। অবোক্তু ঙসাই মখৈদি কপ্লম্বা মাল্লি। ঐনা মিৎ পাঙথোরকপদুদা খরা হরাও-জবগুম তৌই। জ্ঞান হায়ফেৎ লাকপদুদা হৌখ্রবা থৌদোক কয়ামরুমবু অমমমতা ওইনা নিংশিঙলকখি।

থা অমরোমগী মতুংদনি। ঐহাকস্তু খরা খরা ফরক্লদুনা য়ুমদা চৎখিনবা চে ফংলে। চে ফংবা মুমিত্তুগী হেক মুমিদাংব্রাইরমদা ঐহাক য়ুমদা লাকলে। ঐগী কাদু উরগা শ্বাই লাউই। তৌবগীদি কাদু তরু তরু শেংদোক্লমলে। খরা অদুক ফরকপগী ব্রাদনি খোঙকাপ অমফাও, থাংবা য়াদ্রি। টেবলদা লৈরিবা লাইরিক

অমখক ফাক্তোক্তুনা অসুম য়েংই। মসিবু করিনোনে, ঐনা খল্লি—লাইরিক মহুংদা চিঠি অমখক য়াওরম্মী। মরোলদি—

সুধির,

নং ঐবু ব্রারৌগহু। ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রে। ঐদি হুরানবনি, ওক্তবনি, গুণ্ডানি। নংনা খঙলিবহু মঙায়, ঐদি লাইরৈদো নিংবা থুংদেদো। নিংবা থুংদবদা শরুক ওইরক্লবা ঐনা মীগী মপোং হুরাননিংলকই, অমসুং অন্না পোথাফম থিনিংলকই। ঐনা ইন্দোমচাগী মনাক্তা তোইনা লাক্লগা নংনা শুংঙাইতবহু ঐসু খঙই। মফমহুদা ঐহাক নিং-থুংনা খরা চা-থকপা ফংবগী তৌবনি। নংগী নতৌদা ইকাইহুনা ঐসু মমৈথংদা চঙনিংলকখিদে।

নোংমদি ইজ্জংকী য়েংহুনা ঐহাক পৈশা খরা ওন্থোক্লা চিনখি। তশেংনমক হুমিংতুদা ঐহাক নঙোন্দা হায়জগে নিংহুনা লাকপনি। নঙ লৈরমদে, কলেজদগী হললক্ত্রি হায়। নঙদা নত্তনা য়ুমহুদা মী কনা'মত্তা লৈরমদে। অবোক অশোনবীদংদি লৈরমই। মওল-মওল খললে, ঐহাক করি তৌসিগে। ফত্তবা ব্রাখন্না ঐগী মীচং ওইররে। ইদোমচাগী স্নাহু ঐনা হুরাললে। থৌদোকতু কনাসু খঙহৌদে। নিংঙোল চাক্কৌবগী বার্ত্তোন লাক-পদা ঐনা হাথু হাথু হনখিবহু নঙসু নিংশিঙলমগনি। ঐগী নিংবদি থুংগ্রে। চাক্কৌবা মতুং খরা লৈরগা নঙ শোকপগী পাউ ফংখি। নিংঙমদবা ব্রাখল অমনা ঐবু তত্তনা ওৎলরে। ঐহাক খাঙফম খঙদ্রে। ঐবু ব্রারৌগহু সুধির! ঐনা হায়জবসিনা নঙগী পুক্লিংহু খজিক্তা ফাওবা ওলহনবা ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্র, ঐহাক খঙদ্রে। নঙনা

অদুক কুইনা হোসপিটালদা লৈবদুদা নোংমতা ফাওবা লাক্তবদুনসু নঙ ঐবু থোইদোক্না চিংনরম্মনি। অশেঙবনি, ঐ নঙবু পুন্সিগী উন্নবা ঙন্নরোই। ঐবু ঙাকপীয়ু সুধির।

নহাক্কী মরান্না

মপোৎ ফারবা, য়েক্নবা বীরেন।

মরোলশিংসি মথং মথং পাথরকপনি। ঐনা নিংলম্বা বীরেনগী লমচংতু চিঠিসিনা মথঙ্গাও থোক ওলহল্লে। মাগুম্বা অমনা ওক্তবা ফাওবদি থাজরে অদুগা অসিগুম্বা পুকচেল অমা চেল্লম্বসিদি ঐহাক ঙকপনা থম থেংই। চয়েৎনবা ৱাখল কয়া কয়া ঐঙোন্দা তক্তনা ফাওরকখি। পুক্নিংগী অথুপ্পা মফম অমদগী বীরেনবু হুংশিগী ঈহৌ অমদি ফাওরকই। মাগী পুকচেলদুবু কল্লকই। অমরোমদনা মদুগুম্বা খিবিকতু নিংশিঙলুরগা ঐগী থোপপু মৈ হৌবমখৈ শাহল্লি। ঐহাক অসুক শাথ্রবা মফমসিদা লৈনিংলকত্রে। মীৎকুপ অমফাও পন্থনিংদ্রদুনা পাজিদা হায়—ঐবু অবোক্কী মনাক্তা পুথবীরো। পাজিসু ৱা মচেৎ অমফাও ঙাঙবা ঙমদ্রে। তুম্মিন ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরে। অদুক চয়েৎনথ্রবা ৱাখল ময়ামদুগী মরক্তা তোঙাল তাদুনা লৈরিবদি—দাগ থমথ্রবা অথুপ্পদুবুনি। ঐনা চেংনা ৱাশকখি—অশেংবনি বীরেন, ঐ কনাদসু হায়দোক্লোই।

নোং ঙানবগা থোঙ্গান্দা গাড়ী অমা থাররে। পাজিনা ঐগী পোৎ চৈনচিংবদু য়োমশিনবীরে। হুপা অনি অহুম্না ঐবু গাড়ী মনাক ফাওবা শমদুনা পুবী। গাড়ী মনাক্তা ঐহাক লকক তৌই। ঐখোয়না হেক পুরকপা কোল-লিক, কম্মুং কাংথোল খিবিক

গাড়ি মহুংদা লোইনা য়াওরম্লে। অতুবু ইমাতোন্দি উদে। ঐহাক হৌজিক শারবা মফমসি থাদোকতুনা খুঙ্গংদা লাক্লে। অবোক্কী পীকখ্রবা য়ুম মচাত্নদা ঐনা খনখি—"করিনো তাইবঙ, ঐনা করিনো, বীরেন্না কনা, ইমাতোন্না করম্বা·········মরক অতুদা অবোক্তি।" বীরেনগী নিংবা থুংদবা, ইমাতোনগী পেন্দবা, পাজিগী থৌশাদবা, ওঃ খুদিংমক্কী তুংনফম, সংসার !! ব্রাহৈ খরসিনা মহুৎ শিন্দুনা নিংঙমদবা খিবিকতু মেনশিনবা লাক্লখি। অতুবু ঐগী লাইবক্তা ওইররিবা পুম্বসি পাক্লবা ঈপাকথক্কীদি পীক্লবা কোঙ্গোল অমথক্তনিকো ( অমথক্তনিকো ) !

মোইরাং

ডিসেম্বর ২৭, '৬৭ ইং



# ৯

## লমন্ !!

চন্দ্রহাসকী মশাহু হৌজিক ফাওবা নোংথি নোংমংবা হুমিত্তদি লেঙবা খোৎপা ইঙম ঙমদ্রি। মখোঙ মখুত্তা শোক-খিবশিংহুদি মমি ফাওবা তাদ্রে হায়বা য়ারে। অহুবু মকোক্তদি খরা থিনা শোকখি হায়বসি ঈরুজবা ফাগুবদা টুপী থাদবহুনা তাকচরবনি। ডাক্তরনা হায়খি,— "খরা লুদৌরি।" লাইগী নোংদমগী হিংবদি হিংলে। হিংলে হায়বতনি, হিংবগী কান্নদ্রবা ফীভমদা লৈরবনি। মকোক্তু য়েৎলোম গুইরোমদা লেঙ-ওৎপা য়াদ্রে। মমিং য়েৎথংবহুমস্তু মশেল মরাং উরে, তাঙলবগুম্বনি। অহুগা খোংকাপ অমা অনি ফাওবা চৈগু য়াওদনা থাংবদা ব্রানা থোক্লে। অহুক থিনা শোক্লবহু ফাওবদা করিগুম্বা ব্রাকৎ লাংকৎ অমত্তা থাঙ্গত্তনা তুম্মিন লৈথোকখিবহুনা ময়াম পুন্নমকপু ইচিং

লমন খুমদোগী তৌরিনি।” মচা নুপা পাখঙ ঙাক্তনা মতুম মতুম, খুং অতুক লিংনা লৈবা ইমুংতুনা করিগী তুম্মিন লৈথোকখিবা হায়-বসিগী খল্লুবদা কেশোদি হৌজিক ফাওবা নিকপা লেপত্রি। মচা নুপা মঙলেমদি ঘটনা নুমিত্তুদগী মশক নিংথিনা উবা ফংখিদ্রে। অমদা খরা লোৎ, অমদা খরা চেন তৌতুনা লৈরক্লবনি।

লম মচেৎ অমথক্কী মরীদা মুক্নরকপসি চহি ৪/৫ রোম শুরক-লবনি। থায়নগী অহল মথোঙ চাদবা হায়বতুমক হেক য়াই। মীগী পুক্লিং ইখঙ খঙদনা, মানা ফবা অতুগুন্না মী অতৈসু ফরম-গদবগুম নিংবা জাৎনি। অতুক হাক্লা য়াম্বসু নত্তে, লৈশেল অমগুম্দি ওইরমগদ্রা? মরী মখোঙ শেংনা থম্বিবমদবগী তৌবনি। য়েৎনবগী মরম্না অসিনি—কেশোনা হায়রি—“ইশেল পুথোক্তুনা, ইপাঙ্গন্না লৈজবনি, মসিদা য়েৎলবগী মথৌ করি লৈ।” চন্দ্রহাসনা হায়রি—“ইপাগী স্বত্বনি, মসিদা কনামতা য়েৎলবা মতিক নত্তে।” অতুবু লুরিবদি লমতুগী মরীদা চে-নুং করিসু লৈনবা নত্তে। শাক্ষিগী পান্থৈতনা অতুক লেপ্পবনি। তৌবগীদি চন্দ্রহাসকানা মপাগী স্বত্ব নিনা খরা ইচং থৌনা অতুক য়েৎনা ঙম্বগী ন্নাদনি। শন্না হায়রবদা ফাবদি ঙমদ্রিবা তুরেলদা লৈবা ঙা অমবু লংফৈ চৎপা অনিখকনা ঐগীনি ঐগীনি হায়না য়েৎনবগুম্বনি। লেপ্পখিবা মতুংইন্না থুন্দুগী মী শুনা তিল্লে। মচিল তোংবা, তৌবা ঙম্বা খিবিকসু য়াওরে। চন্দ্রহাসকী কাঙবুনা নাকল অনদা কেশোগী কাঙবুনা নাকল অমদা, তশেংনা হায়রবদা থুলতু ফাওবা নাকপাক নাকপাক তানরবনি। হন্দক্কী থুলগী ওইবা ন্নাফমসি লেপ্পরগা, শাক্ষি শাবোনগা লোয়ন্না

"চৈরাপ অ:চাবা" অমুক য়োনগদোরিবনি। ময়ায়দা ফমলিবা চৌকিদার অতুগী মতুংইন্না চন্দ্রহাসনা হান্না হৌদোরকই। "ঐনা ময়ামগী মফমদা ফোংদোকচনিংবদি অসিনি, ঐদি তুং কোইবা মপ্লোম থন্নবসু পামজদে। ঐগী হায়ববু ইপা ইপুগী ফংফম থোকপা স্বত্ব অসিদদি ফংহনবীয়ু হায়জবনি। মসিদা ঐহাক পঙচোপ চোপ্লোইদ্রা খন্দুনা চোংথোকচরক্লিবসিনি।" খরসি হায়রগা তুম্মিন মাগী ফম্ফমদা অমুক ফমথখি। ময়ামতুসু অমগা অমগা ওনশিন্নতুনা ব্রারী কয়া শানরি। মানা মানা অনিংবত্ত তাথোক-তাশিন তৌনরি। হন্দক্তি কেশোনা মখা চথরকই—"অশেংবনি, ইপা ইপুগী ফংফম থোকপদি তানগদবনি অতুগা ইপাঙ্গলনা নোমজতুনা ইরন্না লৈবা পোত্তুবুসু ইশাগী খুতুম মখাদা থমনিংবদি মশানা তাবনি অতুনা ইপাঙ্গলগী ইরলসি ফংনবা হোংনরিবসিনি। মসিদা ময়ান্না খন্নবীতুনা ফংহন্নবা হোংনবীয়ু।" বিচারদা অতুক হান্না জ্ঞান লৈজদ্রিবা খুঙ্গংগী মী শিংতুনদি ব্রাফমতুগী অচুম অরান লেপ্পা ঙমদ্রে। মমৈথংদদি চৈরাপ য়োখ্রে। থা-থাগী ওইনা চাং-নাইনা কাতুনা অচুম অরান থিনরি। ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা রাই অমত্তা তাবা ঙমদনা লৈরক্লি। ব্রা ঙাঙবদা হৈ-শিংলবা, অচুম অরানবু খন ওন্দুনা শিজিন্নবা ঙম্নবা উকিল বাবুশিংগী ফুরিৎখাওদমক চোল্লগা তোকলে। পঙগ্রবা হায়বত্ত ওইরেকো, তাল্লকসিদা ইজৎকী ব্রাফম অমসু পুশিন্নরক্তুনা কয়াদা ব্রানরবা? চন্দ্রহাস, শল লাবা পোৎমাতুসু য়োম্থোকলে। হন্দক্তি আশা অমগা লোয়ননা হুমিৎ কয়ানি চঙনা মথুৎ চাবা উকিল অমা থিজরে। কয়ারকসু তাথোক তাশিন তৌনতুনা মগুং

অমদি পুরক্কবা লাক্করে। হন্দক্কীসিমদি চন্দ্রহাসনা খরা ঙমলপ লৈরে। কেশোদি মরু লুক্কা ময়ুমদা হল্লকখি। মায়থীবদা খাঙবা ঙমদবা হায়বসিমসি অ্জ:ব পানবা খুদিংগী হৌনশানি। অত্নবু কনানস্থু খঙলোই, কেশোগী ইমুং-মন্থুংনা করি তৌরক্কদৌরিবা?

লৌবুক পুম্বা ফৌনানা জুমজুম, য়েংবদা মিংসি ইপেন্দা পেনখ্রে। মথৌ ইরৈ লৈত্রবা হুংশিংনা নিংঙাইদনা পাইরক্লগা ফৌনাশিংবু ঈথক-ঈপোম হৌহন্দুনা ঙাথু পেংথুররি। খুদিংমক লেঙ-লেঙ চংলবা মতমসিদা হৈজিক্কী লৌফমসিমদি— খোইঁদ খোইদোকউরগা, পুমহাঙ হাঙনা অত্নম্মক লৈ। অয়ুক অমা চন্দ্রহাস মতোমতা লৌফমত্থু য়েংশিল্লরি। ফনা থেংলক্রে, হুমিংনা কোকতোন লোম্লক্লে। চন্দ্রহাসস্থু থেংলে নিংলত্নুনা লৌরি মচি অমদা ফম্লত্নুনা ঙাইহাক পোথারি। হেক তাইনরিবা লৌফমত্থ কেশোগীনি। কেশোগী মচানুপা মঙলেমস্থু তাঞ্জাত্নুদা লৌবুক্তা ঈশিং ফাত্তোক্কে হায়ত্নুনা লাকই। মবানিমক মুম্না য়েংলৈ, ব্লা লান মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে। চন্দ্রহাসস্থু বিড়ি মচৈ অমা চিংলত্নুনা অঙাংনি খন্দোক্লগা থোইনা উশিংলুদনা অত্নম ফমই। ই-খেরিবা নহানি, করি নিংশিঙলক্লবনো খঙদে, ফৎ চঙশিল্লক্কুনা হায়রকই— "খুব্লা, কনানা হায়দংলু হায়দনা লৌরিসি হায়দংলিনো, ঐখোয় পাজিনা নেকপ্রা? অঙাং মতিক নত্তনা হায়দোরকপত্নুদা চন্দ্রহাস পিং হেক লাউই। মমিৎ মমায় ঙাঙশং ঙাঙনা হায়রকই—করিগীনো নচোং-পাক ইনাই নাইদ্রিবা,......মী উশিত্তবা অঙাং, নব্ধ তেক্করা...... নপা হুরানবত্নুনা ঐগী লৌফমসি লৌদা মত্রিব্লা? অঙাংশিংসি

মপা-মপা হেক থেংনহল্লগে নিংহ্না মযুমলোনদা চংপা হৌরকলে। তাঙ্গাসিদা মঙলেমহ্ ইখঙ-খঙহৌদনা হায়জিল্লক্কুনা চৈতুপ অমা হাইথরকলে। ফনা হায়বা শাবনি, মঙলেমদি ইনখৎলকলিবা নহানিদো, অমুক্তং থাবদা অহুম তুখ্রে। শিংলি খুদিংমক অশাবা ইতনা ফুনথ্রবা মঙলেমদি শিরসহু মতাগুম অরেপ্পা লৈতনা ফুথরকলে। ইতনা পুমঙাং ঙাংলবা মফমহ্দা চন্দ্রহাস অশিবগুম লৈহৈরে। ঙাইহাক লৈরগদি চন্দ্রহাস শোকপগী পাউসিনা মফম খুদিংমক্তা লাম্মৈ চাকপগুম শন্দোকখ্রে।

উচিন-নাচিন্না কন্না হোৎনবদগী অশোকপহ্ খরা খরা ফরক্লে। ময়াম্না চন্দ্রহাসপু মীওং অমনি হায়না লৌনখ্রে। করিনা অহুক শাথিনা শোকলবহ্ ফাওবদা কনা'মত্তদস্থ ৱাকৎ-লাংলুবা তৌদে। অহল ওইরবা খরনা মপি তানা শোন্নবস্থ য়াওই— "মানা হিংহ্না করিবু তৌনখিনি। থম্মোই কায়রবা চন্দ্রহাসকী মচাশিংনা মঙলেম্মু মীৎকুপ নাহুম শেন্নহ্না লৈখ্রে। অহুবু কনা খঙহন্দনা শোমদদি চন্দ্রহাস মিংচৎকী মথক্তা খজিক্তা ফাওবা লেঙবা য়াদ্রবা হকচাংহ্ তোংহ্না লৈরি। চহি অমরোম অহুম হৌজিনখ্রে। লৌফমগী কেসস্থ লোইশিনখ্রে। লাল্লুরবা কেশোগী ইমুং, পাঙ্গল ইথোক থোকখিদ্রে। চন্দ্রহাসনা কেসতু ঙমলে। অহুবু চন্দ্রহাসতি নোংমতা ফাওবা মোমোন নোকচবা ঙমখিদে। অশিবগী মতম্মু ৱানা ঙাইহ্না লৈখ্রে। মমাংঙৈদা থোকখিবা থৌদোক অয়াম্বস্থ তপ্পা-তপ্পা কাউনখ্রে। মরাল লৈরবা মীনিনা মঙলেমহ্ মনিং-তম্না চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙমখিদ্রে। মশা পুম্বা ইফা ফাজিনবগুম তৌখ্রে।

শ্বর ফাওবা চনিং তানা হোনবা ঙমজ্রবনি। অয়ুক মুংখিলগী ময়ুমদগী হেন্দোক্ত্রবস্তু হুমিদাংদি পাম্মুজরবা মখ্বাইছু পুক্তুনা কোয়থোকই। কদাইদা কোয়থোক্লিবা করম্না চখোক্লিবা হায়বহুমা মীৎকুপ নাহুম কাংদনা শেন্নরিবা চন্দ্রহাসকী মচানুপাশিংগী মমি তরুক্তগী করম্না নাম্বোক্কনি।

নিংথম থানি, মমলি-মমলি তৌরক্লে। কমপোর অমা ইল্লহুন মঙলেম থোকখ্রে। মতম কুইনদগী শান্তি ফংজরক্ত্রবা মঙলেমগী খরাইনা ঙসিদি মনিং তম্না কোয়বা হৌরকলে। অমম্বহুনা অরা পাংনা হায়গৎখ্রি। য়েংখি য়েংখিবদা অমম্বগী অমম্বা ঙাক। মঙলেমসু পুম্মম মন্না চৎলি। ফনা তুং-মাঙ য়েংহুনা চত্তুনসু চন্দ্রহাসকী মচানুপাশিংগী মিৎয়েংদগী নাম্বোকপদি মঙমদ্রে। ফনা থেঙজিল্লক্লে অহুবু মঙলেমদি ময়ুমদা শুকহন হঞ্জিল্লকখিদ্রে। মুংশিংসু তুম্মিন তুম্মিন শিংলি। মতম ইচা চাদনা তন্দনসু কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লি। মরক মরক্তা লাক্লা লাক্লা খোঙলকপা মকুগী খোঞ্জেলনা অতাবশিংগী থম্মোইবু তথক-তুজুংহল্লি। অহুক ঈংগ্রবা অহিংহুদা ফি অমত্তা য়াওদনা নিংথম্বা খঙদ্রবা মঙলেমগী হকচাংনা ইতনা পুমঙাঙ ঙাঙনা চাইরেন্তাবীগী লমপাক্তা তাহুনা লৈরি।

নিংথমথা চঙলকপগা লোয়ননা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপ-পদগীনা শরক্তা পাখঙ, লৈশাবী, অঙাং খিবিক্লা ৱাকিং চৎপগী পুমলাঙ-লাঙলি। অয়াম্বনা মতম্সু খোয়রাঙনা ঙাইনরি অহুবু মতম্মদি কনাবুসু ঙাইবিরমদে। হুমিৎ থোরক্লে, মুংশা শারক্লে, চাইরেনতাবীগী লমপাকতু মীনা পুমক্লোম য়োমখ্রে। নহানমখৈদি